শ্রীবীরমঙ্গল ককচিং

# বসন্ত বীদায়!

( শৈরেং )

ম্তমনা পুম্নমক মুনবীগ্রবা,
থনজবা অমদি নিংশিংজবা নত্তবা
করি, উপায় কৈত্রবা,
বসন্তগী ঈহুন থকত্রবা
ইপু ইবেন কনাগী
ওমোই চর.,-থাদা
থম্জরি - ---- --- ----
মলবা পুন্সিগী চেনাশিং
মতম অমগী বসন্ত
ওসিনা "বসন্ত বীদায়"
নঙদে মুক্তা পরেং অম,
ঈরিক থরনি পুন্সিগী !!

শ্রীবীরমঙ্গল, ককচিং

মনিপুরী সাহিত্যদা নিংথিজনা দান তৌরবা
কবি, উপন্যাসকার, ট্রান্সলেটর অমনি।
অইবা অসিগী কবিত্ব ওইবগী শুন্দি
য়েংলিবা নত্রগা উরিবা পোৎশক অমবু
মঙ্গুংথিৎনা উবা ঙম্বা অসিনি।
"বসন্ত বীণায়" কবিনা পুন্সিগী বসন্তবু
নিংশিংহুনা মীওইবা-পুন্সিগী দর্শনবু
বর্ননা তৌবা অনৌবা খুদোলনি।
কবি অসি, অমদি সমাজসেবক অমসু
ওইবনা মীওইবপুন্সিগী অরা-অনাগী
খুদোংথিববু কবিনা উই; তেংথাবি।
খং-ঙম্বা অমনি হায়হুনা চাওথোকপা ঙমজবা
'মুপি' ওইবাগী মুংগী দর্শনবু
শাংথাবা অসিমক কবিগী অনৌবা
জ্ঞান শোইদনা ওইগনি।
'মুংশিবা' হায়বা অসিমক
কবিগী দর্শননি।

— পন্নিসাম —

অহানবা খুৎনম : ১৯৮৮ ইং

বসন্ত বীদায় : শৈরেং লাইরিক

অইবা : শ্রীবীরমঙ্গল, ককচিং

ফোংবা : ১৯৮৮ ইং, নবেম্বর

লাইরিক মমল : লুপা ২৫/- ( কুনমঙা )

মখুম য়েকপা : অইবা মশামক

মখুল নম্বা : প্রোসান্ত শুসান্ত এণ্ড কো:, কলিকতা



লাইরিক ফংফম : এম: ডিঃ প্রেস, ককচিং




লাইবিক নন্থ অমম্তুং ফোংবা
এন: ডি বের্ডন পাব্লিসিং প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি কো: ককচিং
পিঃ ওঃ ককচিং বজার মণিপুর

# ALL INDIA RADIO, IMPHAL

## লাইরিক মশক তাকপা

*Date of Broadcasting : 13/12/88,*

**লাইরিক মমিং** — বসন্ত বীদায় ( শৈরেং )

অইবা — শ্রীবীরমঙ্গল, ককচিং

অহানবা ফোংবা — ১৯৮৮ ইং

লামায় - ১৭৮

মমল — লুপা ২৫/-

লাইরিক অসিবু ইরিবা শ্রীবীরমঙ্গল, ককচিং লমদমদা পোকপা মশাগী লাইরিক ১১ হেন্না মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌরবা নহা ওইরিবা অইবনি। মহাক্কী সাহিত্যগী খুৎশেম অসি মখল মখা য়ামই, অদুবু মপুং ওইনা খুৎথারিবদি শৈরেংনি। মমাংদসু মহাক্কী লাইরিকশিং অসি চুম্না শকখঙজবদগী হেন্না কুপ্না নৈনদুনা ময়ামগী মাংদা পুথোকচবগী তাঞ্জা ফংজরে। মহাক্কী লাইরিকশিং অসি পাক্নরপা, পুক্নিংদা ফাওরকপদি, অইবা অসি মশাগী মতিং চপ চানা লৈজবা, থোইদোকপা অচেৎপা নাশক অমগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা থোংদারক্লিবা অইবনি হায়বা অসিনি। মনিপুরী সাহিত্যদা অমুক য়াম্না মশিং খুদোল তৌরবা অমা ককচিং লমদমদা লৈরী হায়বসি কনানা থাজরমগদগে ?

হন্দক ইকোন কোনবা পুখোরক্লিবা লাইরিক অসি বিষয়
অমত্তদা চংথরকপা, অইবগী পুন্সিগী এক্সপরিয়েন্স খরদা য়ুম্ফম
ওইবা, রাখলগী খোংচং অমদা অস্থুম অস্থুম চংশিল্লবদা খেং-
নরকপা ফজবা খর, শৈরেংগী শক্লোন্দ খোল তৌরকপনি।
মাওইবগী পুন্সিগী তাংকক খরদ, বসন্তগী শক্তম ফংখিদবা কনা
য়াওবগে? বসন্ত মীওইবগী মংনি মচু মচুনা থল্লবা। মঙ
অসিদা মিকুপ খরদং ওইরবত্র লুপখিদবা কনা য়াওরমগদগে?
বসন্তগী ফিজিনা হুমলকপদা, থম্মোয় অসি কনা য়াম্না ফাযহুনস্থ,
চাক্লিবা ঙনাখিদবা কনাগী থম্মোয় লেরমগদগে? অসিগুম্বা
বসন্তগী শুমহৎ য়াহদা লুপতুনা চাক্লিবা ওল্লবা কবিগী থম্মোয়না,
বসন্তগী ফজববু অস্থুম্না শৈথারকলি "কয়াদা যজত্রবনে, বসন্ত,
হে বসন্ত নংসে/ খংহৌদনা হৌরকপা অমুবা লোংগী মপৈ/
ওইরবরা নংগী শমলাংগী মপৈ/ অয়ুক্কী য়াকাইরকপা কোবনা
ওইরবরা নংগী মিংস্না/ ভারমদাই কোরোংগী চঙ্ শনবনা ওইরবরা
নংগী বুচু/ ইচাগী নোংথাংনা ওইরবরা নংগী নাইল/ থম্মোয়নুংগী
থিংজমত্রব ঈহৌসিনা ওইরবরা নংগী মরোল/ বসন্ত, হে বসন্ত॥
লাইরিক আসগী অহেৌবা শৈরেংগী চেনাশি, য়াকায়রোল অসিনা
হৌরকই অহুবু লাইরিক অসিগী চেনাশিং মথং মথং হাং
দোরকপদা থেংনরিবদি শাবি·শানৌশিংগী থম্মোয়বু চাক্লিবা,
ঙলহল্লিবা বসন্তগী ফজবা শকলোন নত্তে: মসিগী মরুমনা কবিনা
উরিবদি মাওইবগী পুন্সিগী চংনং তাদবা, মিকুপ খরতগী ওইবা,
শিখরকপা নাইবা পুন্সিগী ডংাই ফত্রবা শক্তম অসিনি। মসিনা

বসন্তগী ইচেলদা লুপ্‌খিগদবা কবিগী থম্মোয়বু অমুকম্ভু ফাহুনা থম্লি। বসন্তগী মচুনা শংবা ঙমম্ববা শক্লোন কয়া তাইবঙ ফম্বাক অসিদা মীওইবনা মায়য়োক্লরি—হিংবগী, সমস্যা কয়াগী কুম্মৈ। মসিনা বসন্তগী মঙলান পুম্নমকপু ময়াই চমহল্লি। অহুবু অমরোমদা কবিনা হংলি - বসন্তগী অতোপ্পা শক্লোন অমা ওইরিবা শান্তি অমম্লুং প্রেমগী মচু অসিনা মীওইবা পুম্নমক্কী থম্মোয়বু শংহুনা নিংখিজরবা মালেম অমা শেম্বা য়ারোইদ্রা? অদু ওইরবদি বসন্তবু—মীওইবগী থম্মোয়না তরাম্না ওকফম থোক্ত্রা? য়াহং খর সিনা কবিবু অম্মুম চমম্নহল্লে। অমুকম্ভু ইরাংনিংই বসন্তবু, নহা ওইবগী থোং খুদংমক হাংদোক্লুনা তরাম্না ওকনিংই। অমুকম্ভু বাঁদায় পিনিংই বসন্তবু থম্মোয়গী থোং খুদিংমক লোনশিন্দুনা, হেন্না পাকপা লম্বী অমদা ইশাবু কংথোকপা ঙম্নবগীদমক। য়াখল অসিনা লাইরিক অসিগী অরোয়বা লমায়াশং অসি থলহল্লি। বসন্তগী শুক্মংয়াইদা লুপলুরবম্ভু বসন্তবু বিদায় পিবগী য়াখল অসিনা কবিগী অরোনবা য়াখল ওইরকই। কবিনা শৈরেংগী চেনাশিং অসি অম্মুনা খুমজিল্লকই — "লৈমন চল্লবা ঐগী বসন্ত লৈরাং নাচোম / চেন্ত্রে লৈনম করিম্ভু / বাঁদায়গী লৈনম নত্তনা। খুজোক খন্না শোকচবা প্রেম ঈরিক / নাম্বহুনা তাহোরে খুরক্কী অহোবা মরক্তা / ইহাং হাংনা লাকখবা খুবাংনি। অমুক পুখিবা তারে ইহাং হাংনা॥

লোংজম জয়চন্দ্র

## (১)

## বসন্ত বীদায়

নিংশিংলিবরা, হে লোইবী চীং, চীংহুম মচা,
নোংমা লাক্লমই নংগী য়ুমদা ইদোম,
উচাল পাম্বীগী শুক্লবা উমংদা
থমোইসিদা বসন্ত পুরহুনা

মচোরণতাববী উচাল পাম্বীশিংগী শয়াংলক্ক
শাগখি মোমোন নোক্কুনা ঐগী বসন্তনা
অশংবা শয়াংনা মালংবা মাগী খোঙগাওদা
খাংজাখ — হাইনা হুয়া লুরুক্লনা।

কয়াদা ফজত্রবনো বসন্ত, হে বসন্ত নং'সে
নংগী শক্তমদা শুমহৎতুনা থমোইগে মোমোন নোকচখি,
নংগী 'গুমা চাওখিবনা তিনখি ইশামক নঙোন্দা,
বসন্ত নংনা, কাওহল্লে ঐবু ইশানা ইশাবু।

অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিরবা ঝারি কয়া
লুপত্রে নংগী ইরোন্নুদা, কাওঙম্লরোই খঙবা ঝারীসু
খনবীত্রে নংগী ফজরবা ফিজংনা
বসন্ত, খনত্রে নংগী নিংথৌরবী ফিজংনা।

অরাপ্নুংঙাইগী রারী কয়াস্থ য়োৎশিনখ্রবমাল্লে
চাওরবা খাবুমনুংদা নহাক্কী, ঐগী লৈজ্রবা রারীশিং,
নংগী তুবৈ তুদাদা শুমহৎপ্লে থমোইসে
মুংওনথরে পুক্লীংসিস্থ নংগী লৈনমদা।

নয়াদা ফজওবনো, বসন্ত হে বসন্ত, নং’স,
মংহৌদনা হৌরকপা অমুবা নোংগী মপৈ,
ওইরবরা, নংগী শম্নংগী মপৈ,
অয়ুক্কী য়াকাইরকপা কৌবনা, ওইরবর নংগী মীৎস্না,
তারমদাই কোরোগী ঙঙ্গানবনা ওইরববা নংগী কুচু,
ইঙাগী নোংথাঙনা, ওইরবরা নংগী নাইল,
থমোইনুংগী থিংঙমদ্রবা ঈহৌসিনা, ওইরবরা নংগী মরোল?
বসন্ত, হে বসন্ত!

কনা লৈখ্রবগে তাইবঙসিদা থৌনা ফবা,
নংগী ঈপাক্তা চোংথখিদবা, কনা লৈখ্রবগে,
নংগী শক্তমদা শুমহৎখিদবা,
নংগী ঈচুমবু থকনিংখিদনা, কনা লৈখ্রবগে তাইবঙসিদা?
ঐ, কবি অমা ওইনা,
ইখুৎসিদা কলম চেৎনা পায়দুনা
ঈরবরবে নংগী সাগরদা, মপান নাইদ্রবা
অস্থুম্না ওইরে ঐ, পাংদ্রবা কবি অমা।

ঐগী জগৎ অসিবু, নংনা মথক মথা ওপ্তোক্লবীহনা
নংগী তান্দা জগোই শাহল্লে; পুন্সিসিবু কাওথোক্লুনা
ঐগী শিংলিদা নংগী ঈচেল ঈফাংনবনা
চৈজরে, ঈশানা ইশাবু পাংদবনি হায়না।

প্রিয়ে, সনাগী পাত্র পুথোক্লুনা থমউ ইমাং'সিদা,
ঐগী থমোইসে হাংদোক্লুনা হৈথরগে বসন্তগী ঈরি
লৌশিনবীয়ু, নিংজবা কায়রবা কবি অমনা
মশামক্কা থমোই শেগায়হনা শিন্থহল্লিবা ঈরিসে।

ঐনা, ঐগী, মিংচৎকীদমক, শকচবা নক্লেকো ঈশৈ অসে,
নোংমা খংহৌসন্নু হায়হনা তাইবঙপান অসিনা
মৈ হৌরমই হায়বা ঐগী থমোই—মৈজাও হৌনা,
চাকখি হায়বা, মুং-পান অনিমক কাথেক্লা!

শিন্থনবা, পিরাং লৈরক্লহনা মীৎলুসিদা
ঈগী পিরাং, শিন্থখি হায়বা, মালেম থক অসিদা—
হে তাইবঙ, নংগী মীৎমাংদা — থম্লবনিকো,
বসন্ত বারী অসি হাংদোক্লুনা।

পাক্লবা নংগী, অচৌবা চেবাংথক অসিদা, হে তাইবঙ,
চিংলবনিকো তেল্লবা চৈখৈ অসি, ওইহৌসন্নু হায়হনা খুদম
নোংম শকচরমই হায়ব, পাংত্রবা কবি অমনা
বসন্তগী ঈশৈ, 'বসন্ত বীদায়' হায়হনা।

অনৌবা যুগ অসিগী ঈরাউখোল কয়াগী মরক্ত
হিংবগী অর্থনা পুন্সিগী ইচ্ছংপু খোঙ্গোয়নরবা মতম সিদা
থমোইনুংদা নিল্লিবা বসন্তগী ঈরাওখোল অসে
কান্নদবনি হায়রবস্থ নহাক্কা —
নিংশিংহুনজদ য়েংশিল্লু, নহাক্কা নাইতোম তাররবা,
তারক্লব পুন্সিগী নিংশিং অনদা।

মতমচদা থমোই, বসন্তগী থৈ নৈত্রবা ঈনুংগী
তারক্কনি খোঙ্গেন্দ অন, নিরবা খোঙ্জেল অন,
থমফম নৈরকলোই, নহাক্কী কোক অহু
কোইচেন চেনগনি পোথাক্কম থংদনা কদায়দনো কদায়দনো হায়হুনা।

ফরে, পোথ'রো নহাক, নিঙাইদনা তুমগুল তারো,
নিদ্রাদেবীগী মতমবাক্তা, অশিবগুম ওইরে',
অহুবু, বসন্তগী ঈথক্ত নাম্বোকপা ঙমলোই,
তাও! নহাক্কী থমোইনা বসন্তগী তান থাদিবা অহু!
ঐদি -, সপ্তগী বসন্তগী পিল্লবা পাওজেলে অমত্ত পুহনা
লাকচবনি ভাইবঙসিদা —
অকিবা নৈত্রবা লমদমসিদা পুক্কিংগী
থমোইবসন্ত ঈপাল-লাংজবনি।

অশ্রুনরা নহাক্কা? করিগুম্বা মতমদা
বসন্তগী ঈরাওখোল — থমোইগী না নৈহৎপা,

থেংনগ্লবরা ? মুংশিবগী পাঙ্গল্লবা মুর্তি
বসন্তগী ঈশিংনা মশা পুম্বা ইকুপ্নবা !

অহু ওইরবদি, নহাক্না খংলগনি, অদুগী বসন্ত ঈশৈ অসে
চিরোল-খারেম্দে, লোনম-মীনমদে হায়বা ;
অদু ওইরবদ, বসন্তগী ঈশিংনা চোংলবা নহাক্না
খংলগনি , থমোইগী মদি ঈশিংনা মুথংপা ওমদে, হায়বা

হৌ বসন্ত, বসন্তগী লৈয়েংন নঙোকো
ওইরাংগী খং-থে মবীগী কাব্যমুংদগী চোংলকপা ময়োল,

লেকো, মহ মদনগী লৈনা-মজুমুগী ঈপোম্নক্তগী কারকপা ঈথক,
ওইদে মসিমম্থ, রোমিও-জুলিয়টকী ঈচুম্নক্তগী ঈচেল নাইরকপা।

ওফুর্দন, পুন্সি বসন্তগী লৈনুংদগী শোরকপা,
ঈচেলনি, মহৌশা থমোইদুদগী ঈহৌরকপা,
ঈপাক অমান, পুন্সিগী মাংদা থংলম্বা,
লোংলৈন পুন্সিবু লৈকোন কযাদা পুবীবিবা ।
হে লোংবা চীং, চাংহুম, নাইতাম চীং,
ফমথরো ওলেন এগী মাংসিদা, থিরগে নংগী শমলাং
অমমম খাংহুনা মশীং, করম্বা মালং-শঙ্গম ফংগ্লবা,
কোরৌ হৈশানা কযাম তমথি য়ৈগ্লবা !
বসন্তগী নোংলকসিদা ঈপাল-লাং চেংহী-শমবাল,
মমুং খাম্বী মৈহোরবা থমোইগী যজ্ঞদা হৈজিল্লরে ঘী-থাউ,

মওং-মতৌ, মশক-মচু লৈত্রবা 'মুংশিবগী মুর্তি'
হোৌগৎলকলে হোম তৌবিনা বসন্ত-যজ্ঞগী মৈরিলক্তগী।

[illegible] উনাগী খ'ঙে [illegible] শিদোকপিদবে,
[illegible] লংশিন্নর [illegible], খা[illegible] মৈরাযবে,
বসন্ত, কবিগীনো লৈগী লোং চুথবীবিবা ইথক'সিদা,
কারগীনে। ঈগী লিক্লা খিকথবাবিনা প্রেমগী থোংলবা লৈনাথক'সি

নি শিংবীয়ু, উচালগী লক্লবা উনং, নিংশিংবীয়ু,
নহাক্কী উখোঙ্ভ থুদিং, লেংলম্বা ঐগী রাবী, (অমম্বগী তাইবঙদা,)
ঙাল্লবে, থনোইগী চান্দোন্দা মনিগী মঙাল;
অমম্বা তাইবঙ, কুপথ্রগ ন মনিসিগী মঙাম।--
লোংথিগনি কয়াম কুইনা ঐহাক হোৌবা উখোঙগী মকুমদা।

ঐগী খোঙ্গুল খুদিংদা বসন্তগী ঈশিং তুংহনা
পাথোকলে মালেম, বসন্ত প্রেমগী ঈচাওনা
প্রিয়, তুমিন্না য়েংগনু, লাও ইথুদাং পায়হনা চীংখৎপিরো,
রাবাগী সাগর ঈরাক্লরেনে ঐহাক!

কাওথোকপা ঙমদ্রে তেল্লবা মিকুপ অম,
কবম্না ওইরকখিবা, বসন্তগী রারী অসি, মীওইবগী পুন্সিদা—,
কবম্না লোইখিবা, খংহৌদনা মতম অমদা;
শক-মান্নবা মকপ অম লম্বাদা কৌরুবা—

"ঐ নত্তে' খুম্‌লম্নগা চৎখিবগুম, চৎখিবা বসন্ত নংনা, মীওইবগী থমোইদা লৈনা, থমোইবু থাদোক্লুনা। কাউভমদবমক্তনা ঐনা, বসন্ত লৈরাংশিং অসে লেংজহনা বসন্ত বীদায়গী' লংলাদা লৈ পরেং ওইনা হুকচরিবনি, কনাগী ঙকশমদা বসন্তগী ঈচেল খকখ্রবা, খংহৌসনু মহাক্না বসন্তগী শক্তম, অহল ওইবা লৈত্রবা, হাংদোকতুনা পাসনু, থমোইগী চেনাশিং, অমমম হাইদোক্তুনা থেংনসনু 'বসন্ত বীদায়গী' লৈরাং থমোই খুদৌংদা শাৎলিবা।

বসন্ত বীদায়

# বসন্ত বীদায়

অতুরা ?, ঈগী মতুম ওইরবা থমোই,
নংগী শক্তি, থোনা, অতুবা ?
মীওইববু অমুক নোকহনবা, অমুক কপহনবা
ক'ওহনবা, নিংশিং নিংশিংনা, অকাওবগী লমদমদা চৎতুনা

অতুবা নংগী শক্তি ?

হে সাহিত্যকার অহৈবা,
নহাক্কী, কাখল নাইরবা মহৈগী কোকথক্তা
অচৌবগী লুহুপ থোন্দুনা, সভ্যতাগী নুংঙাওদা
জ্ঞানগী থাংশাং ফেংলিবা,

ওক্লে, পোথাবো,
জ্ঞান্না লৌশিংগী থাংশাংনা ককথৎপা ঙম্মরোইদ্রবা
থবাইগী খোঞ্জেলসি তাবীয়ু।

মৈগী চীংজাও অম গোকথায়রকপা মতমদা,
চেনগনি নহাক্না, কোক্তা খুৎ হাপ্তুনা,
মহৈ, জ্ঞান, লৌশিং করিস্ত্র কাম্মরোই মৈগী মহীহুদা,

ঐগী ৱারী অসিদি, ঈরুপ্পবা ফাওবদা মৈগী মহী'হনা
ফাওররোই মৈশা —!

লাওরক্কনি, নুংদগী খোনজেল অমনা,
"হে মৈগী চীং, নংনা ঐবু তুম্না চাকথেকপীহনা
তাঙ্গোয় ওলহল্লবসু, ঙম্মরোই ঐবুদি হাৎপা,
ঐ শিনাইদবনি, অমরনি !"

হে তাইবঙ! ঐগী মরুপ মপিজাশিং,
যুগকী ঈবাওখোল কয়াসিগী মরক্তা;
ঐনা তিথোকচরিবা চেং'সে — নুংশিবা হায়বগীদমক্কনি,
ঐগী ৱাহৈশিংসে থোকচরকপনি মদোম, বসন্ত গর্ভদগী।

বসন্ত মহক মাযখোংদা তৈজরি ঐনা মচু অম,
থমোইনুংসিদা থিৎলবা, মৈখক্কা ঙৌরবা মচু অম,
হে বসন্ত লেংগন্নু, তৈরগে মচুসে নংগী মায়খোংদা,
যুগ কয়ানা চাথোকপদা কোক্লরোইদ্রবা, হেন্নতুম লংখৎলক্লগদবা।

মচু অসি থিৎপদনি, কাওংমদ্রবা ৱারী কযানা
থমোইগী লন্মীদা চৎলকপা, ময়া তোপ্লবা বুটকী খুখানা নেৎথহনা,
চানা, চ'না চারি, তুম্না তুন্না তুম্মি, কাওথোকপা
চৎনা চৎনা চৎলি কাওথোকপা —, কয়াদি ৱানা খাংজখিবা ঐনা,
মচুসি থিৎপদা, লংহনা লৈরগদবা মচুসি থিৎপদা।

শ্রীবীরমঙ্গল

মৈ ঈকলবা খাঙজ, ওস্নিগী মমুংদা, খুখা য়াওব্রবা খোঙলিনা লেপ্লগা
রাখলগী লম্বীথক্ত। পাঙ্গল থেক্না চেন্দুনা, তিংখংনা য়োমশিল্লবা
'কপি' কৌবা লৈরাং হেক্লবা হে্‌ৎনজবা; খোঙ চাকথেক্লে,
শক্ল শয়াং তুংখ্রে
উৎকী মপৈ ওইনা—, মৈথুতনা মমখ্রে, অভিম্না !
পাঙ্গলবা শাদোং, মৈথক্ত কুইনা হিংজবা ঙমখিদে —, উৎ, উৎকী
লেঙেল !

অহুম্না বারৈ, মতমংমতোং তানজা'ছু,
হৌজিক্তি, শা'ৎলাক্ল থমোয়ল্লুংদিদা-লৈরাংদো, 'কবিগী' কাবাকুঞ্জদা,
অৎকপনি কদাংদা মাংগ্রবা খাম্বী নৈজাও, মৈশাংঅহুগা
কবিগীনো থমোই অসিনা অমন্‌ মমন পোং নৌথবকলিবা !
ইন্নুংত ন্নুংঙাইহুনা তাংঙসি। স্বর্গগী লৈকোনগুম উৱিবা !

ফজে, ফজে, নিংথিজৈ মালেম নংঅসে, নিংথিজৈ !
থাজো হে মৈগী চীং, চীংজাও, নহাক্না থাজো—,
নঙোন্দগী হেম্না পাঙ্গলনা ঐগী থমোই লৈরিবনি,
থমোই অসিননি মালেমসি লৈকোল ওইহল্লিবা,
করিগুম্বা নংনা হন্না চাকথেক্রবস্থ, শেমগনি ঐনা
হন্না হন্না লৈকোল, শান্তিগী লৈকোল, বসন্ত শান্তিগী লৈকোল !

চীংবুরোই তম্বুরোই কয়াগী চিম্থাং-পুথাং রাবনা,
সভ্যতাগী কল্লবা নোংলৈ-নুংশিৎনা ঙম্মরোই ইম্মুবা

থামোই প্রেম-লালিগী মহসা অসে, ঙম্নবোই মুথৎপা মৈচাকসি
কবিগী কুগুনা চাকথনবা, হৌগৎলুবা নত্তবা মদোম চাকচরকপা—
মৈবক অসিদনি লৌথোকচবকলিবা সনাগি লিক্লাংসে
‘বসন্ত বীদায’ মীঙ্গৌবা।

চাহি লা-শুনি লা, যুগ কাগী ইতিহাসকী চাকানা ওল্লকপদা,
মসিগী নঙন মবিক অমতংনা চাথোকপা ঙমলকলবদি
মমুংদা লম্বু বসন্তী, হায়গনি এইহাক্লা--মসি অশান্তি লম্পাক নত্তে,
শান্ত প্রেমগী পুখ্রিনি, মসি অমবনি —,
লৈরে তে থাখোল, নিংজবা থুংদ্রবা মীশক অমগী,
মংগী হৃদেল থকগুবা মীশক অমনা শেমগৎপা লৈকোলনি —
নাহেলম শান্তিগী,
লৈকোলনিসিগী কাচিন মনদগী পিঙ্গবম্বা ‘বীদাযনি’ বসন্তদা

## বসন্ত বীদায

(৩)

## বসন্ত বীদায়

হে ! চাওবসা ৱাহৈ চক্নু,
নংনা, হৈদোক্লিবা মখৈ লোইনাইদবা,
ঙসিদি, নংগী শাদোং অমত্তসু য়াওরমদরে, শরুগী শরু ঙাক্ত,
পিবা ঙমদে, মতিক চাবা ৱাহৈ চোংহনা খাংলে কোকথকসিদা ;
হে ৱাহৈ চক্নু, ঐনা ওনবদা মৈশাবক্ত, ওল্লে নংসু —
নেংথবীবে ইকোকথকসিদা চন্দ্রবা খোঙপাকশিংনা।

কোয়রক কাযবা চিনবন্দুনা নংগী খোঁনাওদগী
ওথোরকপা খুদীং লৌশিল্লিংদ্রে ঐনা।

অসিবান, হে ৱাহৈ নংগী নাপলদু ?
খেকথহনা চৈবদনা তুমগুম মুশিনবা ঙন্না,
থোংশেংলনা, ৱাংলবা, নংগী গুন !
নংগী তেংবা মরেল অমনা
থিলোকনাই, মীহৎপবু ফাঁসি শগাইথক
নংগী মবেল শমনা জেলগী শারং নমখ য়হনা
নিংতমহনবা বন্দী কয়াবু -- অহুগুম্বা নগুন্দু
লৈঙবগে কদাইদা ?

বসন্ত মহাক্কী মফমদা হুংশি লৈসি-লৈথোনজববু
বাহৈ নংনা লৈহৌরগা থমোইনা য়াংবা হেনগ্রবা ।
ঐনা উখি নোংম—থমোইগী লম্পাক্ত, বাখলগী কুপ্পবন্দা
বাহৈ নংগী ঙমখৈ, নংনা য়োঙমদবা লমদম অম,
হৌজকস্থ মায়থিারবান, মফমহৃদা, হুম্না হুমা — অহুবু,
নংবু লোইবা শৈশকপনদি হনবা লৈতে হোৎনবা ।
নহাক্না লাকাখবা,
নিংথৌজনা ফজেৎ লৈতেংল অখোবা খূৎলাই পাইহ্না
ঙমখেদা লেপ্পগা হুম্না হুম্না লানশাংখিবা !
লমদমহুগা মবুংঙোনা হাইফেং য়েংলকপদা
নরাল য়াজাখবা, খুকউ খুদক কুংদুনা —।
হে বাহৈ, ঙমখে লে নংগা,
চৎপা ঙমদে নংনা, ঙমখৈগা বাংমা লান্না, ঙমখৈ অমদা
আপারগা বাংনা লান্না, অপার অমদা - অহুগা
পাক্লবা থমোহ অসিনাদি য়োর য়োচমদবা লমদম কয়া,
নুমিৎ থাগা মঙাল চংঙমদ্রবা, শুক্লবা উমং কয়া,
পাখবাগা ফিতানা ওনঙমদ্রবা লমদম কয়া,
অহুম্না মায়থিার, বাহৈ নংনা, নশাগী ঙমখৈদা ।
ঐগা অকোইবদা চায়থায়রিবা,
ফাদ্রং, ফিদ্রিং চোংালবা ময়ামসি উরবরা, মখোয়সে,
ঐনা লৌশিনবাদ্রবা বাহৈগী প্রেত ঙাক্তনি ।

অসুম্না লোইহৌরিবনি নংগী শক্তি থৌনা
থংহৌদবা মীকুপ অমদা ইশানা ইশাবু কাওথোক্লবা,
থরায়গী সাগরদা পুক্লীংনা ঈরুপ্পী শান্নবদা,

বাসন্তগী লৈখোং খুদোং কোয়বদা থবাইগী,
লৈবাক পাবক গী লৈকাদা য়াবেকউবদা।
অশাংবা শ্বা অমুক্তং হেন্দোকপা নত্তনা —
নহাকপু পুহনা চংবা থিংখিবনি মৈথেন,
মতমহদা নহাক্না ঙাখৈগী তে র্বান্দা ফংহৌহনা ঙাইখিবনি,
নৈগী পুন্নংনা হল্লকপা, থরাইগী লৈকা থাদে ক্তুনা।

অহবু,—, হে রাহৈ রাগন্ন, তুকথগন্ত!
ইবগে ঙসিদি, কল্লবা সুঙপাকথকসিদা।
রাখলগী সেরনি পায়হুনা হকলমলগে,
হকলমলগা, পুক্লীংগী দৃশ্য, চাওনা শাংনা
উহৌনবা, য়েংহৌনবা লাক্কদবা মীরোল কয়ানা;
থংহৌসন্নু মখোয়না নোংমা লৈরমই হায়বা ঐহাক!

ঙনজদ্রে, থরাই লৈরাংসে লৈমন চলহনবা,
রাজনীতি, অর্থনীতি সমাজনীতিগী সুংশানা,
ঙমদ্রে, করি নীতিনসু, ঐগী মৈচাকলু মুথৎপা
মরমসিননি ঐনা শকলিবা বসন্তগী ঈশৈ
বসন্ত মালেমগী লৈকোলনুংসিদা রাহৈ লেংবান্দা তোংহনা।

অহুঁৎৈগী রাসমণ্ডল, বাসলীলাগী ক্ষ্মাকথক্ত
রাধা কৃষ্ণ প্রেমগী জগোইদা শুমহৎখিবা গোপী কয়াগী থমোই,
নচদে ঐহাক্তি, গোপী প্রজা, কলাকারনি জগোই শারিবা,
লাহৈগী রাসমণ্ডলদা,
বসন্ত বাঁশীগী শুবদা, ঈশৈকপান, নুংশিবগী ঈশৈ।

পামজদে ঐহাক, তোখায় তাব, মীয়ামসিগী মরক্তগী
মীয মলকসিদা ভিন্দুনাও তাজনিংই, মালেমপ্রজাগী রারা,
জগোৎপা য়াওদ্রবা রারী, পৃথিবী শান্তিগী রাবী,
ঐগী বসন্ত ঈশৈসি—নত্তে কারম্ন, পিক্রবা পাওজেল ঈরিকমনি
লেকে লাসিদা খিকথারবা, থমোই নুঙজাও চোৎহন্নবা।
ঐন গায়াখিবহূনি — হে তাইবঙ,
নত্তক যাওদ্রবা ঐগী পুন্সিনা, বসন্ত চাম থাগোন্নহুনস্থ
কদাযদনো চৎকদৌরিবা, কদাযদনো ঐগী লমথুংফম,
থমোইগী ফিজিহু নত্রনে নংগী, ঐগী পন্থুংফম!
নোঁজরিবী মাযথোংহুনা, যুগ কয়াগী নুংশিবা পুরক্লহুনা
ত ইনঙ বসন্ত-যৌবনগী মমাংদা লেপ্লবদা —
ঐ, ঐগী থমোইনা, ঐ, ঐগীত, ওইরবোই নিংহুনা
বসন্ত ফিজোল শেগায়হুনা প্রেমগী ঈবিক খিকথনবা!
খংলে, প্রিয়ে,
ওইজথিবা থমোই চা কয়ানা

ওইজ'থিবা থমোই চা কয়াগীদমক
লংশেকনখিবা মুংশিনবগী ফিজোলদো —
মহাক, মহাক্কী জগৎকী বসন্ত শঙ্গাইমুংদনিকো,
ঐনদি - করি খুদোল পিবা ঙমজখিদ্রবা নকাদা
শিন্তজরি, পীরাং খরসি, নংবু নিংশিংবগী মুত্তিদা,
খিকথজরি. বসন্ত ঈরিক খরসি চাংজৌ পারবা প্রেম সাগরগী ইমুংদ,
নংগী লৈখোঙদা, মুংশিবগী চারাবু. ঈশিং চাইজবা ওইনা.
লৌশিল্লু, লৌশিল্লুকো পুন্সি বসন্তগী ঈরিকসে।

নহাক্না খংলিবনি—
ঐগী শৈবেং শৈরোল খুদীং ঈপাব্রবা মুংশিবগী ঈচেলনি,
থিংবা ঙমলরোই, কনানা মসিবু শীংনইনা —
মসিদি বসন্তনি, থমোই চুপালি পায়রিবা তাইবঙগী
লৈরিবোই খন্ন, লোইগ্রগদবা, তাকলমদনা চৎগ্রগদবা
থাবপ্ন, পুনা, পুনা রাখল্ল'সিদা, মতম লোইগ্রগদবা উৎনবগী।

কাওরবরনে মরুপ, অথোবা য়োংথাঙ পায়হনা
তোথাব্রখিবা, নংগী থমোই লম্পাক্ত, ঈমুল তানা খুগাইখিরা
থমোইগী লৈতঙ্গায় পুন্নমক অহুগা,
হুনখিবাদো, মুংশিবগী মরু —
হোঁড্রিবরনে হৌজিক কাওবা লৈপাল কানা

য়েংঙ, অমুক্তং, ঐগী থমোইগী লম্পাক্তদি
লৈরাং-লৈপাল কারেদো, পামেল উশা উরোংলে

লেংবা ঙমদ্রে ইশাসে, চরম ফুমে, শ্বর থিংলে —
করমনো বসন্ত, চৎখিগদরা, নংবু অস্থম পুহনা নজ্রগী,
থমলমলসিরা লম্ খাংসিদা ।
অদুবু, বসন্ত, থাদোকপা ঙমদ্রে নহাকপু,
ৱাবে হায়সি হায়'ঙমদ্রবা, মুংঙাইরে হায়সি হায়'ঙমদ্রবা
অব.-মুংঙাই খংদ্রবা, পুন্সিগী ৱারী অসে
নহাকী প.ত্রদা, হাপখরে মপুক থন্না ।
হৈরোকপীরো নংগী পাত্র, ওস্থোক্রবীরো মথক-মখা
চ য়খায়হনা মাংখ্রনবু নংগী ঈরি, পৃথিবীগী লৈমায়থকসিদা,
হু ঙমদ্রবা, হে বসন্ত, ঐগী পুন্সিগী বসন্ত,
. শংবগী শনাইদ, লৈখ্রবরা, থোঙ লোনশন্দুনা
মি.প অমা, কাওগে ঙমদ্রিবা !
থাদোকপিরো ঐবু, নাং-তমহনবীরো ঐবু
লৈজদ্রবনি ঐগী করিস্ত, পিননবা খুদোং মকাদা
পৃথিবী শান্তিগী প্রেমদা থমোই অসি ঈক্রপ্লবনি,
খাদোকনিংদ্রে কবি - মীচং মীথায় নাইব 'বসন্ত খুবাংদা'
'মালেমসিগী বসন্তনি' ঐনা পামজরিবা, 'মালেমসিগী প্রেমনি'
ঐনা নিংজরিবা — মরমসিন,
অনৌবা যুগকী বসন্ত লৈকোলসিদা চংহনা
মুংশিবা কৌবা বসন্তগী মুর্ত্তিদা
পিজরিবনি 'বসন্ত বীদায়' অসি ।

বসন্ত বীদায়

## (৪)

## বসন্ত বীদায়

অহীংনা লাকলে, অমুবা থাংশাং পায়হুনা
ককথগ্রে, মঙক্ত, মুংথিল কৌবা—
কেল্লবা অশিবা মঙক্লা ননশিনজখ্রে মতোমত,
কুপখ্রে মালেম অমম্বা কৌবনা, ওইখ্রে অমুবগী জগৎ;

অতুগা, করিগী নংদি,
ইঙাল ভান্না, লেপললরিবা ইমাংসিদা ?

নত্তে, নত্তে, বসন্ত
থাবীরগনু ঐগী কোক অসে তাঙ্গোই ওল্লবা
করম্বা মৈজাও, অমমুক, থাগৎপিগে খল্লিবা
নত্তে, নত্তে, বসন্ত !

থিনবীরগনু থমোইসিদা তাশোন্না
মুংশিবা কৌবা থাংশাংনা য়ানশিনবমক্তদা
থাংফমনা শরা শল্লবা থমোইসিদা
থিনফম লৈবরোইনে, পিশক পিকপনিনে, ঐগী থমোইসে
পিল্লবা ঈগী মতুমনিনে, ঈগী মতুম !

হে অমম্বা কৌবা,

করিগীনো নহাক্লা ,মহাক্কী মুর্ত্তি'সিবুদি কুপশিনবীত্রিবা!

ককথৎপিরোনে মহাকপুস্থ, নংগী থৌরবা থাংশাংনা;

মিৎ উইশিল্লে, মহাক্লা লেপ্তুনা লৈরে, ইমাংদা

পাংলে, পাংনা, উরে,

ককথৎপিরোনে, নংগী, অমম্বা কৌবা থাংশাংনা।

অমম্বা কৌবা নথাদা, পোৎথাজগে খনজবস্থ,

স্থংশিবীবা ঙমত্রবা,

ফরে, লৌথোকলগে থমোইসে ঈহিং-নাহিং

থাংথরবা ঈনজিনগুম, তোঙান-তাহল্লগে হকচাংদগী

অহ্ ওইরবদি, খল্লরোইকো ৱাখলসি !

অংকপনি,

য়েংঙু, য়েংঙু !

লৌথোকলবা থমোইনা ঈরকসিদা ঙাংশং ঙাংনা

লোল্লকলে মরোল, মহাক্কী খোনজেল তাবদা

বসন্ত চাম লাক্কুনা ইনশিনবীখ্রে অনৌবা ফিজোল প্রেমগী,

করমনো,

ইশ'দগী তোঙান তারবা থমোইনস্থ

অস্থম্মা তৌরক্রবা।

ওহ ! চেনশিল্লকলে থমোই উপশিৎলহুনা

নপশিল্লকলে ঐঙোন্দা চেৎনা কোন্নুনা,

হে বসন্ত, করিগীনো নংগী লমচৎ অসে, অকিবগী লমচৎ অসে
লাও, পাঙ্গলবা থমোই অসে য়ানখায়রো, লাও, অথৌবা
শীংজং শ্রমনা, ঃ
অস্থুক য়ান্না লমহেনবা, অস্থুক য়ান্না অথাং·কনবা।

হে বিস্তবিয়াস, অচৌবা মৈগী চীংজাও
উজাখিদ্রি নংবু অমুক্রস্থ অহুবু — নংনা পোকখায়রকুনা
ঐবু কুপগিনবীবা থোক্লবস্থ, ঐগী ইশা অসে পুঃ চাক চাকথেকপিবা
থোকলবস্থ,
থমোইসিদি চাকথোকপা খক ঙমলরোই
ওইরবনি ঐ' মৈ, ঈশিং, খুংলাইচত্রবা, শিনাইদ্রবা!

য়েংঙু, থমোইসিনা নিকলিবসি, য়েংঙু,
বসন্ত লীশিংনা মাবু ছাকলিবসি য়েংঙু,
বসন্তগী খুনাংশিংদা প য়রিবা প্রেমগী লীরুংশিংসি য়েংঙু,
কীদ্রে ন াক —।
পিকলবা তেনজৈ শ্রমনা হকচাংদা কক্ত শে কখিবদা
নংনা করম তৌরকপা!

ঐহাক খংলে হৌজিক,
খংলরোই নহাক্লা, ঐগী গুন, খংবা ঙমলরোই,
নঙ্গনে ঐদি, কামগী কিজোল ইন্দুনা চৎপা মীশক অম,
লাকচবানি তাইবঙসিদা ইচম চম্না

লৈশেন্বা মহাক্কী মপাও পুহ্নবা
মুংশিবগী লৈকোন্দা শান্তিগী মপাও য়েনবা।

নহাক্কা উই, উরি,
তেক-কায়বা মূর্ত্তি ময়াম অমা,
মীনা মীবু ওৎখায়বগী সৈতানগী মুত্তিশিং
শাহিং-চাবা জীবগুম, অঙম অঙম্বা চাথোক্লবা,
মচেৎ মচেৎ শেগায়হ্নবা য়েন্নবা;
তাইশিন্নবা য়াওদবা, শেদৎনবত ওইবা,
শেমজিন্নবা লৈতবা শিদোক্লবগী দৃশ্য!

ঐদি, তাইশিন্নবা পামই,
পামজদে মাং তাকহনবা-শিদোকপা
শেমজিনবনি, লৈখোঙ শোম্বনি, ঈশিং চাইবনি
লৈপাল ফানা য়োকপনি, শান্তিগী রাথল থলহনবনি,
মীওইববু থংহনবনি, মুংশিহনবনি,
মশক তাকপনি মীওইবগী লমচৎ, থমোইগী মশক্তো,
মপুগী য়াথং কোকথক্ত হাপ্তূনা।

থাজবা ঙমলোই নহাক্না,
ঐগী বাহৈশিং অসি থাজবা ঙমলোই অদুবু,
নোংম লেপ্লখিগনি মীওইব নংনা
পিক্লবা বিন্দু অমগা — মতোন্দা, থবাই লকলিদা য়ান্দুনা —

মতমহুদা খংলক্কনি, নিংশিংলক্কনি
ঐনা করি হায়খিবা করি ইখিবা।

মৈনুংদা ইনশিন্নবা য়োং অহু
মৈ ঙাংলক্কনি, মীকুপ খরগী মতুংদা
য়োং অহুনক মৈ ওইরকখিগনি --
চাকখেল্লক্কনি মৈরিথোক্লা অফং অফংবা—
হৌজিক্কি য়োং অদো, মৈহুমক ওইরে,
মৈফমনা চাংকলিবমখৈ মহাকম্ভ মৈ ওইদুনা লৈরগনি,
ঐগী পুন্সি বসন্ত লৈরাংনা শাংলিবমখৈ
ঐনা ওইরি বসন্তগী শৈশকপা।

অরাবদি, অমুক্কং লাওখিবা হৌরবা খোনজেলনা
অহুম ঙংহুনা লৈতনা মাংখিবগুম,
মৈরাগী মঙালনা লোইশিনকম খংদনা চংখিবগুম অমম্বরক্ত
সমুদ্রগী ঈপাক দুহনা লাক্লম্বা নোংলৈনা থমোইসিদা
তাবনবা পুংচাওনা থিনবমখৈ থিনমীরমলগা
মাংখি মফম খংদনা -- ;

করি ওইদা উবগুম হৌখি লৈরাং অন
পুন্সিগী চংয়াংথক অসিদা শাংতুনা লেবা,
লৈনম চনবা নাইড্রব, পংথ-পুমথ লৈত্রবা,
খোক্কনকখিনা মচাক্ল, 'ঐদি' হায়দুনা থরাইগী লৈরাং লৈকাদগী
ঐগা জ্ঞান নিংশিংনা কোটি রাংমদগী।

অশেংবমক ঐদি, উক্ষুলগী মরিক অহুমকস্তু ওইজদে,
পিকপদগী খিল্লবা উক্ষুলগী মরিক ~
কনাগী খোঙয়াদা পকপা উক্ষুলগী মরিক।
ভুম্লবা তিংথৌগী মতোন্দা পল্লিবা বিন্দুগী লীক্লা,
কোরৌগী মৈশাদা মনিল ওইনা মাংখিবগুম,
ঐগী পুক্কি বিন্দু অসিনা হিংবগী তিংথৌ মতোন্দা কংশিনখিহুনা,
মফমহুদা অমুক হনখিবা মত্তনদা ঐনা,
তাইবঙ কনানা থংবীদ্রবস্তু —
ঐগী বসন্ত অসিদি পাথাং পুথাং গুথাং কয়াদা
লেপ্লগনি নহাক নহাক্কী মাংদা;
ইন্থোকপা, শেংতোকপা য়াদ্রবা পোৎশক অমগুম
খাদোক্কে ঙম্মরোইদ্রবা।

অহুবু, ঐগীদি লেপাঙ্গ্র মতম্না খোঙফম হোংখিহুনা,
থমোইদা বসন্তদি পুনা, বসন্তগী শম্বল হাংমদা —
মফমহুগী, সংসারগী যৌবন শম্বল হাংমদগী,
পিজরি, নিংঙমদনা, কায়নবগী খুদোল অসে
'বসন্ত বাদায়' কৌবা বসন্তগী নৌরবী থুবাংদা।

বসন্ত বাদায়

(৫)

## বসন্ত বীদায়

করি লমদমদো মসিদি,
পুম্মম মম্না ইভাল ভানবা, অকি অথং ফজবা লৈকোল
মৈগী কোম, কুণ্ড, ঈগী তুরেল, খংহোদনা পোকখায়রকপগী খেঙ্গেল-
মশক খংদবা জীব মচাশিংনা, মীওই শুরূপ চাদবশিংনা
চোং-ফল্লিবা, করি লমদমনো মসিদি - !
ও ··· ·· · ! ষমগী লৈবাক
যগুং তোংবা ষমগী লৈবাক, অশিবগী লমদম,
থবাইবু লাক্লথিবা ল..দম - ! মুংঙাইরে !

শকলগে মক্রমসিদা বসন্ত ঈশৈ,
ঐগী বসন্ত শুরেন হ'ংগংলকসনু অশিবা ময়াম
মাংনাইদ্রবা থবায় লীশিং শাগোন্নহনা, !
য়েংঙু, হে তাইবঙ, য়েংঙু
হৌগংলকলিবসি অশিবা ময়াম্না ঐগী বসন্তগী ঈশৈদা
য়েংঙু, হে তাইবঙ, থিংবা ঙমদ্রে অশিবগী নিংথৌরেলনা
থবাই লীশিংনা চোং ফাল্লিবসি বসন্তগী নোংলক্ত
অরেম্বা ওইরদ্রা যমদগুগী গদা—
কনবনি বসন্ত মাগী শক্তি, মপাঙ্গল !

চেনখিগন্নু, নোক্লবা হৈবা মালেমনিংগী ।শিংথাংদনি
থমোইগী মরোল খংদবশিংগী মীৎযেংদগী, চেনখিগল্লু
তম্বীরম্মু, মখোয়দা, থমোইগী মরোল,
খংহল্লম্মু, থবাই অমগী মমল, হিংবগী অর্থ,
হুংশিবগী অরুম্বা ।

তাও হে তাইবঙ- তাও
করিগুম্বা থম্মোইগী মরোল-থঙ্গে হায়রবা,
হুংশিবগী মশক যেংগে হায়বব — অহু ওইরবদি,
নহ ক্লা অহৈগী -রাধা-কৃষ্ণ অনিগী রাস-লুপগাইগী—
চংলুবা তই বাসমণ্ডলদা,
হৈবা তাই শ্রীকৃষ্ণগী বঁশী শুর তাবা,
খংবা ঙম্বা তাই, রাধানী থমোই,
মসিনি -প্রেমগী লম্বী !

নগাক্লা হু তৈববা মিৎয়েংনা য়েংলিবহৈ হুপী ওইবাশিংদা
বরিগীনো - ! ?
হাইদোকলো হুগী ফিজ্রং, নাত্তে করিম্হু হুপী
উনশানি, শাদোংনি—নং ঐগুম
হু-তোংগী মুর্ত্তি !
অহুবু, থমোই অহুনা ওই ওক্তবী,
মহুনা ওইহল্লি হিংচাবী

অমুকন্থ ওইহল্লি মহাক্না 'ইমা'
মচা কয়াগী 'ঈমা'!
মীৎয়েং অসিদনি অরেম্বা ওইগদবা
দণ্ডগী গদা —।

হৌজিক্কি, নেমথরো প্রলোয়-খাম্বী মৈরি
অনৌবা যুগকী থমোইনুংদা চাকলিবা
নশাগী ওইজবা মিকুপ অমগীদমক—
ওনগন্থ হিংচাবা - হিংচাবী
চপথায়হনা মাংহনগন্থ - তাইবংগী লৈকোল অসে,
মপু অমনি নহাকন্থ লৈকোলসিগী।

মহুগী মহুক্তা — লাও য়েংসি,
মালেমগী লৈকোল অসে - চেনশি শান্তিগী মপাওজেল
তারো লাও থমোইগী মপাওখোল, প্রেম-থমোইগী মৈচাক
হকচাং-পোলাংগী নত্তবা, থমোই থমোইগী মরি থম্নবা,
পুক্লাংন পুক্লাংদা লংলা তিংনবা, মিংনা উওন্দবা।
লুপ্তাংগী মনুংদা চেল্লিবা শিংলিগী ঈচেল য়েংবীয়ু,
মিহুনগী খোনজেল তাবীয়ু— খংবীয়ু থমোইগী মরোল-
খংবীয়ু থরাইগী শুর, থমোইনা ভেংথাবা—
নত্তে মসি যমগী লৈবাক, মমাগী মথাদগী মচাবু মুনগদবা,
নত্তে মসি মৈগী চীংজাও, তুম্না চাকথোক্কদবা পোকথায়রকুনা।

লমদম অহুনি নং-ঐগীত নত্তবা, তাইবঙপাল পুম্নমক্কী
মীওইবগী লৈবাক - শান্তিগী লমদম, য়েক্লবগী লানথুং নত্তবা,
প্রিয়ে, কিগন্নু - হৌগংলকলো, কিগন্নু —
থানগংলসি বসন্ত লৈকোলসি শান্তিগী মৈরা,
মৈঙালসিগী মঙান্দা হুকতোকপা ঙমলসনু, মুংশিবগী লৈপরেং
মুংশিজরগী ঙকশমদগী, হুকল্লুবসনু য়েক্লবা কনাগী ঙকশমদা,
মতমহুদা চাইথরক্কনি, স্বর্গগী লাইয়াম্না লৈরাং খুজোক খুজোক
খুৎশম্নরগনি জাতি অমনা অমগা মরুপ ওইবগী খুথাং তিংথোক্লহনা
লৈরোই মালেমসিদা মুংশিনদবা কনাসু ।

ঙাকপীয়ু, ঙাকপীহৈবা নখোয় মীয়াম্না
পাংলবা ভূত প্রেতশিং অসি খংজদ্রবা,
খুৎলায়দা থৌনা কবা শকুনা, ওৎলিবা মরাল লৈজদ্রবা প্রজাশিংবু
মখোয়তগী ওইররোই খল্লিবা মালেমসি,
খংহল্ল, মখোয়দ', নত্তে মালেমসি নখোয়গীন্ত,
রত্নকর লীশিংবু তুকথহনবা ঙম্বা বুদ্ধ কয়া
লাকখিগনি —, মাংখিগনি তৌশন্নবা থৌনাফবগী শুন
+প্লক্কনি নোংম, মালেম থরো ওন্দনা ।

হে তাইবঙ,
লাও, 'চৎসি লাও, নংনা খংদ্রিবা লমদম অমদা,
ইল্লকউ ঐগী তুং, কিগন্নু !

কিরবরা ?

অদু ওইরব্দি, কাখৎলকউ ঐগী শিংলি মথকসিদা
তিংথোকলবনি নংগী পুন্সি খোঙচত্ত কোম্নবা,
চৎলু মথকসিদা তাম্না বসন্ত থমোইগী ঈরাওখোল
থাপ্না য়েংলো হৌজিক্তি,
লৈববনি বাশায়নগী লুংতোংগী লৌকাল,
কল্যান মালাগী শাদোংগী লৈকোল
ফিথোংদ্রবা হকচাং শংনা জগোই শারিবা সম্ভোগকী ফম্বাক্ত,
অদুবু,

য়াওরিবনি মহুদস্নু
অচুম্বা অর্মাগ শান্তি,
নুপী ওইবী নংগী শক্তম !

পুন্সিগী তকুপ-তরং থবানমিচাক, ঙাল্লু,
পুন্সিগী থাজ, ঙাল্লু, ইংনা মেংনা খোয়থু ননা,
পুন্সিগী নুমিৎ ঙাল্লু; মৈতাল ফম্না
পৃথিবীসিগী মথক্ত তাইবঙপান অসিদা
নংবু কাওথোক্তুনা চৎপা নিকুপ্তা
ওইরবনি অশিবা হায়বদো।

পুন্সিনা পুন্সিবু কাওজদ্রিঙৈ, ইশানা ইশাবু খংজরিঙৈ,
হে কোরৌহনবা, চংবীমু, থমোইমুংসিদা,

নতিক-নঙালগা,
হে থাজও. লৈতেংবীয়ু, নংগী থোং-মেংবনা,
হে থৱানমিচাকশিং. লংহনবীয়ু, ঐগী থৱাই
অমকপা কবি যাওদনা ।
ঐগী বসন্ত ঈশৈদা হাপ্পীরো নখোয়না
অনৌবা মঙাল, অনৌবা অর্থ, অনৌবা শাথেক
মতিক চানবা মঙাল
মালেমসিদা লৈশাং তম্বদা ।
মতমহুদা কিহনা চেনসন্নু যম
অশিবগী নিংথৌবেল, দণ্ডগী গদাগা ।

যম নিংথৌ থৱাইগী থৌবি কোঙ্গোয় পায়ৱিবা,
কবিম্নু লৈত্রবা অঙাং নাচিকেতাগী ৱাহংদা
কিখিবদো নংনা, থৱাইগী লম্বীদা
শিদবম্নু যাবোইদ্রবা পাওখুমদা - হোৎনখিবদো
নশা লীৎনবা —,
ঐাদ কিবা পোক্রে, নংবুম্নু কীদ্রে,
বসন্ত ঈশৈনা শুমহৎখ্রে থৱাই-হকচাং অনিমক !
বাহং অমদি নোংম নঙোন্দা, হংলগনি.
আত্মাগী মশক নহাক্পা তাকখিবগুম নাকোয়ননা,
নাকোয়নবা য়ারোই ঐগী ৱাহংদদি —

"ঐগী থৱাইসে নংনা লৌথোক্লগা, থৱাইগী মশাক্কী
শেম্বীবা ভমগদ্রা মুর্ত্তি গুনা 'স্নুংশিবগী মুর্ত্তি;'
বসন্ত শান্তি ঈপাৱবা থমোইগা লোয়ননা —?"
চেকশিনবীয়ু নিংথৌরেল !
ঐ নত্তে, নংগী গুকদোকপা মীৎয়েং কিগদবা,
ঐ নত্তে, নংগী থৌরি কোঙোয় কিগদবা,
ঐ নত্তে, নংগী দণ্ডগী গদা কিগদবা। —
ঐনা কিজরিবদি — প্রেম অসিনি, শান্তি অসিনি,
পামজদে মীংচৎকী নিংথৌরেল ওইবা,
কল্লকচদে বিদ্যাগী মপুরেল বিচার হৈবা,
মীহৌজদে লম্বীগী মনাই ওইবা
নিজরোই নঙোন্দা করিস্থ,
নোংম লাকখিগনি ঐ, নংগী কোস্নুং মন্দীরদা
হংখিগনি ৱাহং অসি।
য়েংখিগনি হকচাং য়াওদ্রবা থৱাইশিং,
থৱাইবু ওৎপরিবা নংগী লোয়নবশিংদা
চৈরখিগনি —
চুথরখিনি মফমহুদা ঐগী বসন্তগী নোং,
শব্রুখিগনি বসন্ত শান্তি ঈশৈ
'বসন্ত বাদায়' গুরদা

বসন্ত বীদায়

## (৬)

## বসন্ত বীদায়

করিগী লৈরমলি নদোম, অমম্বা লোকমুংসিদা,
কিবা পোক্লা, প্রিয়ে, অমম্বা লোকমুংসি ?
কিগনু,
ঐগী হকচাংসে মসিগী মমুংদা চাক্লিবা মৈজাওসিদগী
থোকলকলগনি মৈঙাল উনশা-শাদোং ফাওদৎতুনা,
করিগী নিকলি নশাদো থক, থক !
ঐনা হায়খিদ্রা —
থরাই অসে ফদী ফরাগুম তৎশমথৈ গুম্বা মতমদা
খাংবা ঙমদহুন, থমোইনা চোংথোক্তুনা লেপলকনি ইমাংদা।
মতুদসু নহাক্ল কিগদবা, উদ্রিবা পোৎশক উবদা।

হে অমম্বা লোকমুং, ঙাল্লো নহাক মীকুপসিদা,
কিরে, প্রিয়েনা, নিকলে মশাসে থক, থক,
করিগুম্বা নংনা অসুম মমহুনা লৈরবদি—
লৌরুগনি ঐনা থমোই পটালদা চৎতুনা সুংশিবগী মনিমতুম,
অতুঙৈ ঙইনখিবগুম থরাই, মনি'মনা শিরবা অর্জ্জুনগী
অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ঙাকপা

ঙালহনগনি মনিগী মঙালনা
অমম্বা লোকন্নুং শিনবা থুংনা।

নত্রগা,
ঐগী শিংলি-নাউরিশিং থদংত্তুনা পুল্লপ তাশিল্লগা,
থমোই মৈ অসি চুথংকনি-
নংবু়তদি ঐনা ঙালহনগনি-অহৃগা উৎকনি
মাংথরকলবা মালেমসিদা নুংশিবগী শক্তম!

নু-তেংগী লৈকোন্দা ঙাওরবা তাইবঙসিদা
চোংথোক্কনি মৈরা অসি পায়দুনা,
অমুকন্থ চোংশিনগনি, মৈরি ৰাংনা চাক্লিবা নুংশিবগী মৈক্সাওরক্ত
অহৃগা চায়থায়রক্কনি মৈয়াম অম,
পোকহনগনি নংগী নু-তোং,
তুমনা মৈথাগনি নংগী হিংচাবগী লৈকোল!
শেমগনি মালেম শান্তিগী লৈকোল!
করম ভোই,
নহাক কিবা ফরবরা!

কনানো নহাক?
ঐগী নাপ্পদা চীরোল তৌরম্বিবা? কনানো?
সম্ভোগ, গুহ! কামগী মবুঙো সম্ভোগ, ভোগ,
ঙাইখো, ঙাইখো চীরোল তৌবা, তৌরীরকখিগন্নু চীরোল,

মহাক্না কিবা ফিবংসিদ অমুক্ত ইনবীখিগে
থারক্ম বসন্ত ফিজোলনা, প্রেমগী ঈনিল্লক্ত,
লাইনখিগে ঈশৈসে বসন্ত-বীদায় প্রেম-শাস্ত্রিগী,
মখোং-হুক্তবা নংগী চিরোন্দু
কবিগুম্বা থুংলুবা থোকলবদি ঐগী মুংশিবদা,
হায়বগনি লালেন্থু পুবিবী মহাক্না
'নংগী বসন্ত ঈশৈসে চিবোল তৌবন!'

অহ, সম্ভেগ নম চেল্লবা কিহুনা,
কিহুনা চেল্লবা!
কবম ভোই, ঐনা হায়দ্রা – ঐখোদি থমোইগী খোনজেল্লক্ত
থবাই শুবনা মদোম তাশনজহনা লেম্বা মুংশিবনি হায়না,
ঐনা হায়দা–,
পিক্কবা নংলা অমথক তিংবনি
থমোই অনিগী মরক্ত!

মীং থক্রবা নংগী দৃশ্য অহু, ঐ উববনি
নগুন খংলবনি, মৈচাক খংলবনি – অহুবু,
ঐনা হায়খিবহুনি –, ঐদি,
রাসমণ্ডলগী মমুংদা কুম্ম য়েংবা গোপী ব্রজা নত্তে,
ঐ কলাকারবনি অহুনি, রাস শান্নরিবা,
থমোইগী রঙ্গমঞ্চদা, থরাইবু পুথোক্তুনা।

নহাক্কী কাহেনবা কয়া ঐ উখ্রবনি,
কল্যান মালানা ননাক্ক লেপ্লগা নহাকপু থৌজন্দুনা·
শান্নখিবা পঙ্কভুঁদ দেহগী লিলাদো !
হৌজিক্তি, মহুনা কব্রিস্থু থোইদোক্তে,
থোঙইদোক্লিবদি থমোই মৈ হোৱবা মীশক অমদা
থৱাইগী শুর অসিনি, শান্তিগী শক্তম অসিনি,
নত্তে নিংথিজরবা সম্ভোগকী শক্তম,
নত্তে, কামগী ঈ-থাংত্রবা মুর্ত্তি !
নিংশিংবীয়ু,
হয়া হয়া নিংশিংবীয়ু,
ঐগী থমোইগী মৈরি অসিনা নংবু তুয়া চাকথেকখিবা,
নংনা মাংখিবা মিকুপ অহু !
নিংশিংবীয়ু —,

ঐনা, ওন-ওন্দুনা চামথোকখিবা প্রেমগী সমুত্রদা
থমোই অসে পুথোক্তুনা — মতমহুদা নংনা
কিরহুনা চেনখিবদো ঈহীং-নাহীং উবদা।
নিংথিজনা লৈতেংলবা কা অমগী মঙ্গুংদা
অমোংপগী য়ুথল চাম চাম হায়দোক্তুনা
হুংশিবগী শাংলবা খুজিল ৱৈশিল্লগা
থমোইগী অ-গন্নুংদগী থৱাইবু চপ্তুনা পুথোক্লগা

বসন্তগী ফম্বাক্ত থমহনা,
পুন্সিগী মৈজাও কৌগৎহুনা ঙৌখিবদো !

নিংশিংঙু —,

পিক্লবা ঈরিক মচাসিম থাথবদা
মহাসাগর অসি খাংঙমদহনা ঈথক কারকপা,
মতমহুদনি, অথৌবা ছুরি অমনা
শিংলি-নাউরিশিং তুম্না ককথৎলগা
ফদি-ফরাগুম, বসন্তগী নোংলক্ত লংশেকখিবা—
খুকউ য়োনা পুখরবা প্রেমগী লৈখোমলক্ত
কৃষ্ণ চামগী বাঁশী চা-কয়া য়ুংহুনা লৈরম্বা,
রাধা লৌশিংগী থমোইনা লৈখোমলক্ত লৈওন্দুনা
রাসমণ্ডলগী লৈখোঙ খুদিংদা সনাগী পাত্র খিন্দুনা
নুংশিবগী মীৎলু অনিদগী পিরাং হৈথখিবা !
পাথে'ক্লে, ওইজখিদবা প্রেম শান্তিগী পিরাংনা,
সনাগী পাত্র ঈমায়দগী চেন্থরকপা ঈচুমলক্ত
শাৎলকলে- অমুক্ত উস্ত্রিবা লৈরাং কখোকপগী,
কদায়দনোনে- রাধা, প্রেমগী মুর্ত্তি, !
নহাক্না কৎথোকখিবা খুদিংগী ওইরে কৃষ্ণ রাধাগী,
থাদোকলিবমখৈ ওইজবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা
ওইজরে কৃষ্ণ রাধাগী - !
ভক্ত কয়ানা চংজরে নখোঙ থম্বালদা
খিকথবীয়ু হায়হনা প্রেমগী ঈরিক'মতং !

প্রিয়ে,
ঐগী লাইবক্ত থোক্লিবা অরংবা মণি অসি
শৌথোকপীগনু, পীক্লবা উনাথক অসিদা
নেংথবীগনু, মৈগী খোঙপাক অদুনা, — মদুগী মতুংতা,
থকচিল্লু, বসন্ত-শান্তিগী অমৃত অসে
থমোই পাত্র থন্না !

নহাক্না খংবীয়ু,
যুগ অসিগী ফিংথোঙদ্রবা বসন্তগী ৈলকে ল', সদা
ঐনা হাপলিবনি নঙোন্দা পাম্মুজরবা থবাইসে
নহাক্কী বসন্ত-পাত্রদা, শান্তিগী যাবচন্দ, না,
ঐগী বসন্ত ঈশৈনা নিলহল্লিবসি নংগী ন'ম্নদা
য়েক্লিবনি , প্রেম-শান্তিগী অশেংবা শক্তম !

কাওগনু,
শেগায়বীরবা চেমশিং অদুনা
লম্নী-শোয়াক্ত পাইথোকখিদুনা!
তমথীববা খোঙ কয়ানা নেংথাইবীখিবা
উফুল থোক্লা, নৈহৎপীখিবা অশাবা মুর্তিগুম,
কাওগনু!

লম্বীগী মুংশিবা, পৈশা, মুপী,
মু, জগোই — ওফিসার, ঠীকাদার

ইঞ্জিনিয়ার,
লম্বীগী ছাত্র-ছাত্রি—,
অঙকপনি, অঙকপনি, থুংশুমন পাবদা শুগনি কাওরবা,
ঈরোই লৈদ্রিদ্রৈনা হৌদোং হাংলবা, অঙকপনি,
অঙকপনি !

শম্বলনা হুব্রাইমতোন চারে —
অচৌবা প্রজা মমিংত ওইরে, অঙকপনি অঙকপনি !

লেপলো পৃথিবীগী খোইচং,
খ [illegible] রাং [illegible] থেংনায়রিবা ময়ামসি উবগা
কোকথোং [illegible] লারনি, মোংলবা পোকফিশিং অসি,
[illegible] অসি — কক্তাম্বা য়ারি
[illegible] খুং [illegible] অননা, অথোবা তিনশারিনা লেন্দুনা,
[illegible] কস্ত তাশিন [illegible] য়াই নহক, পতালগী সমুদ্র-মমুংদা—
করগা অলতারনা শমুকগী শক্রম লোইহনা লাকখিগদগে
নংসু ইনখুংশিনস !

কাওগনু, কে তাইবঙ, কাওবীগনু,
প্রলোয়গী [illegible] অঙ্গদদি — করিনসু ওমলোই পৃথিবীবু কনবা,
প্রজাবু কনবা, মীয়ামসিবু কনবা,
তুদ্রৈংসিদা, শান্তিগী লৈরাং চারা থাবা নত্তনা,
শান্তিগী ঈশৈ-শত্তুনা মীওইববু মী ওইহনবা নত্তনা !

অদু ওইরবস্নু
তূকথগন্নু,
অঙাওবা অহুনা মখুৎতা অথৌবা থাংশাং পায়হুনা
অফং - অফংবা য়ানখৎলকলবা কোয়চেন চেন্দুনা,

অহিংসানি হায়হুনা
ভূমিগী লৈথোক্কদবা নঙ্গে,
হায়রম্বনি বাপুজীনা
মহাক হায়া লোইশিনগদবনি ।

কেন্নবা মঙক অদু নেংথায়গদবনি উফুল্লক
পুমভোই ভোটনা নেংথায়গদবনি - !!!
ওংকনু ! ওংকনু - মীনা মীবু !

ফরে, তুমিন্না কমউ, কিগন্নু,
ঙাল্লকলবনি অমম্বা তাইবঙ অসি,
কমলয়োই কনাম্নু মপুক থম্মা চাশিন্দুনা
চেনবা হৌগ্রবনি হিংবগী লম্বীদা নম্বো-থাখোগা
তান্নবা ভাবনি মহাকপু লেপ্পা লৈতনা,
শান্তিগী জগৎতা 'হিংমিন্নসি' হায়হুনা পুম ।

থিজরি ঐনদি -
লুরবা ঈন্নুং অমদা ক'রিগুম্বা মমল য়ান্নবা
পোৎশক অম লংথখিবগুম, অদুগা অমুক

খুনগংনবা ঈমুংদা লুপথবা ত রকপশুম,
খমোইমুংদা কুমথহনা, থাক থাক কুমথহনা
থিজরি প্রেমশান্তিগী লৈরাং অদো.
কদায়দা শাংলিবনো হায়হনা।

শিয়ে, চংলকলো, ঐগী খথোইমুংদা, চংলকলো,
কুমথরকউ, ঙমখৈ লৈত্রবা লমদমসিদা—
চাংদমগনু, নংগী মীৎয়েংগা, অথম্বা লৈবা,
মসিদদি উরোই ঙমখৈ, কুমথখিবা খুদোংগী।
চোকথবা নাইত্রবা পুক্নিং অসিনা, রাখলগী ঈপাক্ত লুপ্ত না
পুম্নিগী পিকলবা কিদা মথকসিদা, তুমিন তরক কমহনা
য়েংলিবনি — চাংজো পারবা পুম্নিগী ঈপাক অসে,
বসন্তপ্রেমগী মোরবা মীৎয়েংনা।
হে বসন্ত, থাথরবনিকো নংগী ঈমুংদা, মুংশিশান্তিগী মুংজাংসে
চায়খৎলকপা ঈশিংনা চামথোকপ্রসমু তোর্বানসি
ওইদবা কৌবা অমকপগী উফুল মরিক'ম শমলমদনা,
ঙংখৎলকসনু, ঐগী লৈরেংসু শৈথাং হাপ্ত না,
বসন্ত বীনা পায়হন', খৎলসনু অনৌবা খুখৎ
'বসন্ত বীদায়গী' শুরদা!

(৭)

## বসন্ত বীদায়

মদো, শুপ্নগী, ি ঈবিক অমনি
সহাজাহান নিংথৌরেলগী।
যমুনাগী তোর্বান্দ, লৈঙোই শেক্তা মথক্ত,
শিন্থরবা পিগী ঈবিক—
পিগী ঈরিক অমান, হে তাজমহল নং অনে!

লেপ্লকল্লি, পিগী মুর্ত্তি অসিনা
চহি চা কয়া, কশানবা নাইদনা মতংগী শাদা
তশেংনা ওইবরনি অনরু শিনাইদ্রে!

অদুবু,—
তুনব্দৌ পি ঈরিক অসিদি, ওইখিদে সহাজাহান মহাক্কীদ,
লাইরবা প্রজা কয়াগী পি, হুমাং কয়া মসু য়াওখ্রবনি—,
'মুংশি ফুড়া' অসি শাননবা হেৎনদা
কয়াগী পুন্সি মতম্বনি চন্নফম খংদনা,
তিনথ্রবনি উফুলরু, মীওংমীনৈ॥ নৈমায়দা।

অরাবনি—,
মীংচৎ, মিংথোল অসিদি ফংহৌরে

মুংঙাই - য়াইকবা সহাজাহান মহাক্না ! - অরাবনি !
ঐহাক্নদি— শাজ্জগদবা লৈভে, অনৌবা তাজমহল অম,
নুংশিবা কনাগীদমক নিংশিং - খুদম ওইহৌনবা
শকচবতনি বসন্তগী ঈশৈ
শৈরেংগী শৈরোন্দা, মুংশিবগী ভাল্দা।

হে বসন্ত,
যুগকী মতা করবা লাইবক্ত নমলগে ঙসিদি
থমোইগী ঈখেংসিন শিন্দুর ওইনা
নিংশিং খুদম ওইহৌনবা, চহি চা কয়া মুংলরোইদ্রবা,
নং-ঐগী য়ারীনা লোইশ্রবস্থ, নিংশিং খুদম অসি য়েংলগা
খোঙ্গুল লীরকসণু পামজবা কনানা—।

হিংবা-শিবগী অর্থ খিহুনা মাংহল্লরোই মতম পাম্মুজ্ববা,
চোকথখরে যুগ-যুগান্তারগী চাওরবা য়ারীশিং-চোকথখরে ;
তুশ্রে-মেসিডোনিয়াগী নিংথৌরেল, কাং অমগী মখুংতা,
হাইথুশ্রে বোনাপার্ট পৃথিবীবু মতোমতগী ওইগে খনজরম্বা,
হিংহৌরবা হায়ববু 'নিংশিং খুদম' অহুথক্ত ঙাইহৌরে
মহাক মহাক্না পাংথোকলম্বা থবকী।

চংলকউ, লুমগনু মচি ময়াদা অত্থক কজ্জবা নংনা,
চিরোল তৌরগনু শাপ্পদা, হায়রো ইমাংসিদা কোংনা ;

## শ্রীবীরমঙ্গল

ঐনিনে ঐ, শান্তি-প্রেমগী অরংবা লুহুপ উপ্পবা,
বসন্তগী মণি-মুক্তানা লংনা ভাল্লিবা থমোইসিদা।

য়েংঙু, ইরমদমগী লৈকোল, শান্তিনিকেতন,
শংলবা লৌবুক, চীংজাও, উয়োকচীং
সেকমাই ভুরেল, চুম্লাং পাৎ, লৈভাং পাৎ,
খমন, কেরচীং, লাইকম লোক্লুং মুঙ্গায়, নত্তে, ঐগীত ঐখোয়গীনি।

হায়জদে নভোন্দা, লৈকোলশিং অসিদা লৈয়ু,
চুমতগী য়েংবীয়ু হায়জবনি, নিংথিজরবা দৃশ্যশিং অসে;
কুমথরকলো, উফৈথক্ত খোংলিবা চেক্লা, পাইথরকলো,
তোংলো লাওনে, ঐগী বসন্ত উপাল থক্ত, চারো পাল্লিবা উহৈশিং
নবুক থম্মা।

য়েংবীয়ু, ঐগী পিক্লবা ককচিংগী দৃশ্য অসে,
লুপথোক্লবনি ঐনা বসন্ত-প্রেমগী ঈশিংনা, ইল্লবনি শান্তিগী ফিজোল,
নিংশিংঙু, অহৈগী বারী 'মুপীশোয়'
ঈরিল খোঙশিং শমুয়োইবা নিংথো হাক্তকী।

নত্তে, ঐদি, শমুয়োইবা নিংথৌগী গুনচেনবা,
কবিনি ঐহাক—পুক্সিগী ঈশৈ শকপ',
মীওইবমু মুংশিবা, মীওইবগীদমক য়াজবা, কপচবা,
অৱা-নুংঙাইগী য়ারী অহু - থিজবনি ঐনা পুক্সিগী চেনা কাক্তুনা।

হে ভাইবগ,
নখোয়না ঐবু কাগুবীখিবা মীকুপ্পা হায়গদবা নত্তে.
ঐবু নিংশিংবীনবা, নখোয়গী বসন্তনা কৌরগনি - নখোয়বু.
ঐগী নাক্ত চৎসি হায়দুনা —, ভাকুসি হায়দুনা বসন্তগী ঈশৈ
লৈরাংশিংগী লৈকোন্দা শান্নদুনা, থমোই থমোই হাংদোক্লদুনা।

হে, অগুনবা অয়ুক,
অইংবগী মতৌ পুবা অইংবগী শক্তম,
করি তৌরে কপলিবদি, কনানা চনখ্রবগে লাকচ-খত্নুম !
চুমই, কপকনি নহাক !
মাং-তাকলবা মুর্তিশিং উবদা,
ভেংথাগনি পৎ-পুমলবা মীয়ামসি উবদা,
অদুবু, হে অয়ুক,
ঐনা হিংগৎহল্লগে মখোয়সে,
বসন্তগী নোং-চুথদুনা, শাহল্লগে জগোই
নোংলকসিদা চোংদুনা, শকহল্লগে শান্তিগী ঈশৈ;

অয়ুকী অর্থ, লৈহনগনি ঐনা
অয়ুক-মুংথিল খংলক্লবা ভাইবগসিদা,
ভাইহল্লমগনি, ঈশৈ অসি বসন্ত-শান্তিগী শুরদা,
লোল্লমগনি মরোল'সি, থমোইমুংদগী থোকলকপা !

হে তাইবঙ, চুম্না চৎলু
মোমোন নোকপা অমুকী লম্বীসিদা
পিরমগে নঙোন্দা খুদোল অম, অথেংবা অহিংনা পিরম্বা,
বসন্ত-শান্তিগী মুক্তা পরেং, অহিংসাগী মণি মতুম,
ঐগী "বসন্ত লৈরাং" মুংশিবগী মঙাল পুরবা!
রাহৈ অসে, নত্তে ঐগী,
ইপাও অসিম্মু, ওইজদে ঐহাকী,
— খদোল ঙাক্তনি, থমোইগী খুবাংদা হাপ্পীরম্বা
চিক্লবা অহিংগী লম্বীদা, অথেংবগী মুর্ত্তিনা,
চেন্নম্বা পাংজেলনি অমুকী ম্যাকায়রকপনা—
মঙন হাপ্পীরম্বনি তারমদাই কোয়ৌনা—!

কদায়দা চৎপ্রবগে— নিংশিংবা!
ঐ অসিবু পুম্নমক ক'ওথিবঙুম তৌরে,
কম্নাম থাপ্পা চৎত্রিবনোনে, কদায়দবু ওইরিগবা,
করিগীনো নংনা করিম্মু হায়রমদনা চৎত্রিবা?
নহাক ম্যাওত্রবা তাইবঙসিদা কয়ম্না লৈহৌ হায়রিবগে-ঐবু,
কদায়দনো—নিংশিংবা!

অম্নমনা কমলমই ইমাংসিদা নহাক্না,
অম্নমনা অমুক চৎথি ঐবু তাকলমদনা,
সে, মাইকরি হায়বীরমদনা!

হন্নকলো কৈদোবগে,
অর্থ থোক্লে মিৎয়েং, বাথল
বারীশু ময়েক মুংলকলে নংগী মৈরা মুংখিবদা।

শকখঙনদবা মীশক অমনা লেপ্লমথৈ লেপ্লমলগা ইনাক্ত
কনাগুম্বা অম ভাইহুনা,
মরুপ উন্নরে, খোঙবু ওইহ্ননা চংখিন্নখিবগুম
ঐঙোন্দ করিনু ভাকপিরমদনা—
শকখঙনদবা মহাক্লা শকখঙদবা ঐবু
শকথঙদবগী য়ুমকমদা থম্বীরমগুম,
ওইহোরে ঐহাক ইদোম, ইপাং কনা লৈজদবগুম,
হে নিংশিংবা নহাক্লা চংগ্রগবদা।

নিংশিংবা, মুংশিরবী,
মুংঙাইহনখি নংনা ঐবু কয়া অম,
কপহনখি, নোকহনখি - লৈবাক কয়াগী বারী লীবীহুনা—
অরা মুংঙাইগী মপাও কয়া তম্বীরহুনা — মহুবু,
কৌজে ঐহাক্লদি— অরা-মুংঙাই অনি পুন্নগা
'পুন্সি' হায়রহুনা; — বাজদে থোইনা হেন্না অরাবগীদমক
মুংঙাইজদে থোইনা হেন্না মুংঙাইবগীদমক
ওন্নংলবা ঐহাক্লা পুন্সিগী শক্তমদা
ভমজরোই তেংথাবা অরাবনি হায়রহুন পুন্সিসে।

হে নিংশিংবা,

হন্নকলোনে — নহাক য়াওবা করম্বা মিকুপ্তলো, ঐহাক্না

পুক্নিংগী লংলা অসিদা, লৈয়াং নাচোম লেংদোব্রিবা।

পায়ভব্রিবা কলম মচিন অসি নংগী ঈপাক্তা লুপ্লিবনি

ঈথর্কশিংনা য়োমশিল্লিবসি ঐগী হকচাংদা

মসিন্নু কনা ওইগনি নহাক নত্তনা।

হে, কনানো ?

কনানো নহাকপু ?

চিল্লবা মরকসিদা নমথায়ত্তুনা চংলকলিবা,

থমোই কাখল কয়া নমথায়ত্তুনা

করিগীনো অত্তুক ফিংলি-তহাব্রিবদি —

কনানো নহাক, থুগায়বীরকনু, নমথায়বীরকনু থমোইগী কাখল,

থুদেকপিগনু পুক্নিংগী শঙ্কল — !

ওহ, নিংশিংবা, নহাক হন্নক্লবা,

কয়াদি রাজকরে ঐহাক্না, কয়াদি থক্নুরে নহাক হন্নকলরোইদ্রা,

কনানো লোইনরকলিব মহাক্তী — ?

নপাং অম পুত্তুনা অত্তুক ফিংনা হন্নকপা !

হে, ফিরু থুমলিবী, নিংশিংবগী মতারোই,

ফিরু হায়দোকউ, থেমজিনবীমু নিংশিংবমু,

করিগীনো নহাক্না ফিরু থুমত্তুনভ লৈরিশিবু ?

হাইদোকলো কিক য়েংগে নশাক্তম নংগী করম ভোবা,
কিগনু, নত্তে ঐহাক তমথীরবা মীশক অমু,
কবিনি, ঐ কবিনি —
অনৌবা যুগসিদা শান্তিগী লৈ-লাংলিবা
মালেম ঈমাগী চরণ থম্বালদা !

নহাক খংব্রা, কবি অমগী মগুণ,
অহৈভে ঙান্নু থঙ্গোং অনি নুংশি-চান্ন চিল্লোক্ল
পাইম-পিবুক-পুকমেন-পাওনেমরিহৈ
মায়কৈ খংহৌদ শা-তানবগী ভেম্না পানখিবদা
চায়রকখিবা শিরাপ — ! " য়াইফরনু, য়াইফরনু
মহুদগী ভারত মহাসাগরগী ঈশিং লোইনবা থকশনখিবা,
কোম্‌খদে — পৃথিবী সাগরগী ঈশিং থকচিনবদা
নিংজবা কায়রবা থমোই শোক্লবা কবিদা —
মহুদগী, মশামক্কী থমোই শেগায়রহুনা
শিদ্দহল্লকখি ঈরি, ঈরিরকহুদগী হৌগংলকখি চাওরবা পামেল অম
'রামায়ন !' হৌরি হৌভিকসু পৃথিবী থুংনা মশা মরেং শল্দোক্তুনা,
থোকলি উজ্জাওহুগী উনারক্ত লংলবা মণি অম ! 'রাম' !
গনতন্ত্রগী মবুংঙো, শান্তিগী মপু,
অসিদা নত্তে, মণি কয়ানি ঙাক্লিবা !

' নু শিবা '
ভনৌজবী নহাক্লা অস্ক্মা কনবা পূকচেল,

ফংনদা থুংনদা কনানা 'হূগী মশকনি' হায়নবা,
থুংনবা কনানা অমত্তগী খোনিনি শোয়বা —,
ঐগী ইকমদদি,

ফংলোই কায়নবা, শেংনবা, থুংনবা
অমহানি অমহা, লৈতে ঐঙোন্দা কায়নবা,
লৈতে ঐঙোন্দ থুংনবা, লৈ প্রেমদি ঐগী ইকমদা,
ফমত্ত, ফমউ, তকথক্লগনু, শায়খিসি য়ায়ী,
করি, ফমলোই হায়বা; পূক্লিংগী আসন্দা,
কোয়চং চংহুনা লৈগে হায়বা থমোইমুংসিদা!

মুংশিবা, নিংশিলিবরা?

নোংম, নংগা ঐগা পিক্লবা লম্বী অমদা লেংথৈনখিবা,
নংনা ঐবু উরগা-ঈমাংমত্তগী মাংখিবা-অহুগা,
থমোইগী থোঙ হন্না হন্না থিনবীখিব',
নশক উদবা নংগী য়ুমজাওদা ঐবু থম্বীরম্বা থোঙ লোনশন্দুনা,
য়াথলগী মচা কয়াবুম্ন কাথ্ অমগী মমুংদা শো লোনশন্দুনা থম্বীরম্বা
অহুগা নিংশিংবগী কক্লাংদা অচৌবা মিংশেল থেংপিরম্বা,
মম্নিদি ভারি মিংশেলহুদা নশক্তমদি উঙমদে,

লাকলোনে নংবু লাকলোনে—
মুথংপিরয়োনে থমোই মৈজাও অসে
খিকথবীরয়োনে ঈকোকথক অসিদা জাব চন্দনগী ঈরিক,

মৈচুবীবত ঙম্বা মৈ·মুথৎপিবদি ঙম্বীদবা,
মুংশিবা নংবু লাকলোনে।

নিংশিংলিবরা —
লোইবী চীংগী চীংদোম্বা, অশংবা পাম্বীগী মরক্ত
পুক্লিং লমথায় পির, মরম খংদ্র পাখৎনখিবা
মরম খংদ মিপাইনখিবা, উনাগী খাঙপোক উখোকতেন
নদোম তরক লেপ্পুনা উপাই লৈতে ঈজিংপি
ইদোম হনবা তারকখিবা! থমোই লমজাও মৈহৌখিবা!
মিংশিংলিবরা —
চৎসি লাওনে ইবানি, পোইরৈ করি লমদনো।
সমাজনীতি লৈতবা, অর্থনীতি লৈতবা,
হিংবগী নীতি উদবা, কামনীতি খংদবা,
পোইরৈ করি লমদনো, চৎসি লাওনে ইবানি,
বসন্ত খুবাম পায়হনা, মুংশিবা য়েন্দায় পুহনা
চৎসি লাওনে ইবানি, পোইরৈ করি লমদনো?

থায়ন-শেৎন লৈতবা, অরা ভেংথা লৈতবা,
কপ্পা নোকপা য়াওদবা, চিংন পরৈ থাংদবা
লমদমহুদা চৎসি লাও, চৎসি লাওনে ইবানি –
থমোই অসি থমলমহনা পুন্সি অসি লংশেকলমহনা
থমলুসি লাও মফমহুদা, বসন্ত বীদায়গী য়েন্দায়সে।

শ্রীবীরমঙ্গল

খল্লূনু করি অরাবা, ইরনাই
ওইজ থিবগী পুঙ্গিদা ঈরাক্লবগী,
স্বার্থগী খাওমথক্তা ইপা ইচা নুংশিবা কায়নবা শেংনবগী থাউনা
নিতি নুমিৎ তৌবদা · থোকলরোই মচুম করিমু,
নৈরি হেন্না ৱারবা ৱাখল মীয়ামসিগীদমক্ত
নৈরি অকনবা মৈচাক মালেমবু নুংশিবগীদমক্তা!

প্রিয়ে,
কোইদোকপিগনু, থমোইগী লম্পাক্তা হৌরিবা পামেল চারশিং,
কংহনবীগনু, লংলবা ঈরিক অসি থমোইগী তিংথৌ মতোন্দ পক্লিবা,
শান্ত-প্রেমগী মঙান্দা মণিগী ঈরিক ওল্লবা,— মধুগী মহুক্তা,
ঈপারবা ঈশিং অসি কনথোকপিয়ু বসন্ত বীদায়গী কজমা
হৈদোকপিয়ু— চেনা খুদোং মথক্তা মতমগী;
চোৎসনু প্রেমগী ঈশিংনা চেনা পুম্বা লুপ্পা।

বসন্ত বীদায়

(৮)

## বসন্ত বীদায়

ঈমা,
মীকপ থোকহনবীরোনে ঐবু লমদমহুদা,
ইশাগী ওইজবা থিহ্নবা অমনা অমবু মাংহল্লোইদবা,
লাল্লবা কনাগী মরাল লীশিং কোকপিগদবা,
মীওইবা পুম্নমকপু মাল্লবা মীংয়েংনা য়েংগদবা,
লমদমহুদা—,
শাজগে ঐগী মুংশিবগী কুড়া
লীংজগে, অশেংবা মুংশিবগী কজরবা য়ুম,
মীওইবা পুম্নককপু মুণ্ডশিগদবা, বিশ্ব-প্রেমগী য়ুম।

য়াকাইহনবীয়ুনে ঈমা,
লমদমহুদা ঐবু, ঐগী পুক্লিংবু
হাংন-শুনা লৈতবা, খংন-চৈন য়াওদবা,
শান্তিগী ঈচেলনা মালেম থুংনা চেল্লবা
লমদমহুদা,
য়াকাইহনবীয়ুনে প্রজা পুম্নমক, ইপা-ইচা, ইচিন-ইনাও
কয়াগী থাখল্দা চেলহনবীয়ু, ইমুং অমত্ত ওইবগী থাখল!

লৈবাক'সিগী শান্তিগী রাখন্দ, খলহনবীয়ু — ঐগী কোক অসিদা;
পাইহনবীয়ুনে, রাখলসে চেক্লাগুম তুকাং পান্দুনা.
শন্দোকহনবীয়ু, শান্তিগী মপাও পৃথিবী থুংনা — অদুগা,
লৌশিনবীয়ু ঐবু, অমুক নথাদা চেৎনা কোন্দুনা
পোথাজপে মুংঙাইনা ঈমাই ভম্পাক্ত ইংনা।

হে ভাইবঙ,
উরেদনা নহাক্না যাত্রিকশিং অসে,
মথুৎতা থাংশাং পায়দুনা চৎলিবা যাত্রিকশিং অসে.
থমোই খুদীংদা বম ফুমলবা যাত্রিকশিং অসে;
চেকশল্লু, নোংমদি শোইরোই-পোকথায়রকপা!

অদুবু,
হায়জনিংবা অমথক্তি লৈজে ঐহাক্তীসু পাংত্রবা,
চেনজনিংবা ঈপাও অমসু ঐহাক্তী তোল্লবা
মকমদুদা, অদুগুম্বা যাত্রিকশিংগী মকমদা:

"তাবীয়ু যাত্রিকশিং, ইপাও অসি তাবীয়ু,
মঙং তাহনবীগনু, মালেম ঈমাবু, কায়হনবীগনু মচেং,
কীজৈ ঐহাক অদুগুম্বা রাখন্দো, কীজৈ ঐহাক।"

থুগায়বা তারবনু, থুগায়বীয়ু ঐগী কোক অসে
য়ানখায়বীয়ু ঐগী থমোই অসে মচেৎ মচেৎ থোক্লা
শেগায়বীয়ু মথাদগী মুন্দুনা থমোইগী

রাখলগী মচা লীশিং'সে অমমত্ত ওইনা-অহুগা,
কনবীমু মালেমসিদি — কায়হনবীগমু, মচেৎ মচেৎ।

অহুদমু য়াত্রবদি,
লোথোকনি ঐগী থমোই অসে হকচাংদগী,
মৈজাওসিনা থমোইগী, চাকথেকহনগান
মালেমসিগী শান্তি থুগায়রিবা পুম্নমক,
থোক্লকনি ঐগী থরাইনা প্রলয়গী মৈরা পায়হনা
মৈথাগনি খাম্বীমৈ অশান্তিগী য়ুম পুম্নমক চিৎথদনা!

লীংজবা ওমলোই করম্বা রাবননা, অনৌবা
পাপকী যক্ষমহল, হিংচাবগী হৈকোল;
পোকলকলোই কংশগুম্বা মালেমসিদা
মচনমকপু মরনাইনা হেন্দুনা, মশাবু পাম্মুভবগী,
শারংদা থম্বা ওম্বা — !
লাকনি সুদর্শন কৃষ্ণগী য়াথং হিভোক্নুনা!

পামজেনে ঐহাক অহিংসা, শান্তিগীদমক অহিংসা,
মুংশিনবগীদমক অহিংসা, থমোইগীদমক নিংভমজবা অহিংসা,
নত্তেকো ঐগী বসন্ত হিংচাবগী মৈজাও, মখাদগী থোকলকপা,
ঐগী মুংশিবগী ঈশৈদি মৈনি, থমোই শান্তিগীদমক
চাকলিবা মুংনাইদনা,
মরনসিননি, শকচন্নিবসি ঐহাক্না বসন্তগী ঈশৈ,

মুংশিবগী মপাও পুহনা, চায়থরিবনি মালেমসিদা
শান্তিগী অইংব, খুজোক খুজোক।

নত্তেনে, তেক-কায়রবা মুর্তি অহু, নত্তে ঐ,
ঐ নত্তে, পৎ-পুন্নবা মুর্তি তুক্কচরবা,
নমথীরবা মনম অহু মীবু খর খিংহনবা, নত্তে ঐ,
ঐ নত্তে, থাজনবাদা য়ুমলিংবা মীশক,
অন্ধ-বিশ্বাসকী য়ুথল মরুমদা লৈবা নত্তে ঐ,
ঐদি—, মুংশিবা অহুনি, মুর্তি অহুনি কজবগী,
শান্তিগী শক্তম অহুনি—
শৈশকপনি পুন্সিগী ঈশৈ।

পামজদে ঐহাক, রাজনীতিগী নিংথৌরেল ওইবা,
পামজদে অরাংবা সিংহাসন্দা ফম্বা
ইকোকথক'সিদা মণি-মুক্তাগী লুহুপ থোনবা;
পামজবা হায়ববু লায়রবগী লুহুপ উপ্তুনা
মীওইবগী মীরক্ত পোকচবা, হিংজবা,
ফৌনাগী জগোই য়েংহনা প্রকৃতিগী ঈশৈ তাজবা,
চেমজব থমোইসিদা নংলবা কনাগী অরাবগী রাখল,
ওইজব মখোয়বু মুংশিজবা, মখোয়গী মরুপ।

মুংশিথোইরবা, তাইবঙ,
ঐগী বসন্তগী মরু হকলবা মীৎয়েংদা

খোঙকম লেংঙমত্রবী, য়েংঙু, ঐগী বসন্তনা জগোই শান্নিব'সি,
তাও মহাকী ঈশৈ—বসন্ত ঈশৈ,
থেংনগনি নুহাক্লা, চন্দন পাম্বী, আগর পাম্বী
হূ নত্তবা, খোইংগী চেল্লবা সনাগী চকু,
সত্তা প্রেমগী মচুনা মকম খুদীং শংলবা;
লোম্নৌ থুবাং নোৌরবী খুংশা নংগী
হায়জসি লাও ইবানি পুম্না ঈবাগী চরনথম্বালদা,
চুথবীয়ু হায়চুনা ইকোকথক'সিদা শান্তিগী নোং।

ঙাথরকউ, ঐগী ইথকসিদা।
মুরবী শমলাংনা লৈত্তেং থোংলবী মায়থোংথম্বাল,
তাও, তাহনা য়েংঙু, নাপচু থমচুনা, ঐগী থমোইগী খোনজেল,
মিকুপ অম পোথবা লৈতনা লোল্লিবনি মরোল:

"মুংশিবদি পীগদবনি য়েক্লবগী মথুত্তা,
মমিৎ পাংহনগদবনি য়েক্লবগী, মুংশিবগী মীৎ ওইনা,"

কপকনু, শিন্নগনু, পাংদবগী পিরাং মীৎলুদাঈরা
বসন্ত বীদায়গী খোনজেল তারগা,
কনানা কনাবু কায়হনগনি-মা'লেমসিদা পুম্না হীংমিন্নিৈ?
নোকউ, মোমোন মোমোন নিংথীবী য়াতোন
চেল্লিবনি থমোই অসিগী মমুংদা তুরেল মশীং লাকঙমদ
ঙাইহাক্ত লৈতনা কারিবনি শান্তিগী ঈথক

পাখংকল্লু, থুগায়রবা নত্তে শেমজিনবনি
শিদোকপা নত্তে শাগৎপনি, মুংশিবগী চেকলোন হাণ্ডুনা।

খংউ, থাপ্লবা খুদীং কায়নবা নত্তে,
লৈমিম্লবা খুদীং মুংশিনবা নত্তে
মুংশিনবদি, মুংশিনবনি-লৈতে অর্থ মুংশিনবগী,
ব্রাহ্ম লৈত্তে মহৎ শিম্লবা।

অদুবু, ঐগী মুংশিবদি নত্তে, নং-ঐগীত ওইবদু,
মীওইবা পুন্সিগীনি, বসন্ত পুম্নমক্কীনি, প্রেমী পুম্নমক্কীনি,
চৎখিদে ভাইবঙ কনাস্মু, মুংশিবা কনাবু কায়নরমদুনা, অশিবগী
লমদমদা,

পুদুনা চৎখি, মুংশিবা পুম্নমক পুদুনা
লৈহৌবদনা খল্লি, 'কায়নবীবমলে' হায়দুনা।

ঐনা পামজরিবদি — শেম্বনি, মুংশিবগী লানবুং'সে
শান্তিগী লৈকোল,
বৈজ্ঞানিক কয়ানা শেমলিবা পৃথিবী শান্তিগী লৈকোল,
ঐগী মুংশিবা কৌবা বসন্ত শান্তিগী লৈকোল
লমথাকম, লম্বী খেম্নবতনি, লৈকোলদি অমত্তনি,
খেন্নবা হায়ববু— অমনা পোৎশকনি, অমনা থমোইনি,
স্বপ্নগী 'থমোই'!

মুংশিরবী,
খংলেকো নংনা ঐগী মুংশিবগী মগুন,

পাপকী মশক ওইবা, তুংগী লৈকোল নত্তবা,
পুন্যগী মশক ওইবা, অমৃতগী খোনি ওইবা ;
চংলকউ লাও হৈথরমগে নকোকথক বসন্তশান্তি
জ্ঞাবচন্দনগী ইংলবা ঈরিক, এলাংখা মৈশাবু ডাকওন্থা।

ওইরকলোই থাজ নংনা নোংম
পাপকী দেহ পুহনা কাম ঈপাল লাংবী,
হায়জখনি নকাদা, শান্তিনা ঈরুপ্পবা
মুংশিবগী য়ারাসে 'বসন্ত বীদায়গী' খোঙজিন্দা লেপ্পুনা।
কাওরবরনে নহাকপু, মুংশিবগী নোংলক্ত ইবানি চোৎমিন্নখিবা
ফিথোংত্রবা রাখলনা অহিংগী মথাদগী চিংথোকপীহনা
নংগী রাখল ফিদা'থক্ত নিংশিং বসন্তগী লৈকোল শেমখিবা!

নত্তে, বাঁশী, বসন্তবাঁশী মরোল লীশিং পুহনা
খোংবীরকলগনু, তাজবা ওমত্রে, মুংহিকলে ;
নত্তে, হে মালংবা, শিংলগনু থমোই কবিকুঞ্জদা
বসন্তগী নোংলিকপুহনা, খাংজবা ওমত্রে ;
শিন্থরে পিরাং, খরাইগী মীংলু ঈরা চেন,
লোনশিল্লক্লবা খোঙজিনসিদা লেপ্পুনা বসন্তগী
য়েংজবা পুজি শান্তপ্রেমগী মশক্তম খংওমদবা,
খনবীখিগনি রাজরে, কিজরে।

বসন্ত বীদায়

(৯)

## বসন্ত বীদায়

তারখো অমুক্তং, অথেংবা অহিংগী খোনজেল,
ফমলখো অমুক্তং, অমম্বা অহিংগী আসন্দা
লৌথোকলো হকচাংদগী, অয়ুকী ইংলবা কিজোল
কিথোংত্রবা হকচাংনা, চংলসি, বসন্ত-প্রেমগী গুরুংদা,
য়াতামিন্নরুসি ইবানি, পুন্না, ফমুং অমত্তদা নিদ্রাদেবীগী।

য়ামলে কুমজা, খোঙবু ওইমিন্নখিদবা নোংমতন্থ,
ওইমিন্নসি ঙসিদি চৎমিন্নবা খোঙবু, লম্বী তিন্নবা, লমথুংফম মান্নত্রবস্থ,
কোরৌগী মৈশাদা ঙাইহাক্তং, পোথ্থামিন্নখিসি উজ্রাও মখোঙদা, পুক্নিগী,
থকমিন্নখিসি ইংলবা ৱাখলগী ঈশিং, থন্নুং য়ৌনা,
পোথ্থাজসন্থ, মিকুপসিমদং চোকথরবা থমোইশিং, মুংশি মৈৱায়রবা

তুথরকউ ঐগী নিংশিং তম্পাকথক অসিদা, তুথরকউ,
য়েংখৎলকউ ৱাখলগী মায়থোংদা, থমোইগী মীৎসমানা—
মুনা য়েংঙু ঐগী কলপ্নাগী মীৎসিদা, ঈনা পিরাং ওইনা চেল্লবা
উরবরা, ঈগী পিরাংশিং মখা চিক্নুনা লুমলিবা

মীৎলুগী লুরবা কোমন্থংদা, পাগী পাখোঙ খুদীংদা অরংবা থাংশাং পায়হনা।

নহাক উবদা, শাবকলে জগোই অমুবা মীৎনহানা তথক তথক মণিগী লুহপ উপ্পুন', চংলবরা নহাকস্থ মহাক্কী অরংবা মরক্ত তিনষ্টবরা অরংবগী জগৎসিদা নশামক চোংশিন্দুনা,
কাওরবনে নহাকপু, অহিংনি হায়বা হৌজিক
মীচিক মীবাওখোল তাত্রবা, অমুবগী ফিজোল খল্লবা, অচিকপগী ভাইবঙ !

হায়রিদো রাখলগী চিনসিনা তেংথাহনা:

"হে অহিং! চৎত্রনিদো নংদি
নখৌ পাংথোকলমলগা, য়াওত্রনিদো,
মতমগী খোঙচত্তা, অহুবু, ঙমলম্লরোইদো কোকহনবা
ঐগী খৌরাংবসিদি, !"

পাম্মুত্রবা কয়াদা, মুংশিত্রবা কয়াদা,
ঐবু মতম্বাক্তা অশিবগুম শুমবীরম্লগা, মাথৌ লোইরে মতাগুম,
চৎত্রবা, ঐবু থাদোপীরমহুনা— অহুগা ঐগীনা,
মহাক্কী জগৎত পংথহন্দুনা পাংথোকহন্দবা ইথৌ,
ঙসিদি থাদোক্লরোই নংবু চেৎনা কোন্দুনা থমলগে ইথাসিদা!

পুন্সি, হে পুন্সি:
লৌখৎপীয়ু ঐবু, নখুবাং তিংথোক্লুনা,

লৌংথহনবীগনু থুরক্কী অহোবদা, ঙমজয়োই তাহোবা,
পামজৈনে থুবাংহু নংগী থাদোক্লিংদে মপোকসিমগী–
চৎচনিংই লম্বীসিদা, ব্বারে ব্বানা, হিকথরে হিকথনা,
নংতবু কোন্দুনা চুপচনিংই থাদোকপা লৈতনা।

থমজনিংদে ঐনা, অনৌবা শাক্ষিগোপাল অম,
লায়রবা ব্রাহ্মন পাথং ওইহুনা, হায়জনিংদে মকাদা
'শাক্ষি ওইবীয়ু' হায়হুনা ঐগী বসন্ত জগোইগী ;
লৈহনজনিংদে মহাদেব কনা, চিনবাল ফোংলবা থোঙাকপা
বসন্তগী লৈকোম্বা শান্ত-প্রেমগী রাস ঙাক্লবা,
ঐগী কবিতা গোপী প্রজা ওইরে মীকুপসিদা
থমোইগী রাধা থাংবা ঙমদ্রে থমোই হুৎপ্রে, থুম্না লেংপ্রে
শকথঙদবা কনাগী বাঁশীগী ভেম্না।

ঈপারে থমোই, ঈথক হোরকলে,
থরাই মহাসাগর ঈথক কারকলে, করমনো,
ঈপারকলে, ঈপারকলে, করমনো, করমনো–!

নৈথায়বীরক্লগনু 'গজেন্দ্র' পাজলবা, নৈথায়বীরক্লগনু,
পোত্থাহল্লু কৈদোবগে ঐবু, পোত্থাহনবীয়ু,
ওহ! নত্তে, নত্তে, নং গজেন্দ্র, থরো থম্বাল অপেন তান
নৈহৎপা মরম লৈত্ত চোকথবগী অইংবা থিবদা,
মপাল ভাংহুনা মুংঙাইবগী– নত্তে, নত্তে,
মহাক্না হায়রকলি :

"ঐদি শকথঙদবা মীশকনি,
লমলানবনি নংগী নকমদা,
নংনা ঐবুত খিবদো-মীকুপ খুদীং
কাব্যকুঞ্জদা, ব্রাথলথমোইগী লৈকোল্দা,
ঐ লাকলেনে অশৈবা,
থকচিনহৌরো ঙমজবমখৈ ঐগী ইঙালগী ঈরিক,
খিকথবীরমলগে নথমোই লৈকা চোংনা,
ঙব্লবরা, ? থকচিল্ল ! থকচিল্লু .... !"

হে ! হে ! কদাইদনো, কদাইদনো,
কদাইদনো ঐবু-,? কদোমদগীনো ঙাংলকখিবদো,
কনানো, কনানো ? মত্তে, নত্তে,
পোকখায়রকলে, পোকখায়রকলে, মমগ্রে, পুম্মম মমগ্রে !!
মুংশিথোইরবী — লাও, লাও,
ঐগী থজ্রেং অসি পায়রো, ঐবু কদাইদনো —?
কনাস্নু লৈত্রবা ! ইভোমত !

নহাক নত্রনে নোংম 'ঐবু মুংশি' হায়দুনা ব্রাশকখিবদো,
থম্বোমতা নংগী পাম্বোম ঐবু চেংনা কোন্দুনা
পুবীখিবা উচালগী উমং কয়াদা—
মুনা মুনা য়েংদুনা থমোইগী পাওথুম পীবীখিবা,
মীকুপ কাংদনা নংবুত উনিংদুনা লৈখিবা—

লানখরে, ঐনা নকাদা, লৌশিং লানখরে -,
ঐগী থমোই অসিনা পোকখায়রক্লুনা মৈখুতনা
লঙ্গী উরক্লুবা, ঐ কদাইদনো খংলক্লুবা মতমসিদা
নংনা ঐবু পুবীবা ভমল্লে, বসন্তগী লৈকোল ভমনা,
প্রেমগী খাঙপোকশঙ মম্নুংদা, পোথাহনবা ভমল্লে
ইংথহন্দুনা ঐবু -।

লেপলো, লেপলো, হে কবিতা, নংগী খোঙচৎ, লেপলো,
লৈতে ঐগী মরুপ, লৈজদে ঐগী ইপাং কনা,
ইতোমত লাকপনি, ইতোমত চৎলিবনি
ইতোমত হনখিগনি - লেপলো কবিতা নংগী খোঙচৎ!

পুনশিনবীরগন্নু ইখোঙ অসিদা নংগী থৌরৗনা,
নিকলে থমোইসে থক, থক, হোল্লে স্বর থরাইনা কুইনা,
চনিং তাল্লে, শৌগৎলকলে কোকথকসিদা ত্রোং ত্রোং —
নেৎখায়বীরে রাখলগী চাওরবা খোঙল্লামনা।

তাবীল্লে কবি ঐনা হায়ভবা, তাবীল্লে করিল্লু,
নেৎখায়বীয়ু, নেৎখায়বীয়ু হে রাখল, নংগী চাওরবা মখোঙচুনা
কোকথকসিদা,

কাওখায়বীয়ু ঐগী থমোইগী কল্লাং অসে কিল্লবমথৈ,
মতমনি হৌজিক নংগী, খোঙ থীনবীবগী!
৫৫৭ লাই কবি উপাধ্যায়ন্দ ঐনা মসিদগী নাখোকপা

মতমলি, মসি ২তমনি, ঐগী ৱাখলগী মতম,
ৱাখলগী মচা ময়ামসিনা চায়থায়ৱকলি মানা মানা থোকপা
পায়রুনা, হুন্দুনা, থুগায়রুনা, যৈথায়রুনা, লংথায়রুনা।

অমনা কপলি, অমনা নোকলি,
অমনা অমদা চৈবীরি কুবীরি, অমনা অমদা চোংখৎলি,
অমনা লাওরি, অমনা ঈশৈ শকলি, তান থারি,
অদুগা অমুকসু মখোয় পুল্লপা শীংনরি মতমবু।

হে মতম, নংগী লাওৱবা খাবুম্না
তুংদা লেপ্পুনা তায়ৱক্কুনা উমশনবা হৌরকলি ঐবু, নোংম নোংমগী,
ঐগী ৱাবীশিং, ঐগী বসন্ত ঈশৈ, ঐগী মুংশিবা, ঐগী থমোই-, অদুবু,
হে পাজলবা মতম, ওসিদি, নেৎথরবনি ঐগী থৱাইগী খোঙপাক্না
নথক্কা,
য়োংকম কল্লবা নহাক্কী খুবাংনা, কনা পাজলবা ওইহুনসু,
ওমলৱোই পায়শনবা ঐগী থৱাইবুদি!

পৃথিবী ইতিহাসকী শাংলবা লম্বীথক্ত,
নখোঙ কন, নথাংমেৎতুনা লেপ্লগা লাওখিবদাই
খোনজেল হৌনা, মালেমসি নিম্না:

"লৈতে কনাসু ঐবু থিংবীনবা,
লৈরকলোই কনাসু ঐবু থৎপিনবা।"

ঙসিদি, ঐনা শীংগি নহাকপু
ঐগী থব্রাই পুথোক্নুনা - য়েংসি কনানা করিদা
করম্না পাজলবা হেন্দোবা!
নহাক্না খংত্রে ঐগী থব্রাই পুক্লিংগী শক্তি,
নহাক্না উত্রে, মহাকী খুবাং অথোংপা হায়বত্নুদগী হেম্না থোংলবা,
নহাক্না তাত্রে মহাকী শুর, তকনবা মুঙজাও মহী চেল্লবা,
নোপুর খোনজেল, বীনাগী শুর, থব্রাই লীশিংবু মশা পান্দুনা
পাইহনবা,
করিগুম্বা, খংলম্বা, উরম্বা তারম্বা থোকলবদি - মহাক্না অমুক
নেৎথত্রবম্মু,
মহাক নশানা নদোম থব্রাইবু কিত্নুনা নোল্লমলগদবনি কোক!
ঐগী পুক্লিং শর্বরীনা মহাও ভংলহ্নুনা পীরকপা ঈহৌ,
য়োংশিল্লি থব্রাইনা চিংনবা লৈতনা, খোইদৌ তানা,
করম্বা মায়ামারিচিকানা সনাগী শক্তি লীশিং ওন্দুনম্মু
ওলহনবা ঙস্ময়োই ঐগী পুক্লিং —
লৈতে লক্ষনগুম্বা তম্ন হৈবা, থমোই সিতাবু লৈইনা কোইশনগুম্বা,
রাখল তরা, জ্ঞান তরা লোংবা রাবন কনানা
হত্নুনা পুবা ঙস্ময়োই থমোইগী প্রেমসিতা, শকহেনবী,
নঙ্গোনে, ঐ করিম্মু,
বসন্তগী লৈকোল্দা পুক্লিগী কুম্নে য়েংলিবা মীশক অমনি,
থব্রাইবু পুথোক্নুনা জগোই শাহল্লিবা কবিনি।

মরম অসিনা, হে মতম,
লাওনা কাখৎলিবা নংগী খাবুমন্নুংদা হৈজিল্লিবনি
ঐনা মৈগী মহী, খংলবরা, করিগীনো হায়বা?
থিংবা নত্ত্রনে নংগী খোঙচৎ! নথমোইমুং খাম্বী মৈথাহনা!

লীক্লিবু মুঙনা ককথৎপা ওয়শুম,
ব্রাখলগী থাংশাংনা ককলবনি নংগী লম্বী,
নংগী খোঙচৎ তাইবঙ কন্নানম্ম থিংঙমখিত্রবা!
যেংলক্লমু ঐঙোম্মা, কিত্রা নহাক ঐগী মীৎয়েং
বীজলিগী শক্তি লীশিংগী ব্রাংমদা, য়েংবু য়েংমুবা পোৎশক
চাকথেল্লবা,
নংবুম্ম কাওদৎতুনা হুৎখিগনি খংত্রা—?

থাজত্রগা য়েংঙু, লৈরিবা পোৎশক-কামগী বন অসে
থাগে তুম্মা, মাংদা ঐগী মাংয়েংগী মৈরিনা—,
খাণ্ডব বন অর্জ্জুনগী তেম্মা মৈথাবশুম, ঐগীদি,
থাগে মীৎয়েংসিতনা উৎকী মপে ওন্ত্রিবা কাওবা।

উরেদনা নহাক্না, বনসিনা মৈজাওহৌনা চাক্লিবসি,
কাম কামী কয়ানা মৈমুংদা চোংলিবসি, উরেদনা,
হৈরাং-লৈরাং, উপাল-ব্রাপাল কয়ানা ও খোংনা কপ্লিবসি তারেদনা,
মৈচাকসিদা অমুক, প্রলয়গী মুংশিৎনা তেংবাংবীরিবসি

নুমিৎপু সেগাদা চপ্পুনা কাবা ঙম্বা, মতমগী খোঙচৎ খিংবা ঙম্বা,
লাকল্লুবোই

মসিবু খিংবা, হে মতম, খংলেদ্রনা— ঐগী মীৎয়েংগী, শক্তি!

গ্রহ, উপগ্রহগী খোঙচৎ লেপখ্রিবসি য়েংঙু,
য়েংঙু, নংগী মাওনবা পুম্নমকী খোঙচৎ লেপখ্রিবসি।

অহ! মতম, নহাক কল্লব', খাংবা ঙমদ্রবা,
নত্তে, নত্তে, নংনা কপ্পা নত্তে, করিনো মসিদি
ঐগী প্রেমবসন্তগী লৈনা খুইজিল্লকলে, থমোইগী লৈরা'
কংশিল্লকলে লেপ্পা লেপ্পা, মালেমসি ওইরক্কদৌরে লৈকংলা!

হে মতম, নংনা ঐবু থিংঙমদ্রগা পুরকলবরা প্রলয়,
লেপখিগদৌরে ঐগী শিংলিগী ঈচেল, থরাইগী ভম্বা',
করমনো, খর হোন্নবা ঙম্মকত্রে ঐহাক, চরম কংলে,
ঈশিং, ঈশিং, ঈশিং পিয়ু ঈরিক'মত্ত ওইরবস্ন।

কনা লৈ, ইংলবা ঈশিং থুম্না অম পিথকপিবা ঙম্বা?
কনা লৈ — কনা লৈ-?! লৈত্তে, লৈত্তে কনাম্ভু!

প্রিয়ে, কদায়দা লৈঙ্কবগেনে নহাকপু —
নং নঙ্গনে নোংম শারবা ওলাংথাগী থমোইম্নুংদা
বসন্ত খোৱাংলবা ঐঙোন্দা প্রেমগী ঈশিং পিথকখিবদো
নুংশিবগী পাত্র পুথোক্কনা, 'একত্রিবরা' হংবীহনা—!

করি ভৌরে ঙসিদি, খোৌরাংলম্না মতম্‌সিদা নহাক্নুম্ন
ঐঙোম্দা ঈরিক অমত্তম্‌ পিথকপিবা ঙমত্রবা।
অহুরা, নংগী মুংশিবা, নংগী 'প্রেম' ঐগীদমক হিংলি, হায়খিবদো
অহুরা, নংগী থমোই অহুরা নংগী পুকচেল ?

ওহ ! কুঞ্জমালা, মুংশিদা লৈরাংও, মীওং মীনৈ খাম্নী মৈরাম্নখিবী,
মুংশিদা, পাম্বৈরেল শাহীং চাবা মাগী খায়াংতা তারকলবদা—
তাইবঙ জীব অমত্তনা নংগী উপ্পাই তৌবীনবা লৈরকত্রবদা
কৌজখিবদায় নংনা নমাননুংশি থোইববু খুংলাম তোয়না :

" হা ইমান মুংশিবা, থোইবা
হায়খিবদাই নংন ঐবু মুংশি হায়না,
লাকলোনে, পাম্মুবা, লাকলোনে
নংগী মুংশিবী, লাইবক থিবী কুঞ্জমালাগী
থরাইসি অমুক্ত কনবীরো লাওনে !"

লাকখিদবনি। থোইবা কনাম্ন মাগী মুংশিবীবু কনবীনবা,
কৈজাওহুনা মুত্তুগী বসন্ত ওইরহুনা মাংহনবীখিবনি কুঞ্জমালাবু।
নৈহংখিবনি মচেং মচেং শেগায়হুনা চাখিবনী ঈহীং-নাহীং
ঙংখিবনি ঙুং ঙুং বন্দু নীম্না ঙুং ঙুং — — !

হে মতম, নং চিংত্রবা চৈথেম্নী রাংম,
লানঙমম্নবগে তাইবঙ কনানা থৌনাফবা ?

অসুম্মা ওইরবা, চাথোকপা হৌরকলবা মতমনা,
ভোংশাশিং মচেৎ মচেৎ কক্কুনা, মীৎয়েং মচেৎ মচেৎ হাংজুনা,
ঐগী মীৎকী মৈরি অদুগুম্ব মতমগী মৈরিরক্ত চেনশিনগ্রে,
মুমিৎ-থাগী খোঙডুম্ব মতম মঙোন্দা চোংশিনগ্রে!

অরাবনি, অরাবনি
ঐগী মুংশিবা, ঐগী বসন্ত, নখোয়সু
মতম মাগী মীচংদা লেপখ্রবা!
অরাবনি, অরাবনি!

নংগী মালংবা মানা হুমলকপদা
হৌহল্লি লৈরাং-লৈরাং, হীংহল্লি জীব কয়া অদুগা,
নংনা অমুক হুমলকপদনা কেলহল্লে লৈরাং লৈথায়থক চোইজাযননা
নিংথায়হল্লে মতম'মগী ফুড়া দলান অমনবগী মিংদা!

করমনো, শকহোংদবা নংনা, পোংশক অমখক্ত পুদুনা চৎলগা
মদুবু য়েনবদনা অরৌবা কনাগী মখ্রবাক্ত মহাও তোঙালহল্লবা,
করমনো মতম, নংনা হোংবদা পুম্নমক পুদুনা চৎলিবা,
নংগী প্রেমগী লাইজ থকচিনবা কনাগী থমোইসু মাঙহনদবা।

ঐগী ইকমদসু নংনা পুবীরকখি বসন্ত, নৌরবা বসন্ত,
অদুগা শুসিনা, কনা রাশক্রখিবা কয়া কয়া, নিংশিং নিংশিংনা
চৎহনলে লম্বী তোঙাল তোঙাল, ঐগী ঐগী পুক্নিং সংসারদা,

ব্রাশক পন্দোল কয়া লোয়ধরে, কাওনরে ওয়মক—খংনদ্রে করিসু
নিংশিংইবনা কদায়, কাওব্রবনা করিনো, খংনদ্রে করিসু !
মচি মচি উমশনবা হৌরকলবা বসন্তগী হকচাংসে
নহাক্না তপ্না তপ্না মাংহনবীবত নত্তনা মৈজাও থাবীরে,
চুথবীরে মৈগী নোং নৌরবা লৈনাথক অসিদা,
প্রেমগী ব্রাহৈ খুদোংগী মশাদা চেলহল্লে মৈগী ঈচেল,
সিদবু করম্বা বসন্ত প্রেমগী মবুঙোনা ইংনা লৈজবা ছমগনি!

কায়না নোংলৈ নুংশিংনা মায়কৈ খংদ হুম্বীরবা,
অথৌবা তাশোম্না মথোং-খংদ থিনবীরবা
করম্বা প্রেমী-প্রেমীকানা মোক্না নোক্না খাংগদবা
ব্রাদশিম্ন শাহনা, ওমলোই কনাসু নোকপা,
থমোইসি পায়শন্দুনা খাংজবা নত্তনা, করিসুওইরোই।

ঈহৌরবা মীৎনু অনিদগী পিরাং ঈরি শিন্থরে,
চোংলে লুপলে হকচাংসে, ওল্লে পিরাংলক্ত,
চেন্থরকপা ঈরিনা ঈচাওরে প্রেমগী পুখ্রি,
খাংবা ওমদ্রে, ঈপারকলে, পাথোকলে ... ...
ঈংথহনবা ওম্মরোই কৈদৌম্নুং, ঈতুং পুখ্রি ওইখ্রে !
ব্রারৌগমুকো, নুংশিরবী, প্রেমীকা পুম্নমক, প্রেমী কয়াগী,
মমবা বসন্ত শুক্লং মনুংদা নিঙাইদনা তুমখুল তাল্লিবী,
হৌগৎলকলো, হোগৎলকপো, লোইরে অহিংগী মতম

থোরকলো বসন্তপ্রেমগী শুরুংদগী, অমুকী ফিজোল ইল্লরো,
য়েংলরো লাও ঐগী খুৎশানা লেংলিবা লৈরাং মাচোম্‌সে।

থোরকউ, মাংদা লেপলো লাও, খিকথরমলগে
নংগী চরণ থম্বালদা অরেম্বা লৈরাং লৈকুপশিংসে,
করিনা শিংলমগনি মুংশিবগী লম্মন, শিংলমগনি করিনা,
ডিংথোরকউ মথুবাং নংগী ঐগী থমোই, প্রেমগী থরাই
হাপ্পুনা পিরম্‌গে লৈরাং নাচোম অসে।

নোঙ্জরিবী, ভানু-থজোং নংগী নিংথিবী প্রেমশান্তিগী ভুকশম
হুকলমলগে লীরবা খুৎ'সিনা 'বসন্ত বিদায়'গী লৈরাং পরেংসে
খনগনু মসি, কায়নবগী লৈরাং পরেংনি হায়হুনা,
নত্তে, মসি কায়নবগী খদোল, প্রেমশান্তিগী খুদোলনি,
নত্তে মংবু থাদোক্কুনা চৎথিবা, চংলিবনি মতমগী শুরুংদা!

কায়নদে মুংশিবা কনাগা, কায়নদে কনাগনু,
মুংশিবদি পুহুনা চৎলিবনি ঐনা থমোইমুংসিদা,
থিয়ু, খিহুনা য়েংও 'বসন্ত বীদায়'গী লৈনাশিং হায়দোক্কুনা।

(১০)

## বসন্ত বীদায়

নংবা অমুক কদোমদগীনো, লাক্লিবা ইকাদা,
হে পিরাং, করিগীনো নহাক্লা–
মীওইবগী অশোনবা ভানজ্ঞাত ভাইহনা লৈরিবা,
করিগীনো ব্রারবা থমোইন্নুংতদা য়াতানিংলীবা,
করিগীনো নহাক্লা তেংথারিবগী হকচাং ঈরুপ্পীরিবা !

ঐনা খনজবদদি,
নহাক অসে, ঈরিক অমনি
ইচম চম্বা ঈশিংগী ঈরিক,
য়াম্বা কল্রবা ঈশিংগী ঈরিক
মীংয়েংগী শক্তিবু মরক মরক্তা থংপা !

অদুবু, ওইরমগ্রে নহাক ইচম চম্বা ঈশিংগী ঈরিক, ওইরমগ্রে,
শীন্নরকলমদাই নহাক্লা কনাগী মীংলু নাপোমদা
নিকই থমোইনা, চোংই মীহম্না মখোঙ থীন্দুনা
নুংহীক্লে খাংঙমদনা, হোন্নী খর কুইনা, তথক তথক, অদুগা,
নখোঙ খোঙপাক্লা কাওরমই লৈজমখৈ থমোই কক্লাংদা,
মায়াগী মতৌগুম অদুডৈ, মদোম নাম্থোকচখিবা য়োংহল্লীংগুম,

শ্রীকৃষ্ণ মপাইবু ভোগী হকচাংদগী —, শেমজবকই লশ্মী
থমোইনুংদগী মীৎলু নাপোম অনি তম্মা
মুংঙাইবগী মচা কয়াবু নেৎথরমদুনা, নাম্বরকই
খজাইদা !

ঐহাক থংই, লাকখিদে নংনা নোংমতম্ ইচম চম্মা,
থিনগাযবা য়াব. ভৌখায়বা য়াবমখৈ থিনগাব ভৌখায়রম্লগা
থমোইগী লম্পাক, থোকলকর্পনি ঈবম শেমদুনা;
ঙসি ঐগী মীৎলু অনিদা থুমললকলিবসিস্ত —
ঐগী থমোইবু শিংগুপ শানা য়ানখায়বীরম্লগা
কাওথোকপা য়াবমখৈ কাওথোকপিরম্লগা
থোকলিবনি নহাক্না তাইবঙ মালংদা — ' পিরাং নংনা

য়েংবীয়ু,
বাল্মীকিগী থমোই নৈলকোন্দা, কল্পনাগী লম্পাক্ত,
মবেম্মা সিতা কায়নবদা শ্রীরামগী মীৎলু অনিদগী
তাখি পিরাং কয়া বনগী অক.বা উনাথক্ত,
পিক্লবা ঈশিংগী ঈরিক অদুনা, যদুগী মতৌগুম
মিকুপ্ল মৈ ওনখিদুনা চাকথেকপা হৌরকখি বন তুমনা,
সনাগী লঙ্কা, মণি মুক্তা থোম্লব, মৈজ্রাও থাখি,
পিরাংদুনা, পিগী ঈরিক, ঈশিংগী ঈরিক্তারি ক্লুনা ।

খংলে, হৌজিক্তি,

পিক্লবা বোম অহনা, মঙং কয়া থোক্লা পোকথায়রকপা,
মৈগী চীং অহনা, মৈগী মহী ময়াম অম ওথোরকপা!

পিগী ঈরিক অহনবনি পাগুবনা,
শাগৈ নাডে তুমা হাংতোকখিবা, কুরুক্ষেত্র মৈজাও হৌহনা
অশিব লীশিং লংশনখিবা মৈনুংদা, ফিত্রিং, ফিত্রিং,
পিগী ঈবিক অহনবনি, লাকচবা কৌবা মায়থোংদগী,
ইকায়বা কৌবা মায়থোংদগী শিন্নরকপা পিগী ঈরিক!

পিগী ঈরিক অহুগীদমক্তনি 'কথোকপা ওন্বা থমোই' গী
অচুম্বগী লম্বীদা মচাবু বলি ভোগে য়াখিবা ইব্রাহিম
চানবীগ্রে স্মাইল অচুম্বা কথোকপগী পুকচেলদা 'আলহানা'
হে অলহা, অলহা হে অকবর, হে অমর, নংগী প্রেম পিরাংলক্তনি
ঐথোয়না লাইবক লৈভা খুকউ খুদক কুন পিরাং শিন্নরিবা।

ভোল্লবী লুপ্রাগী পিরাং তাখি তপ তপ
অমত্ত পোকচবা মচাগী মাযথোং থম্বালদা শিরবা,
চানবীগ্রে মবুংঙো যীশু খষ্টনা, হাপগ্রে থরাই
শিন্নখরে ঈগী পিরাং ক্রোস পাং মথক্ত
কনবীযু হায়জগ্রে 'মপা ইবুংঙো' দা ভোল্লবশিংবু—!

মপাঙ্গল কল্লবা গজেন্দ্র হিকথখরে মতমগী ঈন্নুং পুখ্রিদা
শিন্নরগলে পিরাং মীংলু অনি পরমেশ্বরপ্রেমগী লম্বীদা

পিরাং ঈরিক খরহুগীদমক থমোইদগী হৌরকপা
অচুম্বা-শান্তি 'ঐ' থাদোকপগী লোকমুংদগী —
লাকখ্রে 'মবুংঙো' পিরাংলক্ত, কয়মনো, হে পিরাং নংগী শক্তি
শিন্থখ্রে পিরাং হৈদোকখ্রে পিরাং, মমা লৈবাক্কীদমক,
'মাতৃভূমি' প্রেমগী পিরাং ঈরিক অমগীদমক
চোংশিন্নখ্রে কয়া নোংমৈ গুলিগী লাওনা কাখৎলিবা ময়াচৌবা
খাম্মুং মুংদা,
পাম্মুখিদে কনানা থরাই পিরুবা ঈরিক্তুগীদমক।

হে পিরাং,
চোংশিনখিবদাই নংগী ঈরিক অমগীদমক
দেশ ভক্ত সহীদ কয়ানা— ঈথেং হাথরবা লালথুংদা,
জালিয়ানবালাবাগকী মায়থোংদ শিন্থখিবদাই—
মহাত্মা অমগী থমোইগী মীৎলুদা —
লাওখিবদাই — " সৈতানগী সরকার অসে
ওইরোই শেমদোকপদনা
মুথৎকদবনি মরু কংনা।"

নংগী কক্না অহুগীদমক্তনি, বিশ্ব কবিনা
চোংথখিবা গীতাঞ্জলিগী মহাসাগরদা,
পূরকখিবা ভক্তপ্রেমশান্তিগী মপাও!

নংগী ঈরিক অমগীদমক্তনি, ঝান্সি রাণী, লক্ষীবাই
লিম্বোইংম্বী, কয়ানা অৱাবগী লাক্তংদা নোক্ন মায়রোং রাখিবা,
মতুগীদমক্তনি শিবমখৈ ফুবদা করি জবান পীখিদবা জয়মতি
মতুগীদমক্তনি —

পিক্লবা প্রেমগী ঈরিক অপিশক অতুগীদমক্তনি
শম্ন খোঙদা য়েংখিবা মোইরাং মচা থম্ববু,
ঊপ্না তা ঊপ্না চিং, লোংনা তা লোংনা চিং।

মুংশিবগী মায়থোংদগী শিন্থরকপা
পিগী ঈরিক অতুননি – মোইরাংথোইবী কৌবীনা,
ইতৈ নোংবান কৌতুনা 'কবোরায়' হোরে রাকোইশগোল তোংখিবা।
পিগী ঈরিক অতুননি লাইবক থীবী কন্যানা
মখুত্তা ছুরি পায়তুনা অহিং ময়ায় চনবদা কমাখ্য চীংদা চংখিবা।

কৌখিবদাই হে মজনু নংনস্ন অঙাওবগুম
'লৈলা' 'লৈলা' হায়তুনা লম্বী শরোক য়াংবীথক,
কুংখিবদাই হে শিতঙা নংনা, য়াংবী মুঙলেন
মুংশিবা মাগী থৱাইগীদমক পান কুংপা শাতুনা।

হাপত্রে হে শিরাং নংনা হাওবা কোম্ব মকাদা
প্রেমগী থৱাই, অকনবা থৱাই, শিনাইত্রবা থৱাই!

হে শিরাং নহাক অসে কয়াদ পাক্তলগ্রবা,
কয়াদ শক্তি লৈগ্রবা, কয়াদ কনবা নংগী পুকচেল,
কয়াদ লৈগ্রবা নথৌনা!!

য়েংঙু, ঙসি ঐগী খুৎনা নীকলিবসি চেবাংথক অসিদা,
ময়েক চুম্না ইঙমদ্রিবসি ইগে খম্না খম্না.
শর ফুইনা হোম্দুনা নীকলিবসি খোঙেল থোক্লা,
পিক্লবা শিংলি উতোংদা চেনবা ঈচেলনা
সমুদ্র চামগী ঈরাওখোল থোক্লকলিবসি য়েংঙু,
মসিন্থু, হে পিরাং মংনা নত্তনা ওইগনি কনানা?

ঐগী বসন্ত লৈনা খুদীং চোংলিবসিন্থ নংননি,
ঐগী মীৎয়েং লৈচিল থাংলিবা, ময়েক শেংহল্লিবা
কনানা ওইগনি, নহাক্ত নত্তনা মসিন্থ!

নেমথরো, নেমথরো পিরাং কৈদৌবগে,
পিক্লবা থমোই অসিগী ঈচেল হোংহনবীরোনে.
ঙমদ্রে করিস্থ ইবা, ঙমদ্রে খনবা রাখলন্থ
হীকলে থমোই হিহীক্লরে,
পোকথায়রকলগনি হকচাং পোলাং নংগী জ্বার খাংঙমদবনা।

নংগী শক্তি অচুনা নত্রা, সিদ্ধার্থবু চেৎনা ক্লোনখিবা,
তাংলৌ থেংবা অহিংদা মবেম্মা মাগী মকমদা 'বসন্ত বীণারা' পীবদা,
থমোই চীংজাও পোক্থায়খিবা, য়েংজ্রখিবা চিংনা চিংনা,
মতমচুদা নংনা থৎখিবা মুংশিবগী মীৎয়েং
উঙমখিদবা মবেম্ম যশোগী মায়থোং, মৈরাগী মঙান্দা।

অমুকম্ন নংনা ইম্বরি, নংগী লোকমুংদা,
মথাদগী মচা মুনবীগ্রবা মমা কয়ানা
লাওরি, কপলি "ঈমাগী ইবুংঙো, ঈমাগী নিংথেম"
উর্ম্মিলানা চহি ১৪ প্রেমব্রত তৌহনা খাংখিবা,
কমখিবনি নহাক্কী আসন্দা
নংগী ঈপাক্কনি দশরথ নিংথৌনা কুগী মনুং চংখিবা।

সাবীত্রিগী ব্রাহং পিরাং অতুদনি
যমদেবনা লংশেকলম্বা সত্যবানগী থব্রাই,
হুকতোকপিরম্বা অশিবগী থৌরী কোলোয়,
ভক্তিগী পিরাং অতুদনি মীরাবাইগী
চোংথোরকপা স্বয়ং মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণ বাঁশীধারী—

অতুগা নংনা,
নগুন শকচবা ঐগী খুৎপূনা
নিকহল্লবা থক থক ··· ··· ···

হে পিরাং, চংজরে নখুয়াদা, চংজরে ঐহাক,
লুপথোকপিরো থব্রাই হকচাং অনিমক, লুপথোকপিরো,
করিগী থম্বীরিবনো অম্মুমা তনিক তনিক?
মহু নিংথৌগীদমক, লায়রবী খমুংগী নৌরবী খজাইদা
নংনা মীকুপ কাংদনা ঈরি চেন্দুনা—
মায়থোং পিরম নাইহনখিবা মতমদা, ঐনা,

চৈখিবনি নংবু থমোই কনমল্লি, অদুগা হৌজিক্লা-
লাকলবা ঐগী বসন্তগী মায়থোংদা
গঙ্গাচাম পুদুনা মহাদেবগী জতা মুংদগী।

চেল্লরো হে পিরাংগঙ্গা, থাদোক্লুনা জতা কয়া,
প্রেম ঈপারবা ঐগী মায়থোংসিদা ননিং তম্লা,
কিদুনা চেল্লোই কৈদৌমুং পাংত্রবা অমগুম,
নংগী ঈপাক্তা চোংথগে হায়বগীদমক
লাকলিবনি ঐহাক্লা শাংলবা লক্ষ্মীসি, তুংহন্দন', ।

হল্লকউ নংনা কোটিরক হন্না ঐগী থমোইগী মীৎলুদা,
অদুগৈ ঈহনখীবা নংনা পীতগ্গা মথমোইমুং,
পিরাং নংগীদমক হৌদোকপ্রে 'চীঙ্গোই ঈরুপ' উরাকোন্দোবা
অদুবু ঙমখীদরে মদুনা লমন শীংবা প্রেমীকাগী মুংশি-পিরাং
মুৎঙমখিদরে মৈচাক, পুদুনা চৎপ্রে নংবু থমমুংশবা লমদমদা।

অদুবু, থংবীযু হে শক্তি লৈবী পিরাং,
নংগী কল্লবা শক্তিসেন কয়ানা থাবীরবসু ঐগোন্দ,
তুররোই ঐহাক্তি লক্ষনগুম, মকোক তরা পানবা প্রেমশাক্তিগী
লানকমসিদা,
নহাক্লা থম্বীরিবমখে ইমাংদা মহাসাগর কয়া,
চোংথগনি ঐনা হন্না হন্না-, চোংথবা থুদোংগী নংগী সাগরদা
হাপ্পনি ঐগী বসন্তগী মগুন, চোংখৎলকপা ঈরিক মচাদুনা

ইগনি ঐনা সনাগী কালী ওইহন্দুনা —
থমগনি ঐনা যুগ কয়াগী ইতিহাসকী মায়থোংদা
দাগ থৱানমিচাক্লম লংলবা।

থোকহনবীরমলে লংলবা থৱান, ইতিহাসকী লাইবক্ত
মীওইবনা হীংবগী মানমর্য্যাদাদ — 'মাল্লবা সমাজ' শেমহনা,
নেমথখরে মীকপ-মীৱাওখোল, ভেংথা নাওই লমদমহ্ —
পীরমলে হে পিরাং নংবু মায়থিবা থুপা অহনা
মতমগী চীংদোন্দা ঙাল্লকখিবা নুমিৎ 'লেনিন' কৌবা।

অমুকস্থ, তৈথোকপ্রে শান্তপ্রেমগী মবুংঙোনা
ওইদবা, হিংসাগী মায়থোংদা শিন্থরকপা পিরাং নং,
নমলমহনা মতমগী লাইবক্ত অরংবা শিন্দুর,
লৈখিপ্রে কনা শোক্ল-পল্লবা য়াদবা, চাৱৌ-মোৱৌনদবা,
ওনপ্রে পুম্নমক অচূম্বগী মুর্ত্তি য়েংলকপদা অহিংসাগী মবুংঙো,
জাতিগী মপা ভারতকী মণি 'গান্ধী' কৌবা মুক্তান !

হোৎপ্রে যুগ কয়াগী ইতিহাস, অক-কন্ত,
লুপপ্রে মতমগী ঈরোম্নংদা কয়া - অমন্ত চিৎথদা,
লৈহৌরে নংদি 'লীৎথহৌহনা মহাপুরুষ কয়াগী খুরক্ত অহুপা,
ঈথক কাররে ঐগী থমোইন্নুংদা অকনবা নোংলৈগা।

খুহুম চল্লগে, অথাং কনবী শক্তি লৈবী নং,
নত্তে কালিদাসকী লৈকোলদা শাংখিবী কংকন্যাহ্

কামগী তেনকাপ্পকম ওইবী কিলোপত্র
লাকখিবনি প্রেমগী তর্পন কৎপা মুংশিবগী লৈকোন্দ,
মংবুম্ন, ঐনা কাহ্নুনা থাথরগে বসন্ত সাগরদা।

খংদ্রি নহাক্না মকমগী মমল, মশক্তম,
ওল্লি নহাক সন্নাগী পিরাং চংলুবদা কবিগী থমোইন্নুংদা,
ওইবকই নংনা থমোই থোৎনথাউ, মরোল থোকহল্লি
রাইহে—, মরা ভাংহল্লি মীয়েং, মথরাই পালহল্লি বাখল,
হনবা ওমলোই করিদম্ন মকমসি থাদোক্নুনা নহাক্না।

কাওরবরা—'হে পিবাং, কাওরবরা?
অহুভৈ নংনা কাহ্নুনা নেংখায়থিবা রাজপুত নিঙোল, মুপী কয়াগী মথক্তা,
চোংশিনখিবা চাক্লিবা লৈমুংদা, ওলাংথাদা ঈচোংথবগুম
পিক্লবা ঈজ্জং অমগীদমক শকহেন-থমোইহেনবী কয়া পদ্মীনি,
ওসিদি নেংগরগে নথক্ত কাহ্নুনা ঐগী থরাইনা,
লোথোকলগে নথবাক শেগায়হ্নুনা মণি-মুক্তা কোহিনুর!

চেনগন্নু বসন্ত কনা অন্নবা পিরাং কিহ্নুনা,
চেনগন্নু বসন্ত লৈকোন্দা মুংশি মুংশা য়াইরিবী,
শিন্দরকলে মণিমুক্তা লংলবা ঈরি পিরাংলক্ত,
চেল্লোই ঐনা কৈদৌমুং— চেল্লবন্নু প্রেম নংনা—
'মমুগী' পাপলক্ষন তরা মীওইববু বদনাম পীবগী,

শাগৎকনি ঐনা, নুংশিবগী খাড়ৈপোকশঙ কয়া— প্রেমগী খুদম
যেংহনগনি মায়থীরবা প্রেমধারী কয়াদা।

তেবা মকোলগুম খোংন-নৌ, থম্বাল নংগী লৈনা মুংশিবগী,
হেলহল্লে মমল অস্থম অম্থুম থমোই পিরাং-পিরোইনবদা,
করি লৈতে পিরাং নংগী গুন, মশক থংহনবগনি পোংশক অম
থমোইগী মীৎ পাংথোকহন্দুনা, হাপ্পদনি থোনা মায়থি পীগুমদ্রবা,
শেম্বনি প্রেমগী লানবুং থমোই অনি-নিগী মরক্ত,
ময়েক অম হকলম্বনি খাংকম তাদনা থমোই ঈমায়দা।

থোরকলো— রাধা, কৃষ্ণগী রাধা, ঐগী রাধা, মুংশিবগী মূর্ত্তি,
হৈদোকলমলগে নখোঙ থম্বাল নংগী নৌরা থমোইগী
পুজরকলিবা প্রেমপিরাং চুরক্কদৌ নোংলেন পুম্নমক্কগী হেল্লবা,
খংবীয়ু, নত্তে, ঐ কনাম্ব —, লাকচবনি ইচম চম্বা,
ইবুংঙো মাগী য়াথং কোকলেনথক্ত পুহুনা
লানগে ঈপাববা গঙ্গা থাশিগী অহিং,
কেন্দুনা তাপ্রে য়োংহল্লিং হকচাংদগী, লেমহোরে
স্বপ্নত থমোই, থরাইনা শাগোন্নরিবা।

চৎমিন্নসি লাও, পিরাং নহাক লাও ঐগী মীৎলুদা.
থিৎলু থমোই নংনা ঙমলিবমথৈ, শুংঙ ঙমলিবমথৈ,
শক্কনি ঐনা ঈশৈসি, 'কবিতা ইতিহাস' কী উপু ফককায়হুনা।

ঙমথৈ লৌশিং য়াংম লাক্ক — অমম্বগী,
মাংগ্রসম্নু মীকপ থোকপা মীকুপসিদা অতুম্বনা,
মাংগ্রগনি মীকপ থোকপা, চাংয়েং তৌবদা
কংনবা 'খংদবা মহাক মুংশিবা'।

শিম্বদে ঐগী মীৎলুদা, ঐগী পিরাং কম্বিম্নু,
নংগী ঙাক্তনি নংগী, নংগী ঙাক্তনি নংগী,
ঐম্নু নংগী ওইবনা, ওইয়ে পিরাংম্নু নংগী,
কপখিদে কনাগী থমোই মরোমদোম মরম লৈত
কপহনখি কনাগী থমোই কনাগী থমোইনা।

দ্বাদশী মরমচাবা, কল্পবৃক্ষগী ফল 'পাপচেনদবগী'
তৌজনিংদে ঐনা প্রেমগী একাদশী, কংজনিংদে পাপচেনদবগী
'অমররৃক্ষ'

কংজকম থোকপা পাপ মখল কোটি, চেন্নশিনবীরকলো—
মহী ওইনা ঐগী খাবুমম্নুংদা, থকচনগে নং খাকনাইদনা
মুংশিবগীদমক্ত, মুংশিবগীদমক্ত, মুংশিবগীদমক্ত,।

মুংশিবগী পিরাং, নংনা ওইহল্লে 'মুংশিবীবু'
হেলেন চামবু ঙমজবী ত্রোইগী, নংগী নরোলনা
থোংহল্লে থমোই, অথোংপা চামবু ঙমজনা।

অহুবু, হে কাওজল থিবা মীওইবা,
কাওপ্রনিদো নোংম নংনা - পিরাং'সি প্রেমগী

চোংখিবা মতম অমদা নংগী থমোই চেৎবাং লুপ্পা
ঈরাইখিবা কিথোংত্রবা ঈজিনা ঈস্রিদা,
মায়াগী দেহ, মায়াগী সংসারদা মাংমিন্নখিবা ....

.... থম্মো মতা নংগী পাম্মোম
চাগী খুজি খোনজেল নিন্না,
তুখোঙ খুদীং ঈপাখিবা প্রেম,
নিংশিংলরোই পাম্মুই, পাম্মুক্তে
তুমহৃনা লৈয়ু নিংশিংবা নং,
থমোইগী শষা মথর্কাসিদা ইংনা।

মশীং খিররোই তুখোঙ খুদীং নংগী
মুংশি-পিরাংতনা ঈকুৎ শো ঈকাপ
চেল্লে থমোইনা মহী ওইনা পুক্লিং তুরেল
কেল্লে উখোঙ খুদীং উচালগী শমলাং মচোয়
পাম্মুই, ঙল্লরোই কনবা খোংনেংনগ্রগনি যান্ত্রিক কনানা।

ঈরাক্লরে নংগী নিংশিং প্রেমগী তুরেন্দা,
হুনজেকপিরমলে রাখলনা ঐবু ঐগী সংসারদা
মাহৃনা য়েংলি লন্থী ঐগী সংসারনা মথুৎ থাজৎতুনা–
পুনশিনবীগ্রে মখিৎ, মেনশিনবীগ্রে মনা–
কদায়দনো খিরি লন্থী চামথোক্লবা মুর্ত্তিনা লৈরিবা।

ইকায় মৈশা লাং চোংশিনথ্রে যঙ্গী মৈমুংদা সত্তি,
মায়থোং পুম্বা পিরাংনা লুপ-,
শিংলরে লক্ষ্মন তাণ্ডবনা শিব
কম্লি পিরাং প্রেমগী, তুম্মিন্না লৈখিদে
শিবমহাদেব-কাওবা।

খংজদে ঐহাক্না তাণ্ডব নংগী তান, শাথেক
অহম্না ওইরম্মু, শারি ঐনা প্রেমগী তাণ্ডব
মুংশিবা হাৎপা 'নং' মাংহন্নগে তুমনা,
মতমগী অমৃত খোনি কয়া থকথ্রে নখোয়না
মহুগীদমক লাকখিগনি মোহিনীরূপদর্শনদা,
মমল য়াম্লবা পিরাং অরাবা তারক্লবা নখোয়গী
নেৎতুনা চৎকে মথক্ত কাহনা—
জরাঝন্ধ কয়াগীদি লৈতে খুৎলাই সুদর্শন নত্তনা।

নিকলো মালেম লৈমা নীক্লিংবমখৈ
শিন্তবমগে ঐগী প্রেম পিরাং কয়া কয়া নংগী লৈমায়দা
পিবীয়ু নহাক্না মখোয়হুদা অপাম্বা থাদোক্লবা
মণি ওনহ্রবা পিরাংহু লৈমায়দগী খুনগৎতুনা।

লক্ষ্মন খুমনরা পামজদে ঐ— অমগীদমক অমনা
কথোকনবা পামজৈ ঐহাক- অমগীদমক অমনা
পিথোকখিবতনা হেন্নে ওইজবা কংবা থমোইগী

থোকলকপনি থমোইস্থু খোইথুম্নবা মরোল
পিরাং নংনা চামথোকপিবদা হন্না হন্না।

নিল্লকলে ঐগী প্রেম-বসন্ত লৈকোল পিরাংগী ঈরাওথোম্না,
শাংলকলে লৈরাংস্থু থমোইদা মশীং থিঙমদা, লৈশক খংদ,
কনানো নহাকপু মরুমদা লোৎলিবা 'বসন্ত বীদায়'গী
থোকলকলোনে অহাংবদা কোংনা — হেকলো লাও —
লৈরাংশিং থমোইগী লৈমায়দা শাংলিবা য়েন্দায় থন্না।

কিরুগমু করি পিরাং শক্তি লৈহেনবী
ঈশিংনি থল্লু থমোইগী লৈরাং ঈশিং চায়নবা,
নৈথায়রো ঐগী লৈকোল মরু কংনা,
মপুং কানবা বীদায়সি বসন্তগী -!

বসন্ত বীদায়

(১১)

## বসন্ত বীদায়

নিংশিংবীযু, খাং কোল্লবা,
চাইরুং দাগকম নাইরবা, উনশা মকু থাংলবা ইপু, ইবেন
হৌরবা প্রেমগী পিরাংদো মরম খংদ পিরাইনখিবা—
'লৈকোলগী নিংথিবা য়েংলুবদা
নিংশিংলক্তবরা, থাইনগী বসন্ত লৈকোল
প্রেমগী মৈরী উরুবদা লাংদবরা থমোই মৈশা?

ইংথরবরা, ভুকথরবরা—?
ভুমগ্রে লম মাপলগী খাংজবু শুক্লিগী,
ভেকথরকলে মায়াগী য়ুম অপাম-মুংশিগী
অহবু৷

কাওবদি কাংদ্রি মতমদো—
সনা অহিংবা মচুগী মায়থোং থবাল,
মুরবী পীতম, শাংলবী প৷
লাওরপ্পী মীৎসনাগী অকোইবদা৷
তথপ, তথপ ঐগী রাহংদা—

কাওজ্রি - বুশিল্লিবা উনশা অসিনা
মেচিন্না চীংখায়নরবা ভরাগুম শং ভিংলিভৈ,
ভুখোঙ খুদীংদা চন্দলগী মনম নমলিভৈ
কয়াদি ক্ষজগ্রে লৈরাংহু য়েংবদা —
নিংশিংলি ভুমলবা ব্রাচেংকী মচিন মৈম্ননবা
খোঙপাক্পা নেংথবদা প্রোক প্রোক ভেকখিবা,
ঈহিং নাহিং খোঙপাকস্থু— য়াংখায়-থিনগায়খিবা,
মীকুপ্ত বসন্তগী নৌরবী খ্বাং অনিনা ভাইশিহৰ্মখিবা —
মহাক্কী পিরাং মরিক অম উক্লবদা
চাওরবা পৃথিবী জয় ভৌহনা মহাকপু মহারাণী ওইহনখিবা,
বম, তপ, নোংমৈ শুলি — চংখিদবা-থমোই
শাউন য়োং কয়ানা শুগায়হনা শারবা থমোই
হুল্লি হৌজিকস্থু থমোইসিদা মীহুল
মাংগ্রবা মতম অহুবু থিক্লবদা-,
চেল্লকপশুম খল্লি ঈচেলস্থু ফুইনা নোংহৌশুম
পাথোরকলি পুক্লিংগী শম্বল নমখায়হনা —
অহুবু, অহুবু, কদোমদগীনো — —
শাগৈ-নাভৈ, ইচা-ইশু, মরি-মতা - কদোমদগীনো
থোরী, থোরী — খোংদা খুত্তা
মায়দা মেত্তা — পুক্লিং থমোই অনিমক্ত -

তশেংনমক লাঙ্গোয় চনগ্রবা
পান্থ কৈরেলগুম কৈবল শেমগ্রবা—
লৈখিদরে লিংথোকফম ন'ঙ্কোকফম—
মচেৎ মচেৎ শেংতুনা চাবীরকলে, তুমগদৌরে -
অহুবু,
ঙাইবদি ঙাইনরি, কৈবলনুংশিদা
'খম্বা' অম চংলকপা। ঐঙোন্দগী 'ঐ' মুনবীবা!

"কনানোনে, নশক খংত্রে, তাত্রে
লাওনা হায়মুনে—হা করি—?
তাদেনে, ত'দেনে—হা করি?
খংদেদা অহল ওইবা হায়বসি
নাস্থ তাদ্রে, মীৎস্থ উদ্রে—"

ওহ, মতমতু, মতমতু নিংশিংবদি নিংশিংশি
থবক্তুদি হৌগ্রে—শাদোংশিং মচেৎ মচেৎ
কিন্তজরকলে মচেৎ তাখিকম খংহৌদ্রে—
পুক্নিগী পাত্র, থনখিগদবোই নিংনা নিংনা
থমগৎপা নাইদনা কংশিনখরে মদোম,
পিবা ঙমদ্রে করিস্থ নিংশিংবনা—!

ইপু, ইবেন— নোংম ঙক্লমই মীজোসি
নোকনিংলমই— ভুকচরমই মথোয়বু উবদা

অহুবু, ঙসিদি ঐঙোন্দা কৌররে মীঙোহু
মীঙোদ নংত্রে ওইরকলে ঐ " তুরুচবহু।"
" চাও'পা কদোমদনো?
হরে কৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ!
থোঙাল হেন্দোক্লবোইরে —।"
কল্লবা মুংশাগী মৈশা, ওলাংওমচাক্লবা,
অহিংগী লীক্লানা থংনবা মীকুপ্ত -;
কদোমদগীনো পিরাংশিংসি চেনশল্লকলিবা —
নোংম, অহুঙৈ লাইহরাওবদা 'পানা' লাম্নখিবা,
শমজিরৈ নাচোম চাওমল্লি লক্লখিবা,
কদোমদগীনো পিরাংশিংসি চোংশল্লকইবা —
নত্তে, নত্তে, চাম্নরবা মরুপ উদ্ধব,'
চংখিবা য়ারোই নহাক গোপী ঐখোয়বু থাদোকলমহুনা
তম্বীখো মহাক্কী মপাও, লীবীখো বারী
নিংশিংবীরিবরা ঐখোয়বু মহাক্কা — ?
" নুংশিরবী গোপীশিং কৃষ্ণ প্রেমনা ঙাওরবা,
নিংশিংদনি করিগী নখোয়বু
নিংশিংলি, নিংশিংলি, শোলহৌই
কুইরেদা মখোয় উরকখিদবা,
কদোমদগীনো পিরাং, কদোমদগীনো
নিকথোকশকলে থমোই পুথ্রি - পারে!

'অবোক! অবোক,
চৈশুহ্ন সিদা লৈরে, কদায়দনো থিরিবহ্নবু?'
'নপায়াইনবই মচা — —'
— মিংসে ইচোং চোংলে।

নিংদি নিংশিংলি, নিংদি নিংশিংলি—
ঐনা পিরাংগী ব্রারী অদো—
হৌপ্রবা পুন্সিগী তোর্বান্দ লেপখিবদো ইদোম তরক
মতমহ্নদা মশক থংদবা থৌরী অমনা মদোম ঐঙোন্দা পুনশিনজরকপ
অসুম অসুম লাকশল্লকপা, অহ্নদগী শকখংদবা অমনা
বসন্তগী নোপ্লবা শাজৈ পায়হ্ননা উনশাসি তংপমখৈ
ফং ফং কহ্নপিরকপা—
চৈনা ফাওর ফাওর নুংঙাইরকপা, কন্না লাকশল্লক পেনজরকপা,
মাংখ্রেদো দাগকমদি, মুথংপিগ্রে মতমগী থবাংনা
অহ্নবু, চৈনা অহ্নদি, ফাওরি হৌজিকসু,
লৈরি থমোইগী মশাদা লেংদনা,
ওইরি মুঙজাওনা নম্বীরবা তিংথৌশুম
মশক মচু ওন, অহল ওইরকপগী মরূমদা।
মচুগী চৈনাহ্ননি, মহ্নগী খোনজেলহ্ননি, মহ্নগী শক্তমহ্ননি
হে তাইবঙ, নংনা, হ্ননি হায়খিবদো,
থংলো ওসিদি— অহ্নগুম্বা হ্নগী লীক্লি অহ্ন
থকচিল্লি ঐনা পোথাবা লৈতনা অয়ুক্তনি খল্লুনা।

নিংশিংঙু, মায়থোংহুদা পিক্লবা পিরাং অমনা
মাপল তৌরকপদা, খাঙহেমজ্রহুনা ঐনা কাংখায়খিবা
কুভা দলান, মহল কয়া —
লৈখিদবনি পৃথিবীসিদা পিক্লবা খোঙকম অমত্তম্ অহাংবা
কিন্নরকপগী, তেক-কায়রকপগী মচেৎ মকায়ভনা
পুমচায় চায়খিবনি বসন্ত ভাইবঙগী লম্পাক অসে।

বসন্তবু চেৎনা কোনশগহুনা ইথাসিদা
তৈথোকখিবনি মায়থোংদা চেম্বরকপা পিরাং,
অরাবদি, পিবাংনা শোকখিবা ঐগী খুৎশাশিং
মীকুপ্ত মহী চেনখবিনি তুমশনখিহুনা।

থমোই অসিদা ঈ মরিক অমফাওবা লেমহৌদবনি
নংগী প্রেমগী লোকমুংদা হৈজিনখিবদা—
অরাবা অমস্থ মীকুপ্ত লাকখি, - মহুদি—ঐগী ঈখেং হৈদোকখিবা
খুদীংগী,

অম্মম অম্মম থরগৎলকলে— মহুদগী পোকখায়রকলে
হকচাংসে মচেৎ মচেৎ কাপখায়রকলে —।

অহুবু. পুক্লীংগী লৈকোম্নুংদ বসন্তনা মখোঙ কারন-চন
খোঙ্গৎলকলে বসন্ত বাঁশী থাঙ্গৎলহুনা,
খোনজেল ভাবদা মচেৎ মচেৎ কায়থ্রবা হকচাংনা
ভুত প্রেত মচাগুম, হৌগৎতুনা শারকখি জগোই;

মরক্তুদা হৌগৎ-কাংখৎ ঙমন্ত্রবা থমোইনা উপশিংনরহ্নুনা-
কোনশনজখি বসন্তগী মখোঙ থম্বাল, মতমম্ভুদা,
নোপুরগী শুন্ধংলবা খোনজেন্দা থারকখি
থবাইনা তান।
তানজাহ্নুদা থমোই অম খোরক্তুনা লাংরকখি হৌনা,

"মচেৎ তারবা ঐগী শরুকশিং
লাকলো ঐবু য়োমশিনবীররো
বসন্তনা কৌরকলে ঐখোয়বু!"

নত্তে, নত্তে' হে তাইবঙ, মুংশিরবী
মালং ফিজেৎনরবা হকচাংসিদা থবাইগী,
চুবীগমু খাম্বী মৈ অকনবা, লুকোক্লবা কোকথক্ত
খোনবীররগমু অরুম্বা চীংজাও কয়া প্রেমগী—
পিকলবা শিংলি অসিমা পুবা ঙমন্ত্রে অকনবা ঈচেল
কদায়দগী চেল্লু য়াগনি অতুক য়াম্বা ঈ পিক্লবা উতেংসিদা।
খাম্বীরগমু, থৎপিরগমু ঐগী লম্বী
নিংশিংনিংত্রে করিম্মু, খন্নিংত্রে করিম্মু বাখল
বাখল চাংয়েং খুদীংগী মচেৎ মচেৎ পোকথায়খিবদা
লৈহৌত্রে করিম্মু ঐগী ইশাগী ওইবা-
চৎচথ্রগে ঐ 'মাংবগী লমদমদা' মফমথংত্রব।
মুংঙাইরে, হৌজিক ঐহাক লৈরে মাংবগী লমদমদা
কনানো খিরকলবমু কংলরোই ঐ মাংলবনি

মীয়াম সমাজ অসিদগী, মীৎ কোটিগী মীৎমাংদগী
নাম্থোক্লুনা চৎলবনি ঐহাক মাঙবগী লমদমদা।

ওহ! কয়াদ চিকঙবা লমদমনো, কয়াদ ইংগ্রবা মকমনো,
লৈত্তে জীব পানবা অম কাওবা, লৈত্তে তাইবঙ কনাম্ব মকমসিদা,
খোঙ্গুলদি তারি মকমসিগী লৈমায়দা, খুদম লৈরি কনাগুম্বনা
লোৎলম্বগী
নোংম লাকলম্বোই কনা, ময়ামসিগী ৱাংমদা!

মুংঙাইগ্রেদা, কনা'মত্তনা ঐবু থিনগায়বীরগ্রে
কনা'মত্তনা ঐগী অচিকপবু মীরা-মীশানরগ্রে,
য়োঙমদবা মকম অমদা ঙসি লাক্লবনি ঐহাক
অয়োইবা লমদম অহুনি ৱাখলগী, পুক্লিং থমোইগী।

অসিরনে, অমম্বা জগৎ হায়নবত্থ, করীম্থ উঙ্গিবসিগী ময়ম,
করিগীনো লম্বী অম্নম অম্নম মাঙলকলিবা, পামজবা লম্বী,
কদায়দা মাঙগ্রে লম্বী, ঐগী মাংদা হৌজিক্ত চাওনা শাংনা ভিংথোক্লম্ব
মাঙবনা মাঙবগী মকম অমুকম্থ মাঙলকলিবা, অমাঙবদা।

হে লমদম, মাঙবগী লমদম, নংগী ভাইবঙ
অমাঙবগী হৈকোল, লৈকোল, লম্পাক, চীংজাও, জঙ্গল,
চীং, পাৎ, তুরেল— নিংথীজৈ, নিংথীংজৈ কাম্লনা মাঙবগী লমদম
ঙমখৈ নাইদবা মকম অমদগী ঙমখৈ নাইদবা মকম অমদা

অমুম অমুম চৎখিবা— ৱাইহ কোটিগী ৱাংম, ৱাংমগী ৱাংম,
ওনওমথ্রবা পুক্লিং ফিতা ফাওবনা, ওনবম লৈতবা ৱাংমদগী
ৱাংম অমদা!

অহ! অমম্বদা থাউটৈবে মচা অম থানবগুম,
অমম্বগী মরক্তা মৈরা মচা অম থাপ্লবদগী লাকলি ঐগোন ভম্বা
নকশিল্লক্লে য়াম্না, নকশিল্লক্লে, য়াম্না নকশিল্লক্লে —
"হে কনানো, কনানো,
মৈরা পায়রিবা— কনানো,
খোইয়ুম লাইরা, নত্রগা তাইবঙ মীরা,
করিগী লাকলি, মাঙবগী লমদমদা?"
"ঐবু খিরকইবা! হা?"

অরাবনি, অরাবনি,
মাঙবগী লমদম অসিদম্তু মহাক লাকলবা,
ঐগী বসন্ত থমোই পিয়ু হায়বীররবা, অরাবনি, অরাবনি।

মহাক্না থিবা ফংদনবা, চৎপনি ঐনা মাঙবগী লমদমদা
তাইবঙ অসি থম্নমহুনা, শাগৈ-নাতৈ লংশেকলমহুনা
অসিগুম্বা লমদম ফাওবদা নংগী মাংদগী লোৎপা ওমত্রবা ঐনা!

পুরকখিবনি ঐনা থমোই চফু অসে
মথুম চেৎনা থুমজনহুমা, সুংশিৎ ফাওবা চংহন্দনা
থরাই অসিনা করি মখোল থোকহন্দনা, অহুযু,

হে মুংশিবা, নহাক্কী নফমদদি করিস্নু তৌবা ঙমত্রবা,
লোৎপদি লায়রদনঃ মাঙবগী লমদমদ। চৎলবা কাওবদা
নংবু খংহন্দবা ঙমত্রবা !

করি হায়রবা, খোমজেল লোরবা মীহুনগী খঙদা নংনা
খোল্লুল লীরকপা, থমোই চাবগী যুখল, পল লীশিং খুদেকঁ-
নমথায়রমলগী।

কোকথক অসিদা নংগী প্রেমগী লুহুপ খোমবীরবা !
কজে, মুংশিবা, কজে ঐগী পাঙল শক্তি লৌশিংবু
ইরায় লায়না নহাক্না লাকচ-খুহুম চনগ্রবা !

হে যম নিংথৌ. অশিবগী নিংথৌরেল,
হৌজিক্তি নহাক চেনবা য়াররোই—
হায়রে মহাক্না লন পামদে, মীংচৎ পামদে, মহৈ পামদে
পীযু হায়রে মথুবাক্ত ‘আত্মা’ হায়রে মশক য়েংগে।

ঐদি, কয়াম্না ঙম্বগে হায়ববু—, ঐগী মুংশিবীদা
বসন্ত মচেৎ মচেৎ কক্কুনা য়েংহল্লিবনি —
মূর্তি শুনা শাগৎতুনা মুংশিবা লেপহল্লিবনি মগবাক্ত,
মক্সাক্কী শিংলিগী খুরবা উতোংদা মুংশিবা খিৎলগা
হৈজিল্লিবনি মহী ওইনা, অসিদম্নু নত্তনা
চেলহল্লিবনি তুখোঙ খুদীং শাদোংগী, ঈচেল কাংনা।

নহাক্কী, শিরবা কংগী আত্মাদা হুকচিন্নবীবদগী হেম্না
থৌরী কোক্জোয়, ঙমদে করিস্নু !

করি ?! আত্মাগী মখুংঙো ওইবনা
পিথ্রবা নংনস্থু অঙাংহুগী নোৌরবা খুবাংদা হাপথ্রবা 'আত্মা'
কদোমদগীনো থোনজেলসি, কদোমদনো মায়কৈ।
"পোকপা-শিবা লৈতবা, হাংল-শুন য়াদবা,
মৈ ঈশিং নুংশিং, থাং-তেন্না শোকঙমদবা,
উগে কংদবা, য়েংগে য়াদবা, উংকে ঙমদবা
খংজগদবা ওইবা মহাক অহু খক্তনা জ্ঞানগী লম্বীদা,
পুক্নিং শান্তিগী লম্বীদা, থিগদবা থমোইমুংসিদা হুৎতুনা,
পুন্নমক থাদোকলগা অমত্তমক কংবা, মহু কংলগা
পুন্নমক কংবা, অরংবা মঙালহু, মশক য়েংঙমদবহু,
অহুমশুবা মীৎতনা উঙস্বা মূর্ত্তি, মৈবুলগী মঙাল,
নত্তবা মৈস্থু, করিস্থু নত্তবা, পুমনমক ওইবা
লৈ-স্থ হায়বা, লৈতবশুমনা ভোবা,
অচুম্বহু, প্রেমহু, শান্তি — —
হায়খিদ্রনে ঐনা, প্রিয়ে নঙোন্দ—
নংনা খংইবা, উরিবা, রাখল অহুগী রাংমগী রাংমদনি,
থমোই পুথ্রিদা হৌরিবা 'কুণ্ডলিনী'গী লৈনাদগী হুমদোকলকপা
মনমনি,
মহুননি – ঐগী বসন্ত নুংশিবনা অস্তক য়ামনা মপাঙ্গল কল্লিবা,
মহুননি – ঐগী বসন্ত বাঁশীনা মালেম থোম্না থোংলকলিবসি
মহুননি – ঐগী বসন্ত বীদায়গী শৈরোলনা অহুমনা ভেংথাল্লিবা !

পামজদে কনাগী থমোই হুহ্না পুবা, লোম্না অমম্বগী লম্বীদা,
খংনা খংনা পুজগে মংালগী মভাল্লক্ত, অঙানবগী লম্বীদা,
থম্মুংদা ফুমলিবা মরু অহুনা পোকথায়রক্তুনা মদোম
চোংলকসনু মরোল, হৌরসনু শান্ত-প্রেমগী লম্পাকথকসিদা
নোংম চোকথরক্তুনা, অকংবা উজাওশুম মরু তৎতুনা ভুগ্রাগদবা
'পুন্সিগী পোলাং' লোইখিগনি নেম্নবগী মতম !

পামজদে 'মুক্তি' ধর্ম্মগী লম্বীদা চৎতুনা কংবা 'অন্নান-খুভম,'
ইতোমতগী আত্মাগী মুংঙাইনবা লম্বী, থোঙ লোনশনবা কা মনুংদা-
কংজনিংদে 'জ্ঞান' মীয়ামদগী তোখায় ভাগদবা মঙাল,।
খংজনিংদে 'ঐ' খংজনিংই 'নং' নংগী থমোইমুংদা চেন্নবরা হায়হ্না
শান্ত-প্রেমগী রাখল—, সৈতান কয়াবু মায়থিবা পিঙম্বা,
ওইজদবনি প্রেম'সি ঐগী, নৈতে ঐগী করিস্নু ভাইবঙসিদা।

হায়গনি 'ঐ' ওইবশিংনা 'নং' ওইবশিংগীনি
'নং' ওইবশিংনা 'ঐ' ওইবশিংগীনি হায়গনি —।

পিক্লবা পুশ্রি অম হন্না হন্না নৈখায়হ্না
খুংতা লোংউপ পায়হ্না অরৈবা ঙা ফাবশুম,
ঙা ফাবা লোয়রে, শিংতোকপ্রবা কোম —
থাজিল্লে অনৌবা ঈশিং ; লোইপ্রবোই নিংবা 'ঙা' লোইরমদরে
চাখৎলকলে ঈপোমলাং ঈমায়থক্ত !

শ্রীবীরমঙ্গল

থাংকম হকপ্রবা হীবান, কংক্রে তাহৌবা মপা পাংম্নাইদা,
হে হুম, কদায় তানা হোললগা করম্বা মকমদা থিরুগে হায়খ্রিবনো ?
নহাক্কী মতৌশুম, হোললকলে ঐনা ' বসন্ত বীদায়মী' হীরেন
থাংকম হক হীবান্দ— লাংথাকলম্বা মকমগী —,
লৈহৌরে 'লাংকম্' হীদি হোললকলে ভোৎবান্দ।

বসন্ত বীদায়

(১২)

# বসন্ত বীদায়

ঙসিদি ইঙাগী নোং মপাক্কল কয়া চুথরি,
মহাকী লৈজবী থৌনা পূমনমক থোমজল্লহনা
পৃথিবীসি ভাঙথোকহল্লগে মতাঙম হৈথরি
প্রকৃতি মচাশিংগী কোকথক্ত, শম্লাং চোয়না কেলহল্লগে মতাঙম
শংলবা মণি-মুক্ত মরিগা চান্থরকপি অতিয়া থক্তী।

য়ুমগী মবেম্ম। কয়ানা থবক চংখিবা মবুঙোশিং
চোংলম্মনি ব্রাজনা - 'ওক্রে, ওক্রে, থর হাংবীরো' হায়রক্রে,
নৌনা মচা কায়নপ্রবী মমাশিংনা তেংথারকলে
খমলুং শরা তানপ্রবা মচাদো চোংলম্মনি ব্রাজনা,
চীং, পাৎ, ভুরেলনদি নোকলে মোমোন, মোমোন।

অহুবু, ঐগী বসন্তগী থমোইদদি করিস্নু নাচুংবা লৈতে,
মহাক খংদে, অকনবা নোংলৈ-নুংশিং অহু,
অকনবা মোংজু অহু মহাক্না উদে, তাদে,
পৃথিবীসি ভাঙথোকলবা কাঙবদস্নু, করিস্নু খনগদবা মান্দে;
তুমিন্না কম্নহনা ওংলি ঊশৈ অম মহাকী থমোইনা।

অণৌবা চেবাং'থক অমদা নিংশিংবগী খুংশানা ছুলি পায়হনা
ছুমিন্না য়েকলি কনাগুম্বী অমগী মুর্ত্তি, য়েংলি মুনা মুনা,
মুর্ত্তি অহুগী মথক্ত চাইথরি ব্রাখলগী লৈরাং খুজোক খুজোক
মচিন্দা ঙংলিবা ঈশেগী শুর মরক্তগী, অনৌবা শুরনা
থোরকলি মুরুম মুরুম শোন্দুনা, পাইখ্রি মশা পান্দুনা।

নিংশিংবগী খুংশাশিংনা কায়থ্রবা লীক্লি অমবু
শমজিন্নবা হোংনবদা ঈহীং-নাহীংলি খুংশাশিং,
তুকথরবা মীংম্লাগী অইংববু তথক তথকহল্লি।

মহাক্না ঙাইরি চেম্বথ্রবা ঈচেল অমনা হঙ্গংলকপা,
মহুদগী, অনৌবা পাওজেল ময়াম অম পুরকপা,
অহুদগী, পাওজেলশিং অহুগী শন্নাং খায়-খায়হনা মশাংথিবা।

অম্বুম্না ঙাইনা ঙাইনা ঙৌরোক ঙৌরকলে মহাক্তী কোক অহু,
মহাক্না য়েকলিবা নিংথীজরবী লৈশাবী অহুনা হৌগংলকলে
মখুংতা চৈগু পায়হনা, মগৈ নিক্লা, মমিং ইচোং চোংনা।

মশামক্তী খিংপু থাজদবা হৌরকলে, তেল্লবা মীবুপসিদা করি
ওইরকলিবা,
মমিং উইশিন্দুনা য়েংই, অহুগা অমুক পাংথোকই. অহুম্মক ওইরমই,
মপান্দোমশিং থাঙ্গংতুনা য়েংবদা ইকু কুশিল্লনলে উনশা, মতোং
অমত্তা য়াওরমদরে।

নহ'ক খংলবরা,
অহিংবু অরুংবা থাংশাংনা ককথংপিখিবা,
সুংখিলবু অমুবা থাংশাংনা ককথংপিখিবা,
হনজিল হনজিল, অমনা অমুক অমদা, অমনা অমুক অমদা;
অসুয়া চৎপ্রবা, মশীং খিহৌরুবা সুমিংশিং অহুনা
অকনবা থৌরি লীশাং পায়হুনা লাক্লগা পুক্সিসিবু
কোয়েং কোয়েং য়েংশনবীহুনা, চেংনা পুরশল্লকপা।
নিংঙমদনা শিঙ্গুব্রবা প্রেমগী পিরাংশিং অহুনা
মতমগী থাঙ মথক্ত চি চি শৌহুনা মতোমন্ত কংশনখিবা,
পিরাং লীশিং লীশিং, কোটি কোটিনা চোংহনবা ঙমখিব্রবা
মতমগী থাঙজাও থক্ত যৌবনগী শাদোং মচেং মচেং ককথংতুনা
ঙৌথোকলিবা,
অহুগুম্বা পুক্সিগী বসন্তনি, নিংশিংবগী থুংশানা য়েকলিবা।
পোম্বী চেক্লাগী সুংশিবা মশাও অমদা রাথলসিনা—
মশা পান্দুনা পাইথোকলগা উকৈথক্ত তোংহুনা য়েংলুবা,
চেক্লাগী শৈরোল তারুবদা, বসন্তগী মচু শংলকখিবা,
মতুদগী শামায়বা কয়াগা বসন্তগী থুজেং পায়হুনা
মতমগী ভুরেন্দা চোংথহুনা ঊক্লপী শাংয়খিবা,
ভোর্বান্দ নাপ্লীগী য়েনবা কাওনখিবা, লৈখোম তৈশিয়খিবা,
ঈশিং চায়থংতুনা নাম্বী শায়মিয়খিবা— মদো
কনাগী সুমাংদনো ঐখোয়না শায়খিবা ?

মতমগী সুমাংথক অহুদা নাচোম কয়া থেৎনখিবা,
খুদোলপোৎ চাম চাম পিনহুনা মোমোন মোমোন নোকমিন্নখিবা,
ঐগী-নংগী ডাক্ত ওইরবোই খন্দুনা পৃথিবীসি লৈসি হায়নখিবা,
অচৌবা চীংজাও তেমসি রাশক্লখিবা, সনাগী য়ুমজাও শাসি
হায়নখিবা,
লৈঙোইগী তোর্ব্বাম্না মণি-মুক্তাগী লম্পাক ওন্দুনা
'লৈঙোইসনা মুংশিবগী য়ুমজাও।'

ঙসিদি— ঈঙাগী নোংগী ঈরাউখোল মরকসিদা
চিংথোকপিররে ঐগী বসন্তবু মখুজেং লাক্লুনা, হায়ররে
উচালগী উমংদা চৎসি, মালং ঈচিক থেমলুসি
পিক্লবা খাঙপোক অহুগী মন্নুংদা পোৎথাক্লসি হায়ররে,
নিংশিংবা লৈরাংনা য়েন্দায়দা হায়ররে— লেংলুসি লৈ পরেং!

মুংশিরবী, হে তাইবঙ,
পুন্সিগী লৈঙোই শেক্তা মথক্ত শারিবা য়ুম অসে
তৎতনা কিন্থরকলেনে অমেংবা মালংগী তাম্থদম্ম,
কেল্লে মচোয় পুক্লিং লৈরাংম্ম মদোম,
অহুকী মেংলবা মঙান্দম্ম লৈক্রক চৎপা হৌরকলে,
পুন্সিগী লৈমায়'সে চে্ৎ চে্ৎ চিংথায়ররক্লগ্ননা —।

ঐগী তোর্ব্বান খুদীং মরম লৈত কীম্থবা হৌরকলে,
ঈহল ওইরবা থমোই অসিম্ম য়াদরে মিকুপ অম তুমগু,

নিংশিং লমদম কয়াদগী লাওরকপা খোল্লাওনা
থমোইগী না অসে তশেংনমক য়্রৈহংলবনি, য়্রৈহংলবা,
পুম্নমক অসিনা চৈমা পিরবা কনানা, খাংগনি করম।

মায়কৈ খুদোং লৈহনা য়েংবদা নিংবা কায়বগী শক্তম নত্তনা
উদে অমত্তম্মু মোমোন নোকপা মায়থোং,
মীংখুদা পিরাং ঈরম নাইদবা, মায়থোং ঈচোংতবা,
করম্নো, পিক্লবা পুন্সিগী বসন্ত অসিনা
অনুম্না চাওরবা চৈথেং পিররবা!

ঙসিদি, কন্ব মুনিগী য়াথংদগী মুংশিজরবা বন অদো
থাদোকলমহনা মুংশিবগী লম্বীদা চৎপা তাপ্রেদকো শাকুন্তলা
কৌবী নিংথৌবী;

বনগী উরী রারী, হৈরাং লৈরাং কয়াগী মরক্ত
ওইরকখিবী প্রকৃতি পুন্সি অহনা মুংশিজবা দুষ্যন্তগীদমক্ত
থাদোকলম্বা তাপ্রেদকো পোকপদগী লৈমিম্নরকলবী বন অহবু।
করম্না খাংগনি অরাবা মৈচাক!

মুংশিবগী পিক্লবা মমিং অহুগীদমক্ত
অম্মুক কুইনা লোয়নরকলবা মরি-মতা, বনগী খোঙলোয় পুমনমকপু
লংশেকলম্বা তাপ্রেদকো, করমনা খাংগনি অরাবা মৈচাক!
অহবু, অম্মনা কায়নবগী, অরাবগী ঈপাক অহু
থমোই পায়শন্দুনা য়া চিক্কুনা খাংলগা, নাম্বোকপ্রবা মত্তুংদমা

---

শকুন্তলাগী পুক্সিদা করম ওইরকখিবা, অরাব কোটিগী অরুম্বনা
লৌশিনবীদবগী শক্তম লৌহুনা নৌজরিবী মহাক্কী মথক্তা
নম্বৌখিবনি;
বন অম থাদোকলম্লগা শকথঙদবা বন অমগী মকাদা
অমুক হিংলুবা তারকখি, অহুম্মা ওইরবম্ব কোকখিবা লৈতে
অরাবা মৈচাক্তি!

ঙাকপা ঙমখিদরে থোঙাকপা মরিমা শাক্তিগী
মাংখরে বিচার, সন্তোষ নিংজবা কাম্নরবী মকাদগী,
পিরাংগী তুরেন্দা চোংথহুনা কাগ্রে দেহদা ঈথক-ঈপোম,
হে, থাজবা, ক'রগী পিথোকলুরি নুংশিবত নক্তনা হকচাং পোলাং
ইকায়বগী কিজং খন্দুনত লাক্রবা নুংশিবগী মাঙনফম!

আশা! আশা! আশাগী মরুমদা, আশাগী লম্বীদা
আশাগী তাইবঙ, আশাগী পুক্সিদা — কেল্লবা লৈরাং অহুগী
লৈখোক্ত
ঙাইবা তারকগ্রে 'অনৌবা য়েনিং হুনবা' নাকেম্বা লোইগ্রগা,
কল্লি হে আশা! কল্লি নহাক্কী খুবাং, কল্লি নংগী শক্তি—
চৈজবা ঙমদে নুংশিববু নংনা মাংদা থংতুনা লেপ্লদা।

পুক্সিগী তংন-থ ন ঙমগ্রবা মরি মতাশিং, নখোয়্না ঐঙোন্দ
বসন্তবু চেংনা কে'নশনবীহুনা থমউ হায়রবম্ব, চংলপদবনি ঐদি

হকচাংসি পুন্থনা ভাশিল্লরুবা 'মুমিংকী' 'মায়কে'। ওবনা,
পিকলবা মঙাল অমগীদমক পুম্নিসিদা থাদোকলবা অঙ্কলি,
'মপানগী পোংশক 'পুম্নমক
অদুগা, ঐদি, কাওজল থিবা 'হুম্মন্ত উমবা মতে,
পুম্নিগী ঈরিক অমগী মমল হংবা চৎলিবনি-মখোয়বু থাদোক্লম্মদুনা।
হায়খিবনি ঐনা নোংম "মুংশিরবী 'সেক্সপাই তুরেল ঈমাদা,
ঈরুপথোকপিয়ু হায়না হকচাংসে 'অচুম্বাশান্তিগী' 'মুত্তি ওইনবা,
ৱারী অসিসু ঐগী বসন্তগী 'খুজদে মেংনিংলোইদবা ফিজংনা,
পুম্নিগী মায়থোং খজিত্তং লৈশিল্লিংলোইদোবা,
থমোই খাঙ্গী মৈহৌবনা লীজবনি প্রেমগী শৈরোন্দা।

নহাক্কী মীৎয়েং খুদীংগী মমাংদা থমজবনি
মীওইবগী পুম্নি, খংঙমত্রবা মুর্ত্তি,, শক্লোন,
মমিং লাওনা পাংথোকহন্দুনা—,' পুম্নিগী মুমিং অদুগী
মৈশা, অইংবা, অথোংপা, অমেংবা অশিন-অখা কয়া
পুরবা মপুকচেল অদু উৎচবম্নি 'ঐহাক্না।

ঐগী বসন্ত ৱারীগী তাক্কক কয়াদা শকখঙদবা মুর্ত্তি অমনা
কৌবীরৈ ঐবু, মহাক্না কৌবদা ভাইহক্তং থিনথখিবা থোক্লবদি,
কাওখায়বীরকই থমোই-থোঙ অসে, শীথবীরকই ৱাখলগী উরা হুমদাং
চাইথবীরকই সমুদ্র কোটিগী ঈশিং মীৎলুসিদা, থুমহী চেল্লবা ঈশিং,
থমোইগী মৈথক্কগী থাংথবত ভাইরীবা, ফং ফং শারবা ঈশিং।

ঐগী পুন্সি অসিবু অদুম্না চেৎনা কোনশনজহনসু
মহাক হেক লাকপদা, কাওই পুন্সিগী মথোঙ,
ঐগা 'ঐগগী' মরক্ত খংদবা কাখল অমনা কাওহন্নি
তাইবঙপান পুম্নমকপু, চান্নবা, চান্নদবা, নুংশি-নুংশিদবা,
অমুকন্সু নিংশিংহল্লি রাখলগী মচা লীশিংনা
নিংশিংবগী উপু ককয়ায়হনা পুবীরকই ঐগী ইকমদা।

ঐনা, ঐগী থমোই অসিবু করি উপায়না ইংখহনবা ভমদে'
শকখঙদবা মহাক্না অকনবা য়োংকী নুঙথঙনা,
মায়ওন খুদীংগী থোম্বীরকলি, পোমখৎলবা মহাক্না
ভুকথগত্রা হায়ববু, মপান্নল হেন্না হেন্না কনখৎলক্লুনা
গন্ধীব চামদগী হেল্লবা লীরুং থাকৎলহনা, হরধনু লীশিংগী
অরুন্ধদগী হেল্লবা লীরুং পায়খৎলহনা, পরশুরামগী শাংক্রংদগী
হেন্না থোরবা ভেনজেনা ভেনগা থোংলগা
কাপশিনবীরকই পুক্নিংগী লমথৈ মনুংদা।

ব্রহ্মাস্ত্রগী খুৎলায় অহনা পানখিবদগীদি-
পুন্সিগী চাওরবা কঙ্গন অসিনা থমোইগী মহী কনখোকপদা
লোইপ্রগত্রা হায়ববু, কনখোকখিবা খুদীং থনগৎপা হেল্লকলি,
ঈয়েং ভাবদি লায়রদ, অম্মুম অম্মুম ঈপারকলে।

হে পুন্সি, নংগী লংলবা শক্তম মচেৎ অমগীদমক্ত
ঐগী পুক্নিংগী মুক্তিসে য়ানখায়বীরেনা একাগ্নী কয়ানা,

অরংবা লুহুপ থোল্লবা নংগী কীর্ত্তিগী লৈতেংশিংগী মনুংদগী
চন্নত্রবা মুক্তা বিন্দু অমগীদমক মহাক্কী চরন্দা
শত্রাং ভারবা কাওবদা উবীত্রে, খংবীত্রে ঐগী ভক্তি অসি।

ঐহাক কাওজদবনি,
নিমাইগী পণ্ডিত্ব ওইবগী মণুন, অমদি—
মহাক্কী ভক্তিগী ঈশৈ —

" পিকপদগী পিক্লবা খুৎরাগী উকুল মরিক্কী
মণুং কয়া থোক্লা খায়দোক্লবা উকুল মরিক অম
তোনবদগী তোল্লবা, নাপীদগীসু হেন্না তোল্লবা ;"
মহাক্কী প্রেমগী ঈচেল মবুংঙো মাগী মকমদা
শাফু কয়া চেনশনখিবা —
সার্ব্বভৌম লীশিংনা পণ্ডিতকী কোক নোনখিবদো।

হে, পুন্সি,
ঐগী বসন্তগী মখুৎবাকথক অসিদা.
পিক্লবা মুংশিবগী মুর্ত্তিনা নেৎথবদা,
ঐনা শকলকলিবা প্রেমগী ঈশৈ অসে
নত্তেকো, 'ঐগী পুন্সি' কৌবা হাসিথক্কগী
পুন্সি পুমনমক্কীনি,
ঐগী ঈশৈ অসে।

ঐগী প্রেমভক্তি অসিদ্রি নুংশিবগী মফমদা থমলিবা,
নিমাইমকী ভক্তি অত্থদগী হেন্নবরা থল্লি,
মরমসিননি, রাখল-জ্ঞানগী পণ্ডিত কয়ানা
কোক নোল্লরিবসি ঐগী নিংশিংপ্রেমগী চরন্দা,
খাংবা ঙমত্রহুনা  পুক্লিংগী প্রেম ভক্তিদা।

নুংশিবগী রাখল চা কয়ানা কোন্দুনা কপ্লরিবসি
থরাইগী হকচাংদা, চেৎনা কোন্দুনা, ও-খো'না,
আশানা পুক্লিং থুবাং তিংথোক্তুনা মথবাক্ত মুরিবসি,
মায়থোংথম্বাল পুখ্রিনা প্রেম পিরাং ঈপারিবসি,
মসিবু করিগীনোনে হে পুন্সি!?

হে মোক্ষ, নংনা হায়রি, লাওরি
মায়াগী দেহনি, পঞ্চভুত পোলাংনি—,
রাহৈ খোনফম শ্লোক কয়া—, মায়াপুন্সিগী বাংমদা;
'মুমিং নিনিগীনি তাইবঙসিগী ফজবা,
মিকুপ অনিগী মশামনি পুন্সি
লন-থুম, লৈবাক, মরুপ-মপাং, মরি-মতা,
শাগৈ-নাতৈ, মুপীনুংশিব', মুপামুংশিবা, ইচা, ইচু,
মংলান অথুনি মিত্রং তোবা কনাগী—।'

তাজরে কয়া, উজরে কয়া! বক্তৃতা, রাহৈ
খংজবত পামজরি, উজবত পামজরি—মরমদি,

লৈরি মীয়াম অম নংগী লাংহূগী লাংদা থুরবা
নংগী মায়াগী মায়াদা শুক্কংলবা,
ঐনা হায়খিবহূনি— "থকনি ঐনা হূ ওইরবস্ত
প্রেমগী অমৃত, থকনি ঐনা
প্রেম, পাপকী মহী ওইরস্ত।"

লাখেংনহূনত লাক্লবা মীওইবনা, হীংবগী লানকমদা, কম মুমবগী
মহৈ তামবগী,
লম মুমবগী, মুংশিনদবগী, কল্লকুবগী— মশীং থিঙমত্রবা
লানকম কয়াদ— মীওইবনা লৈরকওঁদগী,
করিনো মায়া তাইবঙসিদা?
লৈরোই অতোপ্পা মায়া 'মুংশিনদবা' নত্তনা,
মুংশিনবা— প্রেম সঙ্গী মরক্ত লৈতে 'মায়া'।

ঈশ্বরগী খুশেম তাইবঙ, অহেনবা শক্তিগী মপুং, 'ঈশ্বর'
হায়নবনা চুমলবদস্নু, মহাক্কী মায়ানা— মুংশিবগী মকমদদি
পামবৈক্ত থাইদগী চাওবা 'প্রেমমায়া' ময়াই কাহূনা
য়েংজবা ঙম্বা থরাইবু পুথোক্নুনা;
গুণ অহুম, শক্তি অনি মায়াগী পুনশিনবীয়ু ঐবু
থোরী লিশাং ওইহূনা চেৎনা, নংগী গুণ শক্তিগী পাম্বৈনা
ঙমজ্রগে মুংশিজবা তাইবঙ পুমমকপু।

মায়াসিগী মমুংদা, হে তাইবঙ,
তৌথাম্নরোকো ঐগী মুংশিবগী লম্পাক'সে শিংগুপ শান্না,
নেংথায়বীয়ু মখোঙনা থম্মালসিগী মথক্তা কাহনা,
খোঙকম তাহৌসনু, নংগী খুয়াগী ঈকুলহনা;
পুন্সিগী লৈনা খুদীং চপথায়বীয়ু মুংশিবগী কাতিনা
অহুগা, চায়থবীয়ু লৈকুপশিং ঈকোকথক'সিদা।

মতমহুদা, ঐনা থাদগংলকনি পুক্কিংগী মৈরা ওান্না,
থবাইগী রাসমণ্ডল অসি লংখৎহনগনি মঙান্নুনা-
মশাগী লংজবা মঙাল কোটিদগী হেন্না।

ইতিহাসনা কোক নোম্লগনি ঐগী মুংশিবদা,
মরমদি- তাম্রি-উম্রিবা কুম্মে অম উংলে ঐগী মুংশিবনা;
চিংশিনগনি ঐনা বসন্তগী চেংলবী খুজেং পায়হন থবাইরাসমণ্ডলমুংদা,
গীতগোবিন্দনা মশা কন্দোক্লনা শারকনি জগোই,
মহুবু উবদা, খংলগনি রতিকামনা খেন্নবা অহ
কলাকারগা, ভাবকা, অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরি।

থবাইগী মৈঙালনা রতিকামগী মায়থোং চাকথেকনি
মৈশা থাংওমদহনা- মখোয়না লাওরকনি:

"মৈশাসি থাংওমজন্ত্রে,
নেমথবীরো মঙাল মপু, প্রেমগী থবাই
চৎচগ্রগে ঐখোয় পুক্কিংগী থমুংদা,
লোংগ্রগে মকমহুদা - মতম কুইরক্ল
মাংজগ্রগে অরোৎপগী বন্দ!"

ঐগী মুংশিবনা ময়াই কাপ্লহনা প্রেমগী ভগোইদা
পুক্লিং থাংশাং অম পায়খৎলহনা অকং অকংবা থিন্দংলকপা,
রাসমণ্ডল 'চিংনব' গী লৈরাংশিং কিখিবনা মশা থক থক নিক্লকপা,
মীকুপ্পুদনি মুংশিবগী মায়থোংদা 'অহমগুবা মীৎ' পাংলকপা,
মহাক্না য়েংলকপদনি, পুন্সিগী কায়দবা কুয়োমশিং চাকথেকখিবা,
উৎ ওইনা ভুমখিবা !

হৌজিক্তি, চান্নবী বসন্ত, খংবীরবরা ঐবু,
ঐনা, ঐগী শকথংদবা অভিথিগী তম্পাক্তা লৈরিঙৈদা
মহাক্তী 'পুকচেল শেংদবা, চিংনবগী' মায়ানা
ভমলোই ঐবু জয় তৌবা, ঐবু শুম্বা,
ভমখিদবনি নিদ্রাদেবী কাওবনা শুম্বা ঐবু অহিংগী কমুংদা,
ঐগী রাখলনা মৈ হৌরিঙৈ।

অরাবদি, অম্মুম্না ওইরবা কাওবদা,
থিংবা ভমজ্রে পিরাংসিদি মীৎল্লু নাপোম থুমলিবা,
'করিগীনো' হায়বা রাহং কায়দে হংল্লুবগী,
শকপ্রে শ্রীমতি রাধিকানা

"ইংনা লৈজবী শাপে কনাগী 'মৌ' ঐবু
রাহল্লে নংবু উরুবা মিকুপনা হে কৃষ্ণ,
থাবীরে থমোইদা নংগী মুংশিগী তেম্না,
প্রেমগী ছু তৈরবা তেম্না, থাবীরে থরাইদা,

কদায়দনো মচু হৈবা প্রেমগী মখুংচো,
করিগী হৃথীবনো নোঙ্গরিথী থমোইবু,
হৃথীবত নঙনা থাথীবনো করিগী
প্রেমথাম্বীমৈ, নোর থমোইনুং রাধাগী !"

অহুবু, বসন্ত নংদি চহি চা কয়া হিংলবা ফাওবদা,
নোহনত লৈরিদো, লাংশিনবা লৈতে শকক্ষ মচেৎ অম,
অনৌবনা ওইরি নংগী গুণ, কজবনা ওইরি নংগী শক্তম,
ঐদি- ম্রেংঙু, কোক অসে অঙৌবা লুহপ থোম্লবনি,
উনশা অসি মকু মকু কুশিল্লবনি।
থম্বো মতাগী পাম্বোম অদো ওইত্রবনি।

নোংম শরত ঋতুগী ঈপাক্ত
অচৌবা নোরেল পায়খিবা—
পাম্বোম অদো নম্লবনি—,
মহাকী লুভুং শম্বজিদা
নিংজবদা লৈমাং মচা অমত্তং খেংকে,
নিকলেনে থুং অসে থক থক!

অহুবু, সি য়োনা মপাকল য়াওরক্লবসিদনু,
পুক্লিংসিদি হনবা লৈত্তেনে থোনা,
অরাংবা চীংদোল অদো নিংলি কাব। ঙমখিগদবা
লুরবা পাংমুংদা নিংলি কুমথঙমগদবা থম্বাল হেক্লবা,
মিং অসি উইশিনবক্তদা শামররি বসন্ত কয়ানা মাংদা,

অহুবু, কৈদৌরুনি, বসন্ত ফিনা নংনা
অন্থুম্না ভাইরবা হকচাংসিদা।

হে ভাইবঙ,
নংনা ইকায়রে খংনা খংনা
লৈয়েং অম পাল্লি মভাঙুম চিনসিনা
হয়া হয়! লকুহুনা হায়খিবদো—,

পুক্সিগী য়াচংলকলবা মতমসিদা
চিরুকলে থমোইসিদা বৃশ্চিক চামগী ময়ানা,
হু কারবা ঈচেলসিনা ফুইনা চেল্লকলে
পিরাংগী লোক্লুং ভম্না—,
ফরে, শিঙ্গুজমমু মিংলুসিদা পিরাং
কপচজমমু থমোইসিনা নোং-খোংবগুম
মহুনবু, পেনবা ওইরগনরনে ঐহাক্ল!

নত্তে, নত্তে,
কৈদৌঙৈদস্থু ঐনা পেনবা শুমলোই,
পৃথিবীসিদা পিকলবা পিরাংগী ঈফুং অম লৈরিবমখৈ,
ভাইবঙসিদা পিকলবা থমোই অম লৈরিবমখৈ,
ঐনা 'মুংশিবা' মহাক্কী মকমদা মুংশিবগী দমক
লৈতে পেনগদবা করিস্থু।

লম্মন খুন্নগী মপাঙ্গল লৈজঁরবা কৃষ্ণনা
যশোদা বাসল্য প্রেমগী সাগরদা ঈরুপ্পী শাম্নর্থনা
য়োংছিলং পোলাংদা লৈরিবী অপোকপী মমা দেবকী,
ভাইহাক পুন্সোয় কাওথোকলম্বা থোকলবম্ম,
কৈতুমশঙস্থগী মনুংদদি— য়োংছিলং তাংকম নাইরবী মমানা
কাওজবা ভমদে, মচা অপিশক
নোংম যমুনা ঈপাবদা মপাইবুঙোগী পাম্বোমদা পুখিবছু!

অম্মুম্না তুংম্বনা লৈরবা নুংশিব'সিবু
করম্না কাওথোকনি মীকুপ অম থোশাবীত্রবা,
হে তাইবঙ, অহুবুনে হে তাইবঙ,
হকচাংসিদা মতোংদি থম্মু থমখো, উনশা ফাওব পকলক্লবা
মতমছু য়োরবা ফাওবদা— ভমগনি করম নংবু কায়নবা—,
থাজো নুংশিবগী কজববু পুরিবী, কজদনুংশিবী শকহেনবী,
ঐগী পিরাং মরিক অমনা লৈমায়দা তাখিবা থোকলবদি—
নীকলকদবনি পৃথিবী ময়ায়দা খায়বোক কায়গ্রপদবভুম,
থেম্বীনবা কনাশ্ন 'লৈরকলোইদবনি
নংগী পিকলবা মীংয়েং অমনা ইংথহনবা নত্তনা।

কাওরবরা,
ইশা অসিনা মৈদা, ঈরুবা মীকুপ অমদা,
নংগী বসন্ত ফিনাগী শাহমত কংবদা
উমঙম ইংথখিবা, কাওরবরা?

অহুবু, করিদি তৌরুনি!
শাগৎচবা খুদীংগী কিস্বরক্লবা লৈশোইগী ফুড়া অসে,
বসন্তগী কল্লবা মৈরিনা ফনা মৈইতুনম্মু কনশিল্লু য়াত্রবনি,
চেবাংথক অসিদা লেপখৎলকলিবী মঙৈ নীক্লবী মহাক অসে
বসন্তগী থাউনা কয়া ভৈশিনবা তারবন্থ—,
চীংয়া য়োঙ্গবা কোরৌবু কনানা অমুক ইনখৎপিরক্তুনা
থাউ অহুগী মরক্ত 'যৌবন' গী শাদোং য়াওরকনি।

য়েকউ, অয়েকপগী নিংথৌরেল, য়েকউ;
অচৌবা চেবাংনা লৈরিবমখৈ য়েকলমউ,
তুলিগা কোম্বরকপা নংনা, অমুম্বা য়েকচবা নম্ভনা
হুমগী লাং অহুগা পাৎয়াইদা কুমথক্লবা তারবদি
তুলি অহুনা খায়নবগী মৈশাদা মালেম ওলহৌবা ভাবমি।

হে লৈশেম্বা মপু, মীওইবগী মবুংঙো,
নংনা মায়ামসিগী পুন্সি হীরেনবু—
অমুক হোনগৎপা, অমুক হোনথবা তৌদনা
লৈরাং অমগী লৈকাদা য়ারেকখিবা থোকলবদি—
মালেম লৈমনা পুবা ঙমলোই অস্থক য়াম্বা ভারি।

নংগী সনাগী চাকা অহুনা ওল্লকপদা ক্রেক, ক্রেক,
তকখায়য়ু পুন্সিগী মুঙ মচা ময়াম, উফুল থোক্লা;
উফুলগী মকোল অহুনা অমুক মতোমত শুংজনজবা ঙম্বা য়াওরক্লবদি-

মহুম্ন, সনাগী উকুল মতুম ওইহৌহনা
নংগী মুঙাগী মঙান্দা হিংহৌবা ভাবনি 'অমর' গী আসন্দা!
ঐগীদি– সনাগী চাকা, মশক উদনা ওল্লিবা, নংনা তকখায়বদা,
অমুক ওননিংঙ্রে সনাগী উকুল মতুম, মহুগী মহুৎতা
উকুল অহুম্মক ওইজরগা পাইখৎচগে অতিয়াথক্ত,
অহুগা, চুথজগে বসন্তগী মাংনাইত্রবা নোং ওইনা
মীওইবগী পুক্লিং কোকথক্ত, শাৎচগে ঋতুগী লৈরাং ওইনা।
অমুক শাৎলগা অমুক কেনবা পুক্লিগী লৈরাং
খুদোংগী লম্বীদা থেংনরিবা বসন্তগী নোংলৈ অহু,
শিংসন্থ মপুক তপ্পা মুংশিবগী লৈকোল্ল তাইবঙসিদা,
ঐগী 'বসন্ত বীদায়' গী লৈ পরেং অসিনা
হুকচবা ঙমসন্থ ঋতুগী নোরবী ঙকশমদা শান্তগী ঈনিলগা!
মশাং থিহৌত্রবা পুক্লিগী খোঙ্গুলশিং অহুনা ইথকসিদা
নেৎথরক্লবা মতমসিদা অম্মুম্বা মুঙজাও অসিবু
চিংহনা চৎখিগনি কয়াম কুইনা,
তাইরমদাই থাজ্জ অহু য়েংবদা পুক্লিং হুরবন্থ,
নোংমহুগী পুক্লিগীদি হিংবগী মখি শাম্লবনি।
তারমদাই কোয়ৌনা নোংচুপ চীংয়াদা
সনাগী য়ুখল খনবীরমলবন্থ
মহাকী মতম লোইরে খঙনা
ছায়রিবনি ঐখোয়না 'তমম্বানা কোয়ী চেনবদা'।

নিংশিংবগী খুবামনা কয়া চেংশা 'পায়শনজহনম্ন,'
অকাওবগী পিকলবা ছুরি অমনা কক্ত 'থিনবঁদা
নিংশিংবা কৌবনা মালেম থয়ো ওনবনি'।
অতুগা, শিরগদবগী ওনগ্রবা নিংশিংবা অহুবু' 'ভাঁয়বঁদনা
কয়াদ নুংঙাইবগী লমদম অমদা ইশা পান্দুনা পাইঁরিবা।
মসিননি, ঐহাক্না, তোনবদগী তোল্লবা ঐহাক্না,
বসন্তগী লৈকোল মনুংদা চংলগা
রাইহগী লৈরাং নাচোম নাচোম হেক্লগা
ভাইবঙ নুংশিবা নংগী নিংশিং চরন্দা কৎলিবসি।
লৌশিনবীয়ু, লৌশিনবীয়ু নহাক্না,
পিকলবা লৈরাং অসি লৌশিনবীয়ু,
রাংলবা চীংদোল কয়া কাহনা,
লুরবা লোক্লুংগী মনুংদা কুমথহনা –
তিংখং মরক্ত থমোই ঊহীং-নাহীংনা –
হেকচরকপা লৈরাংনি, লৈরাংগী নাচোমনি।

নংগী পাকলবা প্রেমগী ভাইবঙসিঙ্গা সুন্দাগী লাতি ওইরগা,
কৎচরিবনি পিরাংতন্না চামথোকলরা লৈ-পরেং অসি,
রাখলগী লৈরাংনা লেংজরিবনি, পুক্রিংগী লংলাদা ঐহক্কি কপ্পবা
মসিগী রাখলনা অহিং-মুখিল মনিদা,
চাকম থকখক শংখিদবনি, অয়ুক-মুংথিল কাংখিবনি।

লম্বীথক্ত চৎনা চৎনা চাকখিবনি থমোইনুং
অলয়গী থাম্বী মৈ, মৈগী চীং কোটিবু ঙমজবা,
থাংকম খঙলক্লকহনা কলমগী ময়া অসি ভুমদ্রিবা কাওবা—
তকলকলবনি নংগী মুংশিবগী মুঙজাওথক'সিদা।
মীকুপ অম পোথাকম খংদনা কপচখিবনি
কাওখিবনি ঐগী অকোয়বা পুম্নমক!

পিরাংনা খনগ্রবা মীৎয়েংনা নংবু য়েংনিং য়েংনিংনা
ময়েক শেংনা উবা ঙমলক্লবদা চৈখি পিরাংবু কয়াথিনা।
থাংবা ঙমদ্রহনা থমোই অসি অথৌবা থাঙ অমনা
থুম্না লেংশন্দুনা কক্তোকনিংখি, অস্থনা চাকদবা খল্লুবদা।

অদুবু, ঐনা খনজখি মীওইবগী বসন্ত কয়াগী লমথাকম তিন্নদ্রবস্থু,
লম্বী মান্নদ্রবস্থ, অমত্তদি ওইরি বসন্ত মহাক্তি
থমোই লীশিং লীশিংদা তোংলিবা বসন্ত অমত্তনি।

মীওইবা কোটিগী থমোইদা ছল্লিবা মীহুন,
শিংলিগী তাংকমদা ছল্লিবা মীহুন অমত্তনি,
ঐগী বসন্তনা মমিং উইশিল্লক্লবা মতমসিদা—
নংগী বসন্তনা মমিং পাংলকপদা ঙাইরি;
ঐগী বসন্ত লৈরাংনা, লৈমন চল্লকপা মতমসিদা
নংগী বসন্ত লৈরাংদি লৈশাং ভমলকপদা ঙাইরি;
ঐগী মুমিৎনা নোংচুপ চীংয়াদা লেপ্লক্লবা মতমসিদা
নংগী মুমিৎনা নোংপোক চীংদোন্দ চাংথৈ হল্লকপদা ঙাইরি।

অমুম্মা উংলিবা পুন্সি চক্রেসিগী মমুংদগীনি
ঐনা হেকলিবা লৈরাং অসি— মুংশিব মুর্ত্তিগী
নত্তে কনাগীম্বু, বসন্ত ঈপাররা থমোইগীনি,
থমোই অমগী নত্তে, থমোই পুম্নমক্কীনি,
মীওইবা পুম্নমক্কী, তাইবঙগীনি।

শকচরিবা ঈশৈসিম্ব নত্তে, চাম্নজরবী কনাগী নাপ্পদগী,
প্রেমিক-প্রেমিকা কোটিগী, নাপ্পা কোটিগীনি,
অদুম ওইনমক —, পুন্সিসিবু চাংয়েং ভোবদা থেংনখিবা ৱারী
প্রেমগী ৱারী অদুবু- করমনা কাওথোকলুপনি;
খংদ-উদবা কনানা ক'ৱ থনবীগ্রবসু, অখণ্ডবা, অখণ্ডবনদি
লংশেকপা ঙমলোই ৱারী মচেং অমত্তম্ব মহাক্কী পুন্সিগী।

মুংশিবতননি কনাবু ফজহল্লিবা, মমল লৈহল্লিবা,
মুংশিবা য়াওত্রবা অদুদি অঙ্গাগী অঙ্গ ওই,
লৈত্তে হেনগংপা মহাক্কী গুণ, ফজবগী গুণ,
অস্নমনা, মুংশবসিগী মীংমাংদা ঐগী
হেল্লিবনি নংনা স্বর্গগী মেনকা চামদগী—
প্রেমগী চীংজাও অসি হিমালয় লীশিংদগী হেল্লিবনি ৱাংবা,
নহাকুদি— থকচিনবা ঙমদে পিক্লবা পুখ্রি মচা অমগী লাইজ
চিনবান্দুনা মীংলু অনিগী 'মুংশিবগীদমক্ত' ঐগী বসন্তগীদমক্ত
ঐনদি বসন্ত বীদায়গী সাগরদা কুমহুনা থকচিল্লি মহাসাগর কয়া

মহুদগী, মহুনা অমুক মৈ ওন্দুনা চাকলিবনি প্রেমগী থাঙজৌনা
য়াম্থু বীরবা থমোইগী পামেলশিং, চৌংগী পাম থারকপগুম।

মহু ফাওবদা, নংদি চিংনা চিংনা য়েংজবা নম্নুনা
করিন্থু শিন্থখিদবনি মীৎলুদা পিরাং ককলা অমফাওবা!

অশোকবননগী মমুংদা পিরাংথক্ত কমখিবী সিতাদেবী
মহাক্কী মফমদা চাকখিবা কায়নবগী খাম্বী, মৈহু,
মৈহুনা নহাক্কী ফিনা অমগুং শোকখিবদা,
খঙলমগদবনি নহাক্না— মবেম্মা সিতানা মবুংঙো রামগীদমক
কয়াম-বাজবা হায়বদো!

অষ্টম ওইনমক—, মেচাক্না মুৎলগ কন্নিগুম্বদা
কনাগুম্বহনা কনাগুম্বা অমগী মফমদা হোংহনা
পূকচেল লেপ্পবা কনানা, অরেপ্পা কনাগীদি—
'অমনা' অরোইবা ওইবনা নৈতে মরম অম মুৎনবগী
'অমগী' রাংমদা অমগীদমক!

য়াদে মুংশিবদি 'কায়নবা', নৈতে 'হায়দোক্লবা'
নৈতে লাম্পী-নকপা, অরোন অথুপ্পা, নৈতে,
নৈতে মমুং-মশান, মথক-মখা, নৈতে কন্নিগু—,
মুংশিবসি মুংশিবা— অহৌবা অরোইবা অনিমক মহাক্তি,
অমুকুং মীকপ থোকখিবদা ভুমঙ্ক য়াঙ্গে অমুক, ওইরে তহিংবা

মহাক্না ৱাই, কনাগীদমক, মুংশিবগীদমক
মহাক্না কপই, কনাগীদমক, মুংশিবগীদমক
মহাক্না মুংঙাই কনাগীদমক, মুংশিবগীদমক
মহাক্না ভাওই ৱাখল্দা, মুংশিবগীদমক
ৱাহং লৈভে মুংশিবদা কন্নিনো হায়বগী।

হিংগদবা পুন্সিগী অকোস্বা থিবদা মাংলকলে অশেংবা মুংশিবা,
সভ্যতাগী বারীনা 'লৈমিন্নবগী' মিংদা লেপপ্রে মহাক্না মভাইদা
সমাজগী 'নোক্লবগী' বারীনা খনবীপ্রে শম্বল ওইনা মহাকপু
হিংবগী অর্থনা মুংশিবগী অর্থ শেগায়বীরে মথবাক
হে মুংশিবা, নমখায়বীরো শম্বল কয়া, চেকপল কয়া, খোকহনবীরো
মীকপ, তুম্নিবা থমোইশিং, য়েনবীরো নংগী অমৃত্ত, কখোকপগী
পুকচেল।

শক ৱজবা, কম, লন, পিকপা চাঙবা
ঊদে মহাক্না, মামৈ মহাক্কী মকমদা পুম্নমক!

চানবীশা –,

কামগী মৈশানা সভ্যতাগী মঙাল্দা ভাংলবা ৱখোয়গী মিং,
ঐগী প্রেম ছুন্নিনা কোৎথোকলগা হাপ্লগে
অনৌবা মিং অম, মত্নুনা উগদবা,
অচুম্বা অমদি শান্তি, অশেংবা মুংশিবগী মূর্ত্তি।

নংগী ঈজ্জৎকী ফিজি ঢিনা নেৎপ্রবা
হকচাং কয়াগী মপু ওইরিবীশিং,

তাও অমুক্তং, ঐগী বসন্ত ঈশৈসে খোইদৌ ভানা,
খঙবা ঙমগনি,
মুপীজ্ঞাশিংগী মকমদা ঈজ্জংকো মমল
কয়াদ য়াম্বগে হায়বদো!

সভ্যতাগী লম্মৈনা ভংখায় অম চাথেকলবা
যৌবনবু কোকথোং পুন্নিবা মুপা ওইবশিং,
করিগুম্বা নখোয়না মৈথিলি স্নয়নগুগুগী লৈকোন্দা
অমুক্তং চংলুরবদি— উগনি লৈরাং অম
'যশোধারা' কৌবী, তাগনি খোনজেল অম
মুংশব শেংনবগী তেংথারোল।

মহুবু করিগুম্বা নহাক্না ভারুরবা,
নহাক্না শেগায়গনি নশাগী থমোই অহু,
শিন্নবা অনৌবা মুংশিবগী থমোই অম!

ঐনা য়েকলিবা নিংথিজরবী মীৎসনা অসিদা মুম্না য়েংবীয়ু,
শিন্দুরিবনি ঈগী পিরাং, খমপ্রতুনা অচম্বা পিরাং,
লৈবনি পিরাংলকসিদা নিংথিজরবা প্রেমগী লৈকোল অম,
লৈতেংলিবনি থম্বাল চামনিপালগী লৈনাশিং থোং-মেংলবা,
অমম্ভুং শকলিবনি শান্তিগী ঈশৈ, বসন্ত বাঁশীগী শুরদা,
প্রেমগী মরোন্দা।

হে মতমগী অর্জ্জুন, থাদোকলো অশান্তিগী গম্ভীর,
পায়রগনু খুহুম চেৎনা, থাথরো লৈমায়থক্ত লীরুং,

য়েংখো অমুক্তং মাংদা লেপলিবা লাম্মীশিং,
খামখো নংগী পুক্লিংগী সারথী, খামখো, লেপখো,
পুক্সিগী রনক্ষেত্র ময়ায়সিদা, খনখো রাখল, কনানা কনানো—,
লাক্লয়োই অনৌবা গীতাগী বক্তা, কনানা কনানো তাকপিরগদবা,
মসিনা পাপনি, মসিনা পুন্যনি হায়বীরগদবা,
খংজগদবতা মন্তাইরে ইশানা ইশাবু উজগদবক্ত গুাইরে,
নত্তে হায়বা মসি য়েক্লবা থেংনবগী লানবুং,
ঈপা, ঈচা, ইচিন-ইনাও, শাগৈ-নাতৈগী য়ুমনি,
নত্তে কনাগীস্ব— নংগীনি-নংগী, নংগী জাতিগী মালেমসিগী।

লোইখরে কলিঙ্গগী লানকম, লৈহৌরে অতেক-অকায়ত
মীশি মীনা, মীকপ মীয়াওখোল, ভেংথা-নাওই—
কদায়দনো হে নিংথৌরেল থোমা কবা—অশোক!
নংগী ওইগনি খল্লবা লৈবাক জয় তৌরগা—
ওইরমত্রে নংগী নথমোই খাম্বী মৈথাবীত ওইরমলে
মতমহুদা, কৌখিবদাই নংনা— "হে শান্তি, শান্তি,
হে ধর্ম্ম, ধর্ম্ম—,
লাকলো, লাকলো" হায়হুনা।

থোরকলো হে উপমন্যু, হায়বা ইনবা শকুরা
শেমলসি মালেম থকশি-খাশি শান্তিগী তাইবঙ,
ইকায় খুময়বা উংলসি খৌশাবীত্রবা 'গুরু'শিং,

সভ্যতাগী অরংবনা মমিং তাংনবা সন্নাজদা,
কনা লৈরমখিগদগে 'নং' নত্তনা গুরুবু থাজর।!

ভুমখুল হনখো, একলব্য, কর্ণনী খুৎশাবু—
পিহু নিনা ওন্বা নাইরিক হৈবা গুরু, জ্ঞানী,
নাকলগনু ধর্ম্ম কৌবা নাই, চাংয়েংদ শিবীগী হকচাং নিগদবা,
অশেংবা থৱোইদবু করিনো চাংয়েং, করিনো পরিক্ষা,
পামজদে ৱাশক চেৎপা ভীষ্ম, ইপা ইচাগীদমক ৱাশক চেৎপা,
পিবীয়ু, ঈমা, পিবীয়ু, লৈবাক্কীদমক ৱাবীবা, ৱাশক চেৎপা 'মী'!

মিকপ থোকলবা জাতি, কন্নলগনু মিং মোইদুনা কয়ুংদা,
থোরকলো, চাংয়েংগী নম্পাক অসিদা পৃথিবী কৌরবকী -
নংগী থৌনাদু উবদা লোৎপ্ররোই অমুক কুন্তি দেবী, মমা ওইবী,
মচাগী মগুন উবদা চোংথোরকলগনি তাংবল থাদোক্নুনা—
লৈররোই থিংবীনবা কৃপাচার্য্য শাগৈ জাৎ হংদুনা—
হায়গনি অন্নোবা কৃপাচার্য্যনা—

"নংগী থৌনাতনি পামলিবা,
লৈতবনি শাগৈ-জাৎ, য়ুমনাক শাগৈ
লাল্লরো পাকলবা ঈপাক
জয় পত্র কংলগে জাতিসিনা—
জাতি কয়াগী মমাংদা"।

হে গোপাল কৃষ্ণ,
জাতিসিগীদি নংনা ওইকে 'ভৌওম্ন' হায়রবদু,

শুকলবা বণ মমুংদা লায়রবী মচা লমডাওনরে
কোরৌস্ মযুম চংখরে, থোরকলো নহাক নিংথৌরেলগী মুত্তিদা
লমতাকপিররো 'লমডাওনরবা ভাইবঙ —',
শিংলকলে অকনবা নোংলৈ, তেক্নুনা তারকলে অকংবা উশা,
খুদোংচাবা লৌরকলে 'তম্মলাই' কয়ানা লৈবাক্তী অরাবা ভাঙাদা,
থোরকলো দানবীর পুরুষার্থ 'কর্ণ' হেকখিগদৌরে সনাগী লৈহাও
'মবেম্মা' গী লৈ-লাংনবা অর্জুন কয়ানা মহৈ হৈরবা,
ফংলরোই অনৌবা তাংবল চাক্লিবী, হুইক্রশিংপি কুন্তি, লায়রবী মমা,
মপাঙ্গল কল্লবা ভীমদি 'হীরম্বী' গী ময়াদা শুন্ধংখরে।

করিগীনো, তৌরকমু,
খংব্রেক খংই ইশাসে, অহুক কয়া থিল্লকমু, প্রিয়ে, থিল্লকমু খুনীওনা
থংপিগনু, ঐগী লম্বীদা লেপ্তুনা, থংপিগমু —
করি হায়রবা, "ৱারী মখা"
উম! চুমই, ৱারী মখা তাসি, 'হয়ু,

"কদোমদনো পুক্লিংসিবু, কদায়দনো ৱাখলসিবু,
পুক্লিংগা ৱাখলগা চিংখায়নবা,
কোকা ৱাহৈগা শমনদবা,
ৱারীগা ৱারুগা কায়নবা!

তাবীয়ু, নিংশিংবীয়ু
ভাইবঙ খুংনা শোকওমল্লবী, প্রিয়ে, হে মুংশিবা,

ওইদবা ঙাংখিদবনি ভাইবঙসিংগী কবি কনানা
নোংম লাক্লম্বা সংসারগী শরুম অম ওইনা
শৈশরুম্বা থমোইগী বীনা খোংহুনা।

নিংশিংবীয়ু, ইতিহাসকী কান্নবা তুরেন্দা
তাওথরিবা ময়াম অনি,
অচুম্বগী য়ুমকমদা লেপলম্বা ৱারী কয়া,
অফবা-ফত্তবা, অচুম্বা অরানবা, কয়া,
অদুবু, 'অচুম্ব' হায়দি, লংনা ঙান্দুনা লৈরি হৌজিকসু,
ইতিহাসকী পুথিরিদা শাংলি ফজবা লৈরাং ওইনা -,
থিরি অথিবা কয়ানা মহাকী অকোয়বদা 'করি লৈবনো' হায়বা।

য়োং অমগী অশেংবা মশক খঙনবগীদমক
য়োংচাবী ওইরবা ইতিহাসনি, নপত্রবদি মঙোন্দা শিলভর ওইরে,
নত্রে য়োং,
ইতিহাসকী মৈনুংদা লংশনবদা মচু ওনথরবা 'সনাহু'
ওইদ্রে 'অশেংবা সনাগী থাকু'
সনাদি সনানি, মৈকৎনদসু, মৈথক্তসু।

মসিননি, ঐহাক্না চহি চামগী লম্বী চিংশিল্লগা,
মাংদা মথেক মথেক থুপচন্দুনা, চৌংথুম ওইনা খিল্লগা
অমুক কাখৎ, অমুক কুমথ - য়েংলি ভাইবঙ পুথি
করিনা করিনো, করম্বনা করম্বনো।

মসিগী মরক অসিদা, বসন্ত বীদায়সিদি,
হৌগৎলকলিবা পুক্সিদা, চৎপ্রগদবা পুন্সিনা
মুংশিজনা য়েংজবা মীৎয়েং অহুনি,
হৌপ্রবা থৌদোক রাখোকপু— করি মীকুপ অমদা নিংশিংহনা
হোন্দোকপনি অশাংবা শর অমত্তং।

অহুমনদি ওইরগা,
খণ্ডনা খণ্ডনা, উনা উনা, খণ্ডদবা, উদবগুম তৌরিবা অসিবু,
অশোনবরা পুন্সিগী' নত্রগা অরাৎপরা মীওইবগী।
খুবাকসিদা মুংশিববু চেৎনা পায়শল্লবা ফাওব্দা
য়েংজবা ঙমদে, উজবা ঙমদে, খণ্ডজবা ঙমদে— মহাকপু।

বিজ্ঞানগী রাখলনা পুথোকপিরি মখল মখাগী মেচিন,
জ্ঞান, লৌশিং কয়া, ইনখৎলি মহাক্না সভ্যতাবু, অহুবু,
মীওইবগী রাখল অসিনা পুথোকপা নত্তনা—
মহাক্না ঐগী পুন্সিংবু নাপ ওনবা তারবদি— তারকপা ফল
লানগনি শোয়দনা, লানগনি।

অক্ষগী নিয়ম অহুগা, থমোইগী ইনোৎ কারবা নিয়মগদি
তশেংনা খেয়গনি, খেমরমদবা থোকলবদি—
বিজ্ঞানগী মথুবাক্ত পুয়মক শিমথোক্লম্বা নত্তনা
করিগীদমক্ত, ঐনা বসন্তগী ঈপাক্ত চোংথহুনা—
শকলুগনি ', বসন্ত বীদায়গী ' ঈশৈশি?

থরাইগী নিয়ম অসিদি লৈরকই চৈখৈ কয়াগী য়াংমদা,
থিবগী লম্বা অহুগী, য়াংমগী য়াংমদা, তংতনা লৈখিবনা-
পিয়াং অসিমক্তা শাক্তি থমহুনা, চোংথহুনম্মু হয়া হয়া
থমোই পুম্ব্রিদা, চোংথনিংলিবনি হয়া হয়া
খমপ্রিবমখৈ পুন্সি চেংজেলনা।

খমগ্রবা কাওবদা করিগুম্বা পুন্সি চেংজেলনা—
অহিংবা মুর্তি অমগী শক্তম লৌহুনা হিংজবা ওয়ম্বা থোক্লবদি
ইথাসিদা চেংনা কোনশনজগনি 'বসন্ত, পুন্সি' অসি
অমুক নাথোক্তুনা চেনখিদনবা, নাইতোম তাহৌদনবা।

হে তাইবঙ মেচিনগী মিং অহু য়েংবদা শুক্কংলিবা অহুগা,
তাইবঙ মুংশিজবা কনাগী মীৎসনা য়েংবদা শুক্কংলিবা অহুগা
অনি অহু করিগুম্বা নহাক্তা 'মায়' হায়রবদি—
ঐহাক অসে ওইরবনি ওইদবগী শৈরেংবা 'কবি',
ঐগী শৈরেং শৈরোল লৈরবনি লাল্লবগী য়ুমকমদা।

শাগৎচরিবা ঈশৈগী শুর, মরোল অসি
তারম্বা মুত্তনি, পিকলবা ঐগী পুন্সিগী তোর্বান্দা,
তাওথরকপা কৌশিংনি, পুন্সিগী থেল্লবা তুরেন্দা;
নহাক্তা থঙবীনিংলবদি, খঙবীয়ু মসিম্মু 'ঐগী বসন্ত বীদায়';

মুংশিজরবী ঈমা'থনা, মহাক্কী অরোইবা মীকুপ্ত,
'ইবুংঙো, ঈমাদি ব্বাব্রেদা' হায়রকপদা শেংগ্রবা খোনজেল্মা,
অথাং-কনবা মহাক্কী থমোইশক্তি কদাইদা মাংখিবা!
করিন্নু হায়রম-তাকলমদনা কনাইমকমদা,
হোৎকখিবা পিরাংগী ঈবুং—অহুনি,
ঐগী বসন্ত পিরাংনা পুন্নকলিবসি
'বসন্ত বীদায়'গী অহিংবা মুর্ত্তি।

বসন্ত বীদায়

(১৩)

## বসন্ত বীদায়

ভেল্লবা ৱাইহে খরতনা শৈদমলগা পোখানিংলম্বনি ৱারী অসি,
ঙমজত্রে থমোই থাম্বী মৈহৌ-মৈৱায়বনা,
পেনজবা ঙমত্রে ৱাইহেসিনা ফনা ইথুনা—
লৈহৌরে মৈচাক্তি থমোইন্নুংদা অশুম ওমথুনা।

ঙমগদগে চাংদয়ৱা করম্বা মহাসাগরগী ঈশিংনা
ঙমত্রে ঈপুক হম্বহনবা ফনা শিংতোকখিহনম্মু,
থনগৎতুনা মরৈরে থমোইন্নুংসিদা খেক-ঙংথুনা—
তাবা লৈত্রে ঈয়েং, হিংবগী কঙম্না কনথোকপদা।

মতমগী ঈমায়থক্তগী থক্তোক্লকপা মঙাল মরিক'মত্তং
মায়থোংসিদা ৱৈরক্লবা ঙাইবদা, লেপখিবা তারি
তোর্বানসিদা, অম্ৱম্না কুইরবা মতম ফাওবদা,
অৱাবদি, থঙহৌদনা তাখিগদৌরে হুমিৎ, লোৎখিগদৌরে নোংচুপ
চীংয়াদা,

থনবীখিগদৌরে মঙাল নোংচুপ চীংশাং পরেংনা।

পুন্সিগী চীংয়াংথক্ত চৎলিবা ঐহাক্না
পজরি শান্তিগী ঈরিক থরদং পিক্লবা থমোইন্নুংসিদা,

মসিখক্তং শেমজবদা ৱাজৱবা, পাংত্ৰবা ঐহাকনি,
বসন্তগী নুহুপ উপ্লবী, হে প্ৰিয়ে, মুংশিবগী মূৰ্তি,
মাংহনবীগম্‌ নহাক্না পাম্মুজবা শান্তিগী ঈরিক'সে।

ওইহুনম্‌ ঐহাক পুন্সি চাকানা তকখায়রকলবা,
মাংহনবদি ওমত্ৰে, মুথংতুনা থৱাই মৈরাসে,
ওইহল্লে মসিনা ঐহাকপু বসন্তগী শুর পুবা,
শান্ত-প্ৰেমগী মায়থোং মকথবা লৈত্ৰবা
মতোমতা লংজবা, লংহুনভা লৈজবা।

থাগে খমা থাজবা ওমত্ৰে পোৎলুমসে,
পুররোই খম্নম্‌ পুদবা ওমদে পোৎলুমসে,
পাংগী য়োংপি মথুন্দগী শিন্থরক ঈরি যীশুগী
য়াবীখি স্বৰ্গগী হুতনা সনাগী পাত্ৰ পায়হুনা,
ৱারবা বসন্ত মবুংঙোগী মায়থোংদগী শিন্থরকলিবা ঈরাসে।
য়াবীয়ুকো নহাক্না প্ৰেম-শান্তিগী পাত্ৰনা।

পাম্মুই, লৈমায়থক্ত তাখিগদবা, পাম্মুজ্জে, পাম্মুজে
কবি অমনা পাম্মুজবগুম, মহাকী ৱাহৈ শুর,
পাম্মুজে ঐহাক্নম্‌ ঐগী ৱাহৈশিং মচেৎ ওইরম্‌,

ফনা কন্থরবম্‌ সমালোচকী শাজ্জেনা মকন্থী ফুদোক
ঐগী শুরদি লৈগনি অন্তম্মক ঐগী ওইহুনা 'ঐগী শুর'
কীজদে, চেনথরোই, মহাকী শাজ্জে, খন ওনবগী সের কন্না।

## শ্রীবীরমঙ্গল

ইজৰিবা বসন্ত ৱারীসে প্রেমশাস্ত্রগী
ইনা ইনা পাম্মুজৰি লোইথিগনি হায়বা,
লোইৱ্রো হায়বস্ত য়াদে, মথুং থাজংলকলি অৱাংপশিংনা,
মথোয়বু ইয়ু হায়রি, ৱাকংলকলি মহাক চৌংথবীরমঙ্গলে,
'মহাক্না' কৌরকপসিদনি মশা পাল্লক্রিবা তোল্লবা থমোইনা,
পাইৱিবা নিংশিং লৈকোল কয়াদা।

তাইবঙ বনগী ফজবা উরুবদা মিংলুদা বসন্তগী
শিন্থরে পিরাং মালেম থরো ওম্না,
করম্নো থমোই অৱাবা চৈথেংসে নংনা কংলিবা,
অশোকপা মকমদগী উখেংনা হাথবগুম খক্ত
হাথরকলে থমোইদগী প্রেমগী পিরাং!
ওইরে জনৌজবা বসন্তমক্না মৈচাক পিৱিবা পোংশক!

মরমসিননি প্রিয়ে, হায়খিবদো নঙোন্দা,
লৈরমলবদি পোংশক অম লৌথোকপা য়াবা পূম্নিদগী,
অহৃপা মঙ্গেং তাগদবা পূজিগী পাত্রনা,
লৌথোকে থম্মে ঐনা মচেং মচেং ফজুনা।

পিক্লবা তিংথৌগী মতোন্দা ভাল্লিবা মণি মতুম,
নহাক্না কাওরে কনানা মঙাল হাপ্লীবনো নংবু,
মঙাল মপুনা হাপ্লীহনা মঙাল অৱংবা,
হয়াউজক্করে নংনা লংজরে হায়হনা, অহৃবু,

কংছনবীরে নংবু পুন্নমক মুনবীহুনা,
মশিগী লুহুপ লোথোকপিহুনা ওইহল্লে নাপী, করিস্থু লৈরবা।

লংহুনবীরে ঐবু বসন্তগী মঙালনা, অহুপা,
মৈচুবীরে থমোইদা অমুক লম্মন শিংহুনা।

মাংঙ্গবা অহিং-সুংথিলগী মতম্পাক্ত ভুমথঙ্গবা
হে পুন্সিগী মীকুপ, মিকপ থোকলো কৈদোবগে,
থোকপিরকলো বসন্তগী চীংদোম্ব অমুক হন্না
প্রেমগী সুমিৎ অরংবা মঙালগা লোয়ননা—
ঙাইজরিনে ঐহাক্না থমোইগী কিজিদা কমহুনা।

ঐগী থরাইগী মপাম্বোম মঙানা—
মৈ, ঈশিং, সুংশিং, পৃথিবী, অতিয়া মঙাবু,
চেৎনা কোনশনজহুনা থাংবা হোরে ঈথোঙসে
পঙ্গুং উত্রবা লমদম অমদা, লম্বী লৈত্রবা মকম অমদা,
চৎচগে থোরাংলে শিংলিগী ঈচেল লেপহন্দুনা।

থক উরমখিরোই নহাক্না বসন্তগী লৈরাং হেকলিবা,
কবি অমনা অম্নুমা তেংথাবা, থমোই শোক্না
অম্নুমা শৈরাংবা, সুংশিবগী গর্ভদা চংহুনা,
নত্তবনি, প্রিয়ে নংগীভ,
বসন্ত লৈকোন্দা লৈরাং হেকলিবা কয়াগী
নাপ্পদা হায়জবনি, লৈ হায়বা অম্নুম্মৈচাক মীওইবদা।

সন্ধ্যারাণীগী চৈথেংদা অমম্বনা লাকলবদা,
ঈমুংগী মীনা লোইশিনবা হৌরকলে শোং-চৈ,
পোথাক্নবা ইংনা অহিংগী মতম্বাক্ত
পুন্সিমক অকাওবগী মথুবাক্ত শিন্নরমহুনা — ;
ওমজন্ত্রে ঐহাক্তি লোইশিনবা করিস্নু
তারিবা লৈরাং থমোই লৈমাইথক্ত মচোয় মচোয়।

হে পুন্সি, রারৌগনুকো, অম্নমনা তেংথারে হায়হুনা,
নংগী চৈথেংনা কনমনখিবনা, মীৎয়েং নৌমনখিবনা —
য়াম্মনখিবনা নংগী শকলোন, লৈমনখিবনা লৈচু মখল
থিজবা ওমজ্রে মশীং হম্না হম্না হোৎনহুনসু।

কৈরাথক্ত তোংলিবা মুংশিরবা চেক্লাশিং,
পাইখরো পিক্লবা ঈশা খঙ্ঙ্ুনা অহাংবা মালংদা,
য়েংঙু, উদবরা, ঐগী বসন্ত লৈনাশিং থুইথরিবসি,
ওমলরোই পিরাংগী ঈশিংনা ফনা খিকথন্নুনস্নু
লৈমন চনশ্রবা লৈনাশিংবু তেকখৎহনবা।

মরোল লীশিং, রাঙাং কোক্তি
তাপ্রো নখোয় মথুপ মথুপ থুপচিন্দুনা ইতিহাসকী লোক্লুংদা;
নওকশমদা লাকশল্লসনু মতমগী থৌরী কোকোয়না
থাশিনসনু মহাক্লা নথুবাক্ত পাংগী য়োৎপী শীংজং
য়ৈথসনু, চাওরবা মুঙথংনা মতমগী, লৈজবেমৈ কমা,

মহুদগ্ন নখোয়না অমুক কাখৎতুনা লাওজবা ঙম্নরুবদি—
ওইরে অহিংবা মূর্তি— থবোইগী গর্ভদগী প্রেমগী মচা।

মহাপুরুষকী কমণ্ডলুগী ঈশিংনা চাইথবদা
চোংপা ঙমখিত্রবা থবোই মুও অসে,
মতমগী তুংদা ইমরিবা বসন্তগী পিকলবা ঈরিক'মনদি—
থাথবা নওনা শোয়দুনা তাখিবা কাওবদা,
মগুং মগুং থোক্না কায়রিবা প্রেমগী মুঙজাও,
উফুল থোক্না কায়দুনা মাংপ্রো,
তিনপ্রো অচম্বা লম্বাইগী উফুলক্ত।

চংশ্রবা মতমগী ফিজীদগী মুলহোবা ঈরিক থুয়াদুনা
শুমথরকলে ঈকোকথক অসিদা, হায়রকলে, 'য়াকায়রো' হায়দুনা
ঈশি শিনঃ তুমলিবা ঐবু, বসন্তগী লৈকোন্দা
য়েংলো হায়রকলে পুক্সিগী চীংদোন্দা ওাল্লিবা
অপিকপা মৈঙাল অম,
কাওথোকলে হায়রকলে রারৗশীংবুন নুংশিবা।

প্রিয়ে, হায়য়ুনে, কদায়দনো ঐনা—
হৌজিক কাওবা তুমলিবা অসিবু,
নংগী মোল্লবা ভম্প্যাকথক অসিদা বসন্তগী কৈজুপ শুগুনা
তুমলিবরনে— অমুক থেংলবা মতমদ্ধাওবা?
কয়াম কুইনা তুমখিনি— হায়য়ু,

করিগীনো— লৈমন চল্লবা 'ঐবু' অস্থম কোনশল্লুনা—।
থম্বীরগা প্রেমগী অমৃত্ত য়াউম য়াউম ইনবীরিবা।

য়োংশিনবা গুমগ্রে, পিকশনগ্রে খোরী উতোং,
থকনিংলবস্থ খমোই অসিনা, মহাকপু কুপলিবা উনশানা—
হাযরকলে 'থকউরম্নু' —
চৎপা তাপ্রবরনে ঐবু অস্থম্না থকনিং থকনিংনা—
মুংশিৎ-মুংশাগী য়াথং ইন্দুনা, থক্তনা চৎখিবা।

নোংম নত্রা, ঐহাক্না
বাখল লাঙ্গোয় শন্দোক্লগা প্রেমগী লাং থাক্তুনা
নংনা মুংশিবীরকপা ভাইখিবা—, ওসিদি,
খঙলে ঐহাক— মুংশিবীরকপা ওইরমদরে নহাক্না,
ইশানা ইশাগী মুংশিবদা নংগী মিং লৌহনা
বাজবা ওইরমলে ইভোমত,
ঐগী খমোই ফুরিংখাউদা নংবু হাপচিনগত্রা খল্লুবা,
হাপচিনখরে নংগী বাখল ফুরিংখাউদা ঐবু— অহবু,
তোঙানদি লৈনরি, নং-ঐ অহিংবা মূর্ত্তি ওইনা।

খনগনি নহাক্নস্থ অস্থম্না।
খনগনি তাইবঙনস্থ অস্থম্না।

করিনো, ঐগী মায়খোংদা ভারকলিবসি তপ, তপ,
ও। নহাক্না কপ্পগী— পিরাং নাম্বহনা তারক্লিবা ঐগী মায়খোংদা,

প্রিয়ে, অহুরা, অহুরা, নংগী থৌনা য়ামনা লৈ হায়খিবহু ?
লতবনি তাইবঙসিদা 'কায়নবা' করি—,
ায়বতনি মী মীহুনা, অমনা অমবু কায়নরে হায়হুনা ।

নত্তে কায়নবা, শকতুনদনা থাপ্পা লৈনখিবা,
নত্তে কায়নবা, অমনা অমবু শাওনহুনা কৌনদবা,
নত্তে মহুস্ত্র কায়নবা 'কায়নরসি হায়না বীদায় পিবা',
অমনা অমগী য়াথল থল্লিবমখৈ,
অমনা অমবু নিংশিংনরিবমখৈ,
লৈত্তে করিস্সু 'কায়নবা'—!

য়ায়ৌগনুকো, প্রিয়ে,
থাংথবীরো লৈঙমত্রবা কোক'সে নংগী তম্পাকথক্তগী
থম্বীরো লৈমায়থক্ত, পোত্থাজরসনু শমনদবগী তম্পাক্ত,
মীকপ থোকপগী তাইবঙ অসিদা নিদ্রাদেবী কয়া কাওথোক্লনা
চংশ্রগে কদায়দনো অমা।

অকক্লবা লৈবা মতমসিগী মঙ্গুংদগী
মীনুংশি থাম্বী মৈজাও থাব্লিবা থমোইসিনা—
নহাকী ননাক্ত কমহুনা মীকুপ অম তেংথাবদা
হানগ্রগনি মতমগী মণি মঙাল মকথখিবা।
লৈকোল কয়াদগী থকলক্লবা অম্বুত্তসি,
ওথোকলুগে শান্তিগী পাক্লমুংদা ঈমায় পানা,

শ্রীবীরমঙ্গল

অহুমৈ বসন্তগী মচুমনা থমোই ঈমার পাখিবশুম।
নিংশিংবীয়ু, হে ভাইবশু, নিংশিংবীয়ু,
বসন্ত ঈচুম থকপা নাইত্রবমু কৈদৌনুং,
থিংই, মতম অমদি অবস্থাগী খুৎশাশিংনা পারশন্নুনা;
মতমহুদা, রাখল হায়র্বাসি নম্তনা মুপ্নগী;
চেন্থনবা লৈরকলোই বসন্ত মচুম শজ্জনা,
মতমহুদা, 'চুমনা য়েংজবা' হায়বসিখজ্জনা ওই অয়োইবা।

ভাইবশু কম্বাকথক্তা, লীলাগী পাত্র ওইরিবশিং,
চেকশনবীয়ু, মৈ মুৎপ্রবা মতুংদা, লোইখিনী লীলাদো,
অশোইবা চাম য়াওখিবা, পাওমেল্লুবা ঙংলোই নাকোং খুদীং,
অমুক থোরকলগা ঙাইহাক ঙাল্লমহুনা তাপ্রবা মুমিৎখুম,
চিংদবা চৈথৈ থরগী মন্নুংদা লেপলিবা খোঙকমসি
থংহোরোই পুৎথখিবা, পটালদা তাখিবা।

তিংথোকলিবা পাম্বোমসিদা চেল্লি ঈচেল কন্না,
হল্লিবা মীহুনগী খোনজেল শিথবা লৈত্রি,
অহুমনদি ওইরগা শোন্দ্রে বসন্তগী মৈদি,
চোকথরে মহাকী পাঙ্গল শক্তি অফিংবগী।

মুংলকলি তপ্পা তপ্পা মৈ বসন্ত থমোইগী
চাক্লিবোই নিংনা মুংলি মুংলি ভৌরমলে—মৈ,
লোইশিল্লকলি লীলাম্নু মুথল থাথরজ্জনা মথং মথং,

শিখরকলবা মঙাল হিংবা কৌবগী মৈথঙ
ঙৌথোক্লুনা কাপ্রবা, উৎ ওনপ্রবা য়ারীশিং
চৎলো হৌগৎতুনা মকোলনা মুর্তি শুনা।

থল্লবা খুদীং 'নিংঙমদেঙ' হায়নবা 'পুন্নি,'
করম্বা য়ারীনো 'নুংঙাইবা' মতাংদু ঐখোয়না থেংনরিবা,
নায়ক-নায়িকা থোক্লুনা শান্নরিবা লীলাদু য়েংবদা,
কপচথি কায়নবা মতাংদুদা মখোয়গী, খায়নবগী মৈ চুখৎতুনা,
হংলকই কনানা 'লীলা নুংঙাইবা' হায়দুনা,
খুমনৈ ঐখোয়না 'নুংঙাই' হায়দুনা
কপলুরগা ইপুম থিংপমখৈ হোল মনুংদা।

করিনো 'বসন্ত' নংগী নুংঙাইবা হায়বদো,
লৈবগে কদায় মতাং নুংঙাইবগী য়ারী অদু
করম্বগী তাক্কনো অপেনবগী জগোই শানরিবা,
অমৃতগী ভেঙ্গোতা পিকলবা দু ঈরিক অম থাথবদা,
ওল্লি অমৃত দুগী তেঙ্গোৎ,
নুংঙাইবগী জগোই অদুদা তান অম কায়খিবদা
কংনা কুপপ্রবা পুম্ব্রিগী ঈশিংশুম, কুপথি অরাবা কৌবনা
নুংঙাইববু; ভশে নমক নত্তে নুংঙাইবা হকথেংনবা অদুনা,
'নিংশিংবা' অদুনি নুংঙাইবা বসন্ত মহাকীদি।

ঙসিদি, শিল্পকলে মীৎকুদা নিংঙমদবগী পিরাং
মুংহিক্রুরবা থমোইনা খাংলে হিক্রা হিক্রা
তোর্ব্বান থক অসিদা নিংশিংবা কৌব সমুক্রগী,
খনগনুকো তাইবঙ নহাক্লা 'ঐ বারমাল্লে' হায়হুনা-
অক্মানি নহাক্লা লীলাহোল মনুংদা কপলুবঙম কায়না কুম্মেদা।

পুক্সিগী হিদেনসিদা মুংঙাইবগী ঈপাল লাংলিবদি
'ঙাইবা' কৌবা মহাকী তাইবঙদক্তনি,
ঙই 'তাইবঙসিমক'না' পুক্সিগী পুক্সি মুংঙাইবগী,
অহিং অম ঙাইবদা মুংঙাইজখিবা পুক্রিং ফিংগৎনা,
কংলে, থুংঙরে অহিং ইথুবাক্ত, মুংঙাইবা থিরিঙৈ
থাদোক্তুনা চৎপ্রে মহাকী মতম লোইহুনা, অঙালবগী মরুমদা।

হে বসন্ত, হোৌগৎতুনা চংশিল্লকলো ঈশাংদা,
পিরমলগে নখুবাক্ত 'বসন্ত বীদায়' অসি,
লৌশিল্লু মনিলগী শকউদবা থুৎশানা-
শকউদবা রাখলগী খুদোলপোৎ অসি,
মুংঙাইবা কংনৌ শকউদবা মুর্ত্তিনা শকউদবা মুর্ত্তিদা।
শকউদবা মুংশিবা, শকউদবা রাখল, শকউদবা মুংঙাইবা,
শকউদবা কায়নবা, শকউদবগী তাইবঙদা শকউদবনা শারবা,
শকউদবনা রাবা, শকউদবগীদমক, অউবা পোৎনা মীকুপ খুদীংগী

নিকখিবনা তনিক তনিক, ঙমলোইদৌরি চিংজবা,
লৈইসে পুন্সি কয়াগী মথাংদা তিংনা।

মশম মনা শিংগুপশানা কোইদংলবা থমোইকোকনি,
তুফাং কয়া কোইদংলবা থরাইগী চেক্লানি,
তৌখায়রবা শক্তমনি ঈমা, নংনা পিনবীরিবা, অহুবু,
অমুকস্ম টনবীতুনা শেন্দীরি ঈমা নংনা—
অটংবা কেৌবঃ শান্তিগী ফিজোল, রাখলগী হকচাংদা।

হে প্রেমিকা, তাইবংসিগী 'ফজবা, থোং মেংবগী মূর্তি',
তিংথোকলকউ নংগী পান্থোম থম্বৌ মতা,
শিবীরমগে শান্তিগী খুজি নাচোম পান্থোম থম্না,
নিঙাইদনা ঙমখবা ফাওবদা নহাক্না
থোকলকসম্নু শান্তিগী খোনজেল য়াওন-য়াতাদা,
মহুদা, চেংগে রক্তনি ঐগী শান্তি অহিংসাগী পোংয়োমগা
শিন্দরমগে হ য়হুনা নকাদা।

মকোক কায়রবা নিংশিংবগী ঈখেংলক্তগী
মখ্রাং ফাওবা চোংলবা রাখলনা লোনা য়েংলিবা,
তমখিরব মহাক্তী ম মং অনি কোংথোকলগে,
বীদায়গী মুংচুম হুনজিন্দুনা, মমথ্রসম্নু কামপ্রেমগী লম্বী।

ওইজবা খিবা কনাগী মকমদা পামজদে শিন্নরম্বা,
মশাগীত খনব কনাগী থমোই লৈমায়দা পামজদে থারম্বা পাম্বীসি,
পুকচেল চাওবা কনাগী প্রেমগী লৈহাংদা থারমগে,

শিন্নরমগে মখুবাক্তা মহাকী স্বার্থত্যাগ লৈরবা
'বসন্ত শান্তি' ঈশৈ, শান্তিগী পান্নদা হাণ্ডুনা—
য়েল্লকসনু মহাক্না, শান্তিগী ঈরিক মালেম জীব খুদীংদা।

ঙুদনা অঙবা কনানা, ভস্বা মপাওজেল অহুদা
ঙগনি তাইবঙ নংনা কুক্কোকাগী রতিরহষ্যগী মায়থোং,
অখঙবা মাগী মপাওদদি ঙগনি শান্তপ্রেমগী শক্তম,
কোয়শিন্দবা চৈথৈ কোমা অমত্তনা, নিংতম্বগী মূর্তি।

য়েবা ঙমলোই ভাপ্পা শাবনা, শোংলবা জঙ্গলদা য়ায়েক্লিবা,
মিশেল খাংলিবা কনাগী অরাবা, কুম্মৈনি অয়েংবা ভাবকী
থবক থৌদোক খুদীংমক থোকলিবা নুত্তি নুমিৎ—
রাজরি, কপচরি, থবকী মীনা থৌদোক অহুগী থবকীদমক,
পিবিরী জ্ঞান অহুনা তাইশিন্নবগী শক্তি অমগা অমগা,
থমোই অসিদি পিবা ঙমদে জ্ঞান্না, লৈ অম্নুমক নাইতোন তাহনা।

প্রিয়ে, লম্মন তোয়ল্লে 'ঐ' নংগী,
পিবীবগীদমক নুংশিবা ঐগী থমোইদা
পিবীরমন্ত্রবদি করিগুম্বা নংনা
খিক্লগনি ঐনা করি লমদা,
থেংনক্লগনি করম্বা শুক্লংদা নুংশিববু।
নুংশিবা, হে নুংশিবা নংনা পিবীবা ভাক্তনি পুম্নমক অসে,
লৈজদে ঐগী করিনু, লৈজদে করিনু ঐগী অহেনবা,

চংখিবা উদবগী, লমদমদা, উদবা বায়ীদমক লেমহৌবা,
উদবা খোনজেম্না অউবা বায়ী ওইহনবা।

শেংচিল্লো উদবা নংবা নায়িকাগী কিজোল,
শেংচিল্লে উদবা ঐনা নায়ককী কিজোল,
চংলসি ঐখোয়'নি উদবগী গুরুংদা, কায়নরুসি মকমহৃদা,
থোকলকলসনু, মশা পান্দুনা পাইরগা উদবশিং অহনা
মমিং লৌহনা মখল মখলগী।

বসন্ত বীদায়

(১৪)

## সবন্ত বীদায়

ভেংথারি অমুকন্থ হন্না,
হে ব্রাহে নকাদা,
ব্রারৌবীগন্থুকো ঐবু,
ন্ত্রৈথবীরে হায়হুনা কল্পনাগী শাজৈনা নথক্ত,
ব্রান্থমনি নহাক চৈনা খাংবদা।

মসিনি ঐগী বসন্ত লৈনাশিংবু থদংপিবা
মভমগী খুৎশানা য়োৎকী খুবাং পান্নিবা।

চীংজাও অহুগী মথক্তা কাথৎ কুমথনা
কয়াদা ব্রাবা, কয়াদা মুংঙাইবা ব্রাম্নীনা,
ঈথক হৌরেনে থমোইসে, থরাই ঈপোম লাংলে,
অমুক্তদি নেমথহনবীয়ুনে হে কল্পনা, মুংশিরবী।

লোনথৎচন্নিবা চেকলোন অসে অমমমত,
ঙমগনি করম্না থমোইসে ঈথক হৌরবদি—
অমুক্ত নেমথহনবীয়ুনে, হে ঈমা, কল্পনা ঈমা,
চৈথেং কংলবা থমোইগী খুৎশাশিং,

পুম্নমক নংগীনি, নংগী-নংনা খঙদবা নংগী,
য়েংনবা খুদীং মিৎকা, মিৎকা হোমবা খুদীং শর ফুইনা
থমোইগী গর্ভদা হাপ্পীরমলে নংনা 'মুংশিবা' মপুক থমা।

নংনা পিবীবা খুদোল অসি, ঐগী শাহুনা ঐগী নত্তনা
অমুক হন্দুনা পিজরি নঙোন্দা কয়াগী য়াংমদা আশা, নিরাশা

মীকুপসিদা—
পাইরকলো ঐগী থমোই ভয়া মুংশিবগী মপাও পূবা,
প্রেম-শান্তিগী চেক্লা, তোংলরো ঐগী থরাইগী শ্বরদা
চংবীপ্রো আ-মনুংদা, খোংলকলো মকমতুদগী—
খংদ-উদবা কমাগী থমোইদা, থিনবঙম ভাশোম্না
য়েক্লরসনু নংগী খোনজেম্না মকমতু য়েনা অরোইবগী।

ঐগী হায়ববু লৈজদে করি'মত্তা পাওজেল্লনবা মরোল,
মুংশিবদি 'শান্তিনি' হায়বসি নত্তনা তাইবঙসিদা
'নিংবা কায়বা' হায়বদো লৈত্তে করি ঐগী ইকমদা
শকপগী লোইনাইত্রবা ঈশৈ অমগীদমক, লৈজে,
নিংঙমদবগী ঈশিং ঈনোৎ কানা অপিকপা থমোইসি।

শান্তিগী কুয়োমনা য়োম্লবা মুংশিবগী লৈরাং পাম্বী
অমথক হৌরিবা ঐগী থমোইমুংদা লৈকা কম্না,
পামজৈ লৈশাৎ ভমজবা মহাক্লা লৈমন-চম্নাইদনা

হিংলিবমখৈ পুল্লিসিনা, লৈরিবমখৈ রাখলসিনা
চায়জনিংই, ঈশিং পুক্রিংগী লৈকা খুদোং চোংবা।

অছুবু, হে মুংশি হেন্নবী মুংশিবগী খুদোল পিরিবী,
রারোবীগন্নুকো— লৌশিনজবা ওমস্রে লোইনমক ঐনা পাংদবনা
ভুখোঙ খুদোং হকচাংগী লৈত্তেংস্রে খুদোলপোংতনা
ঐগী অকোয়ব অহাংবা মালং থনস্রে নংগী খুদোলনা,
থম্মোইগী লকোল লৈকা থনস্রে নংগী লৈহীনা
কেন্নবা লৈমা কাওবা লুপস্রে নংগী খুদোলগী লৈহীনা।

হে শক্তি লাইরেম্বী, কদায়দনো নংনা লোংলিবা,
থোরকলো উপ্রাকননা খাংলবা ঐগী মাংদা —,
মুংশবগী মোন্নবা ভম্পাক্তগী থাংথবীরবা কোকথক অসিদা
হাপশিররো 'নংগী শক্তি' পুন্নমক লৌশিনবা ওম্বগী শক্তি,
হায়জরোইকো ঐনা কৈদৌম্নুং 'ঐগীনি' হায়হনা মহুপিবীরগা।

ঐগী নত্তবা, ঐগী রাঙাং, রারেং, শৈরেং, কবিগী লন,
কবিবু ওইজবা ওমলিবগে ঐগী, —নত্তে কবিসু ঐগী,
ওইরমলবদি ঐগী, মহুমক পুহনা লাক্লমগদবনি ঈদাগী গর্ভদগী;
ঐগী নত্তবনা— ওসিত্তদা কংজবা ওমলি খুদোল নকাদগী,
হায়জরোইকো ঐনা লৈদৌম্নুং 'ঐগীনি' মহু পিবীরগা।

খংজৈনে ঐ কৈদে মুংদা কংবা ওমলোই মায়— পাকপা,
ওইদবনা মীওইব ময়পাকপা মীশক্তু অশেংবা,

মীওইবদি মীওইবগী লাংদা মীওইব ওইনা হিংবনা
লৈরিদো অশাঙবা, পেন্দবা, কল্লক য়েংথিবা—
মহুগী ব্রাংমদা লৈবা 'শক্তি' অহু পামজৈ ঐহাক্না তোল্লবা।

হে শক্তিগী লাইরেম্বী, পিনৌ ঐঙোন্দা
শক্তি খাংহম্বগী, পিনৌ থোং-মেংবা শান্তিগী গুণ,
মহুগীদমক্ত ঐগী নত্তবা আত্মাসে অমুক শিন্নরমগে
মপূ ওইবা মাগী মকমদা, লৌশিনবীসনু মহাক্ন্ত
অশেংবনি হায়রনা মপোৎসে হন্না।

খুত্তা চৈশু পায়হনা চৎলক্লগদবা তেল্লবা পুক্সি অসিগীদমক,
চৎনিংদ চৎনিংদ নমহনা চিংবীরিবা মহাক্না
মুনবীখিগদবা লৈরবা ঐবু মুংশিবগী মথামুংদগী শেৎহুনা—
খঙলবসিমক্তদা অমুক ব্রারিবসিবু; ব্রাৎপগী নক্লা নংগী শক্তিগী
মঙাল, কংঙমদ্রবা তাইবঙ কনানা অচম্বা খোঙচৎনা।

হুমাং ঈরিরবা ইন্দ্রি মঙানা কুম্বখিবা মুমিং অহুদা,
অনাবগী মমিং লৌহনা শেম-শাবা
থৌরী পায়বা মহাকী য়ুমদা চৎনবা, তাখিদে কনানম্ন
কপ-লাওবা, তেংথাবা, খঙদে লৈহোই হায়বা প্রেমী কনা,
মীকুপ অহুদা, কদায়দনো হংনরি নংগী য়ুম,
তপ্পা শানরি 'মুংঙাইন লৈক্রুরোকো' হায়হনা।

মতমদু য়োরবা কাওবদা খাংঙব্নবগী শক্তি, পিনৌ
ঐঙোন্দ হে শক্তিগী লাইরেম্বী, পিনৌ ঐঙোন্দা,
চংজরি নখুয়াখাদা, ভূজরি নখোঙখাদা লাইবক লৈশোক্লা,
পিন-হৈবী, হে শক্তি লাইরেম্বী, পিনৌ ঐঙোন্দ শক্তি।

হে, করিগীনো অতুক কন্না লাওরিবদি,
করিগীনো, না পঙদেনে ঐহাক,
ও — খ্রিয়ে, নং ওইরেকো—

হায়্যু খঙব্রা নহাক ঐহাক কয়াম থাপ্পা চৎলুরে,
হল্লকপনা কয়াম কুইরে মকমসিদা,
নহাক্লা কয়াম কুইরবা ঐগী থোঙ থিনবীরকপা ?

মুংশিথোইরবী উহৌব্রা নহাক
মাং অসিদা লেপ্পলগী মহাক অদু, উহৌব্রা,
সে, লৌশিল্লু, লৌশিল্লু খুদোল অসে—
পিবীরম্বনি মহাক্লা পিক্লবা রাখল খুবাংদা,
লম্মন শিংলগে খুদোলসি পিহুনা নকাদা
পিবীবগীদমক খুদোল মুংশিব ইকমদা।

নোংম কংলমহুনা মাংখিবা নত্তবা,
ঐনা মাংখরেত্ত থঙরিবা, থিজরিবা নংগী লৈকা খুদীং য়েংহুনা,
কৈদৌঙৈ কংগদগে, কদায়দা থিক্লগদগে, কনাদা হংলুগদগে
হায়হুনা মুংত্তি মুমিং শোনজবদো নঙোন্দ —,

মুগায়রবা শাংলম্বা লৈরাং কয়াবা থংনবা মীকুপ্ত
কেনখিবা লৈমায়থক্ত লৈমন চন্নুবা।

য়েংখি ঐনা লেপ্তনা চেল্লিবা ছুরেলগী ঈচেল,
য়াওখিদে ঈরিক'মন্থু হঙ্গংনা চেল্লকপা,
হঙ্গং-হন্দা মুমিংকী খোঙচংনা পুবীপ্রে নহা ওইবগী শাদোং,
মহাও চুপ্পমথৈ চুপথোক্লগা থম্বীরমলে 'ভাইবা' ওইনা অরোইবদা,
অহুবু খঙবা য়াওপ্রবগে তাইবঙ কনানা 'মহুবু' ভাইরিবনি হায়বা।

ঐগী ঐগী হিংনবগী লানফমদা, ঐগী জগৎ অমগী মমুংদা,
ইচাগী, ইগুগী, শাগৈগী, মরুপ-মপাংগী, কান্নবা বারী শানা শানা
য়োরম্নে কোমজাও অমগী মনাক্ত, করম্নো, করিম্বু পাংথোকহৌদরে,
য়াররোইকো লমজেল অমুক চেলহোবা, য়াররোইকো,
ঐগী মমুংদা ঐগী ঐগী ভাক্ত পুহনা চংপা ভারকলবোইরে।

কনাম্বু নত্তে, লাক্লিবা মীশক অসি বুহুম্নু শকথিবা,
মথুক্ত থোরী কোঙ্গোয় পাযহনা 'মতমনা বীদায় পিরবা' কনাবু
লোশিল্লগে হায়বগীদমক, নত্তে কনাম্বু,
থোশাহৌত্রবা পুন্সিগী মীকুপশিং অহুনা থারকপনি,
চংপ্রবা মথোয়গী লম্বীদা 'পুরকউ' হায়বগী য়াথংপা।

মসিমক্তা ওইরি মীওইবা 'মায়থিরবা লান্মী'
পুন্সিগী লানফম অসিদা,
কাথংপা খুদীংগী নাম্বহনভা ভাশিল্লবা.

শ্রীবীরমঙ্গল

মতমগী লোকমুংদা, কনা লাকখিদে তেংবাংবীনবা,
লন, থুম, মরি মতা, পুম্নমক কায়নবা তারক্লবা মতমমহুদা,
তেল্লবা রাহৈ অমনিনা শিররে মণিমুক্তা কয়াগা।

অশাংবা শ্বর অমুক অনিরক হোন্দোকপ্রগা
ঐ ঐনা, ঐ ঐবু ফাওবা খঙলরোইস্রবা মতম অহুনি,
অহু কাওবনি - ঐ ঐগী পুক্নিংগী লম্বী!

অস্থমনা খল্ল— চাকলে খাংঙমদ মৈনা প্রলয়খোন,
হেৈরকলে ঈথক থমোইদা, কারকলে জ্বার পুক্নিং সাগরদা,
কদায়দনো হে শক্তি লাইরেম্বী, তৌবীগনু অহুমনা,
খাম্বীযু ঐগী থমোই পুক্নিং, নিকলিবসি মশাবু কাওথোকচ।

প্রিয়ে, থোমগংলো শমলাং মায়থোংদা চাইথরিবা নংগী,
যেংহল্লু ঐবু ইমিং অনি থিংনা নংগী মায়থোং থম্বাল,
চুপহল্লু ঐগী পুক্নিং চিনবাম্না নংগী নৌরবী চিনবাল'নিদা থমোইগী-
য়াকায়ররুসনু অনৌবা মঙাল, পুক্নিংবু জয় তৌরিবা,
নংনা খনজবত ওইবা, ঐনসু খনজবত ওইবা,
ইরাল নরাল শিজিন্নবত ওইবা, 'মুংশিবা' মহাকী
তাইবংদগী নাম্বোক্লুনা— অনৌবা 'মুংশিব'গী থমোইগুক্লুংদা
চৎপ্রসি ঐখোয়'নি।

নিংশিংলি, হে বসন্তগী মরুপ, নিংশিংলি,
নৌরবী খুৎশা নংগী থোৎনৌলৈরালৈনা

চেংন পায়শন, ৱাখলপুক্লিংথমোই পুন্না,
পাইমিন্ন ইশা পান্দুনা চীংদোল কয়াদা, পাংপান কয়াদা,
ঈশিং চাইবী মুঙলোন চনঃ থমোই কয়াদা,
নোকচিন্নখিবা থরাই তানা মুনা মুনা য়েংন!

তিংথোকপগী পাঙলবু খামঙমখিবা মুংশিগী থৌরী,
অহিং কয়ানা বীদায় পিবীরমলবসু লোইবা লৈখিদে 'মুংশিবগী ৱাস'
তেংথারগনু হে ৱাম! শান্তি শক্তিগী মবুংঙো।

"হা সিতা, নংদি ৱারম্মনিদা,
ফুইনা হৌরকপা অমুবা নোংগী মপৈ,
মিং থকনা চিংলিবা নোংথাঙগী চৈথৈ অতিয়াদা,
মমলবা অহিং,
পৃথিবী মাতানা মিকপগী অকিবা,
হা সিতা, চংজকম লৈত্রবী, পুন্নমক অসি উরগা
পাঙল শোনবা মুপীগী মপোক্তা পোক্লবী,
ৱারম্মনিদকো নংদ!"

তেংথাউ, তেংথাউ যশোধাৱা লংশেকপিরম্লবী,
থমোই অদুদা ঈরিক অম চেল্লিবমথৈ তেংথাউ,
কপ্প থমোই পেল্লিবমথৈ কপ্প, হে লংশেকপিরম্লবী,
নহাক্না তেংথা নাওই কপ্পা নত্তনা কপকনি কনানা!

নোংম নখোয় অনিমা নিংথিজর ৱাজমহল মনুংদা
থমোই। খঙ্গবী মৈৱাইনা মুংশিবগী ঈরিক ইন্নখিবা,

হায়খিবনি সিদ্ধার্থ— "যশো নংনা মহেন মুংশিরে"
অহুবু ঙসিদি থেংলবা অহিংসিদা লোনা কায়হনবীরমলে,
শিরমলে লোনা বীদায় যশোধারা নংগী বসন্তদা।

ভেংথাউ, ভেংথাউ যশোধারা লংশেকপিরমলবী,
মবুংঙো কনাগা কায়নরবী মবেন্ম কনানা—
থাংখিবগে নোক্লা নোক্লা থমোইখুহুম্রবা নত্তনা,
নিংশিংউ নিংশিংউ - মীচিক মীরাওখোল তাক্রবা অহিংদা
নংবু চিংনা য়েংহন' মীৎলু নাপোম ঈরাচেন
'কায়নরসি' হায়রম্বদো, নত্তেনে মুংশিদবগী কায়নবা,
শেম্বতনি নংবু মুংশিবা অহুনা 'বিশ্বপ্রেম'।

অহুবু, যশো নংনা নিংঙমদনা প্রেম পিরাংলিঙৈ
পুরকখিবা নঙ্গা নবুংঙোগী মপাওখোল 'বুক' মালেমখোয়া,
ওইবীগ্রে বিশ্বপ্রেমগী মুর্তি মঙাল কংলবা,
হায়খিবনি মহাক্না মথমোইনুংদা লোনা অহিংহুদা,
'যশো' কায়নবা তাগ্রে নংগা ঐগা,
শেৎনবা তাগ্রে মুংশিবগী মুর্তিগা,
মুংশিথোইরবী য়ারোগমুকো ননিং থুংগ্রে হায়হনা,
ঐগী থমোই খাম্বী মৈহৌনৈরায়বনা মরমথংদঅরাবাঅমগীদমক
থম্বীগ্রে পুক্লিংনা ঐগী মুংশিবী নংবু নাকোয়ননা—,
প্রিয়ে, য়ারোগমুকো, চৎপা ভাগ্রেনে ঐ নংবু থাদোক্লুনা,

করিগুম্বা পোৎশক অমগী খোঙ্জুল লীবা,
ঐনা করিগুম্বা ঐগী লম্বী অত্থুদগী হিংলকপা থোক্লবদি—.
নংবু মুংশিজরিবা অস্থমনা মুংশিজবা ঙম্বা ওইগেকো,
মালেম জীব পুম্নমক, "বিশ্বপ্রেমগী লম্বীদা।"

অনৌবা যুগ অসিদা
শৈরাংলিবা ঐনা করমনা,
কাওক্লগনি— হে সিদ্ধার্থ নংগী
কায়ন - ৱারীদো, থেংলবা অহিংগী,
হৌরকলি ঐগী হমোইনুংদগী কল্লবা ঈথক,
ঈপোম কারকলি থমোইতোর্বান পাথোক্লা।

চাংজৌ পারবা থমোই অসি থুমখ্রে পিরাংনা
কাওদ্রমজবা ৱারী কয়াহুনা নমহুনা চিংবীরে থমোই থুজেংসু,
অস্থমনা কাওদ - কাওদনা, কাওবা শাবা তাপ্রবা,
নিংশিং নিংশিংনা নিংশিংদবা শাবা তাপ্রবা,
অস্থমনা ওইনিং ওইনিংনা ত রকখ্রে ওইদবা কৌবহু।

অহল ওইবা নৈত্রবা গাড়ীরালাসিদি
তদেক তদেকলি করি শোক্ত,
গাড়ীসিদি মশা তেকলে, চাকাগী,
কে, কে খোংলে থাউ ফংখিবনা,
হিকথরে শাদোং য়াওদবনা,
তংলে য়োংপী কোহ্লিং ফাহনা।

অৱাবনি, নিংখায়ৱরক্লবা তোৰ্বান অসিদগী
কিন্থরক্লবা লৈরায়গী লৈতুমনা ভাশিল্লক্লে
ৱা, ৱা, তুম. তুম—, জ্বায়, জ্বায়
পাক্লবা পুন্সিগী ঈনুংদা করি নাচুংদ,
খাম্বীগদগে কনানা, থিংবীগদগে কানানা -।

মুনবীরে মতমগী ফিজোল পুম্নমক মতম া হন্না,
ওন্থে নুংঙাইরবা বারীহুনা অৱাবগী ৱারী
নোংজু অহুনা হোৎলখিবা পাম্বী কয়াবু—
নোংজু অহুনা অমুক ওইহল্লে পং পুঙ্গা,
হে অওনবা ঈথক, কল্লিকো নহাকী শক্লি!

মায়থিব্রে করি নত্ত ফাকির অমগী ৱাহৈল,
সহাজাহান, নুংঙাইনবগীদমক শাখিবা মন্দুর মিশেলগী কা,
নোকনব্রে নুমিৎ ( অকটাব ) থা ( মহটাব ) না মশাকপু,
শাগ্ররোই খনব্রে জগোই মালংকিজেংনবসন্তবসন্তী মিংশেলগী
কান্নুংদা,
মুংব্রে মৈ হারামগী, হিংহোরে থমোইগী প্রেমতমক অরোইবদা।

নোংম ওইনখিবা লম্বী, ৱাখল দলান শাদোংগী লম্বী,
ওসিদি হকব্রে 'ঈচুম' লেমহোরে ৱাখলনক হিংহোরিবা,
চাকলমলে মৈরি থোক্লা। খাম্বীমৈ হোগ্রবারারীগী যুম,
অম্নমনা ওইরকনি কনা লৈ খংদবা. কনা লৈ অথংবা।

মহুনি মহুদগী লাকখিবা, ওইরকখিবা, মহুনা মহুদা,
অহিংবা থরায় কয়াবু চপথায়বা চম্বা, মুঙ অনিগী কারক
কোনশিনগ্রবা লংজিনতমক থিবা, কয়াম থানা য়েংশিনগ্রবা,
কদায়দা ভি.থোকলুগনি অহুক য়ামনা শাংবগবু কদায়দা।

অহিংবগী মনিং লৌহুনা পাক্লবা লম্পাক অসিদা,
কয়াদা লাইবক ফথ্রবা, খোঙফম অম নেংফম পিবীবা,
কয়াদা লাইবক ফথ্রবা, হে মুংশিবা নংনা ঐবু উবীবা,
কয়াদা লাইবক ফথ্রবা, হে প্রেম নরোল তাজবা ফংবা।

নি.শিংলুব.ক্তদা, হৌগৎলকলে তুমহুনা লৈরম্বা ভু শিং
মশাখিং -, অহুভৈগী বারী প্রেমকহাণী :

'চেনখ্রে লৈয়কখো.বান মুংশিবগী ঈচেল,
শাংখ্রে পানখোক্লা, কেতুকি লৈরাং
মচিন-ভুম্বা তিংখং, পানখ্রে তেংনামচিন,
হে মুংশিবা, নংনা শংবা মচু,
চুমন্নমু চুইদকে। '

অহুবু, কৈদৌক্লগনি নিংশিংবা নংনা—,
লোনশিল্লকলবা বসন্ত থোঙজিন্দা লেপ্লহুনা,
পাম্লিবরা হৌজিকসু মুংশিবা থংদবশিংনা পিবা 'বদনাম'
তুমথ্রবা বারী কয়াবু হৌদোকপিহুনা মতমগী ফমুংদগী—
অমুক ঈশৌ লাংবা তারিত্রা থমোইমুং অসি।

শ্রীবীরমঙ্গল

মাংখরো, মাংখরো, লমহেল্লবা রাখল,
অকনবা পুক্লিং থোংথরো, তাখ্রেনে হৌজিক মুমিং,
শামখরে মণ্ডাল, উবা ঙমলরোই করিমু।

লাকলগনু মংলান কয়াদা মোমোন নোক্লুনা,
ইপ্লোকপিখ্রে মুংঙাইবা অরাবা কোবনা মতাইদা,
পাম্বরনে নংনা তেংথাববু হন্না।

হে পাঠক, জ্ঞানগী মবুংঙো মবেম্মা,
হায়গনিদো নখোয়না ইবে রাহৈশিং হনজিন হনজিন,
শক্লে মরোল হন্না হন্না মান্নবণ্ডাক্ত!

অহুবু পাঠক, মমল য়াম্লবা ভাবক,
লৈখ্রবগে করি সংসারসিদা হনজিন্দবা,
হায়খ্রে লোইনমক মহাভারত, রামায়ন্না
মীওইবগী পুন্সিনা লৈরিমথৈদগী হেন্না
থুমাং চাওশিন চহি কয়া, মীওইবনা লৈত্রবা তুং কাওবগী।

নংগী সভ্যতা, নত্তে অনৌবা,
হিংনবগী উপাই খিবদা করি ঙমত্রবা মথৌ পাংথোকপা
লৈখ্রে সভ্যতা কয়া, হিংবগী রাংমদা 'কয়া পাংথোকলবা'
মতুনি হৌজিক চেল্লিবা ইতিহাসকী তুরেন্দা ঈমায় চোন্না,
উবনি ঐখোয়না মুঙ থরগমক তোর্বান্দ তাবা।

ৱাহৈ অহনা হনজিনবা ওইরবস্‌,
ঐগী থমোইমুংদা কারকপা ঈথক্তি লৈত্তে হনজিনবা খক,
মান্নবা গিলাসতা থম্বগুম্বনি তোঙান তোঙানবা পুক্নিংগী ঈশিং,
মরম অসিনা 'ঈশিং' মমিং লোয়না মাদ্দরবস্‌—
মহাউদি খেন্নগনি 'ঈশিং' শিংথুগী— লৈহাও, লৈকম মান্নদবনা।

যুগ যুগান্তর কয়াদগী শক্লকলবা ঈশৈনি,
ঐনা শকচরিবা, ময়েকনি কয়ানা ইনগ্রবা
অহবু, ঐগী থমোই, ঐগী মুংশিবদি 'অনৌবনি,'
মরম অসিমনি ঐনা ঐগী থৱাইবু পুথোকলিবসি,
মুংশিবা মহাকী ফিজোলনা লৈত্তেংবীহনা।

অহবু, করি হেন্দোকপা পিঙমক্রে ঐহাক্না পাংগ্রবা,
ইগানি করি, হায়গনি করি, শকনি করম,
হনজিন্দুনত লৈরবা মরোল ৱাহৈ লৈচল লৈথেং-ছন্দ—
প্রিয়ে, পিবীয়ু, পিবীয়ু অহেনবহ, পিনবীয়ু নহাক্না,
শেংলবী নংগী থমোই অহ য়েংহনবীয়ু শেগায়হনা
থমগনু করিবু লোৎতুনা ইকাদা নংগী অহেনবা।

নিংঙমদবা হৌনশানি, হৌথিবা মতম থৌদোক ৱারী,
চাকপা হৌনশানি, অনুতাপ মৈরি থমোইমুং,
কেনগ্রবা উনানা উপালথক্তগী মাগী মতম লোইহনা,
মখুৎ চাম ভিংথোক চাকলিবা মৈরিনা, হৌনশানি,

চাকথেকপা অকং অকংবা লামহুবা,
অসুম্মা ওইর করি লৈরি ভেংথানিঙাই মীওইবা।

অহুম ওইনমক,
কপ্পবা ঙমদে জ্ঞানি ফাওবনা অশিবা মচা মঙম্বাক্তু,
লুবদগী লুবা অমা লৈরমগ্রে কায়ন মীকুপমুক তেল্লবা,
মৈ চংশিবা বায়ারদা পায়রুবদা চিংবগুম,
কায়নবগী মৈনা চিংলোইদবা লৈরমলোই তাইবঙনুং,
হে পিরাং, শিন্থহোরো ননিং ভম্না,
ঈরুপহোরো থমোই শক্তি, মায়থোং ঈচোংনা,
লাকলে পুংজাহু কায়নবগী।

হোল্লু খুর ফুইনা ফুইনা,
খপউ থমোইগী মশা ঙমজমখৈ
চোংঙু মীহুন কম্না ননিংতম,
পিবীরগনু হে শক্তি লাইরেম্বী
'খাংঙম্বগী পাঙ্গল' ঐঙোন্দা,
কপচগে লক্সাংসিদা ইনিংতন,
লোখংপিরগনু ঐবু শকখঙদ কনানা
নিংতমহনবীয়ু ঐবু তেংথাবগী ভাইবঙদা।

ছৌখিবা কয়া, ছৌখিবা কৌবা, নোঙ্গুং কুমথপ্রসনু
চংশিবা কয়া, চংখিবা কৌবা লক্সাংদা তিনপ্রসনু,

মাংঙ্গসন্থু নিংঙমদ পিরাং কয়া মদোম কংশনজহুনা,
তুংহরকলে পামেল উজাউ হৌরম্বা মউ লীং
খুইথরকলে নৈরাং নৈপোপ কজ শাৎলম্বা,
শিন্থরকলে পিরাং মায়থোং থম্বাল, মুঙগী
চিংখায়রকলে মওং কয়া থোক্লা মদোম
ওইত্রে থমোইগী ফজবম্থু শোদোক্লবা চাঙম!

শেগায়খ্রগে রারীখাঙা মচেং মচেং— চেদং ওইহন
চহি কয়া চংনা ইশিন্দুনা থমজরকপা থমোইন্মুংদা
কিন্থরকলো কক্লাং খুদীং শাগৎখিবা প্রেমমহলগী
হুমদোকখ্রে, অকনবা নোংলেনা ভোর্ব্বান্দ শামিন্নখিবা
'মুংশি ফুড়া' দো, ওইখ্রে অমুক হন নৈঙোইগী লম্পাক!

নিকলকলে মালেমনৈম ভুমিকম্প তৌহনা
ফেরে হাইরে উ, রা, ভেকথরকলে ফুড়া দলান রাংনা শাগৎচখিবা,
চেল্লে পুক্লিংগী মচানয়াম মখুৎ থাঙ্গৎ, হা কার লাওহনা
জালিয়ানরালাবাগকী নোংমৈ মক্লঙম নম্থেকত্রে পুম্নমক মুঙয়াম
কিন্থরকপনা—

কদোমদনো, কদোমদনো।

ওনত্রে হিংচাবা হিংচাবী তুমিৎ কাং ফাওবনা—
পাইশিল্লকলে চাথোকদবগী শায়কৈ খুদোংদগী—
ঙাইহনা নৈরমলে পুম্নমক ঐগী অশোনবা তাঙ্গা ঙাইহনা।

শ্রীবীরমঙ্গল

য়াইফরিবৈ ৱাংপা লৈতে সজ, মৱি-মতা,
তেকথরে ঙসিদি - মাংখরে লোইনমক,
লংলবা মৈঙাল অহুদা পাইরকখি পাংঙগী কাওবা জীব,
মুংস্ত্রে মৈরা— মমস্ত্রে পুম্নমক, খংবীস্ত্রে লেংথৈনরবকাওবদা।।

লাকলো হে রুদ্র, য়ৈখায়-থিনগায়বগী মবুংঙো,
শাররো নংগী কিরবা জগোই মুংশিবগী লৈকোলমুং,
লোইস্ত্রে হৌজিক বক্তৃতাগী মতম
মতমচু লাকলে থমোই থমোই শিম্নবগী।

মুথংলরো নিংশিংবগী মিংশেন্দা তারিবা
মায়থিবা পিঙমত্রবা মূর্তি, মুংশিবগী মমি,
ৱাখল য়াম্বা 'মায়া' পেম্নাইদবা 'মায়া' কজশকহেনবী,
ইকাই খংস্ত্রে, তম্বোকখিবা খুদীং হনজিন্নকুনত লৈরে।

অহিংগী লোকমুংদা মুতি খুদীং পুশিনবীহুনা
মহাকী করাংদা ঙামিন্নহুনা নিংশিংবগা
ৱারী শারিবৈ তুমঙমখিস্ত্রে নিত্রাদেবী—
নিংশিং নিংশিংলগা হেলহল্লে হেম্না নিংঙমদবা।

ওহ! লাকলে লাকলে রুদ্র, কায়নবগী রুদ্র
মশম মনা ইকা কা, অকিবগী মায়থোং
মমিং টরাও লাও, ইরং লং, মায়থোং মম্নি চং মরম মরম
ইরি শেংবাত্তবা ময়েক লাইবক 'মতম লোইথরে'

মানি, মহাক্কি, মহাক্কি, রাকম অমগী ভরোইবদা লৈরমবা,
মহাকপু উম্নরগ। কাওনদ্রবস্থু কাওনবা শারগদবা,
উন্নরবস্থু উন্নদব। শারগদবা মহাক্কি 'কায়নবগী মুর্ত্তি'
অনিগী মরক্ত লৈব। চৈখলফল্লাং ইন্দোক্লবগী শক্তি।

পিল্লবা বাহে ফল্লাং অসিখক্তং থম্বদা মুংশিবগী মাংদা
তূকথনবনি থমোই মুংঙাইবগী, হিংগংলকপনি অরাবগী রাখল,
হে অরাবগী শকলোন পুবা 'কায়নবা' নখুতা পায়রিবা
ময়া থোরবা ছুার অহুনা করিগনে। অহুক কম্না খিনবীরিবা
প্রেমী—প্রেমীকা কনাগা মরক্ত লাপথোক্লহনবগী মিং লৌহুনা।

চৌংভাও, উজাও কয়া ফুক্তুনা পুবীরক্লগ। কনাগী পিল্লবা
থমোই মথক্ত ননশিনবীবা, খাংগনি করম অহুম্না লুম্ব। ভারি,
অকনবা নোংলে পুবারক্লগা থমোইগী উশা হুমদেকপিবা
রাখলগী শমলাং চোইনা কেনহনবা, খাংগনি করম!

অহুবু. কাওই মীওইবনা, কায়নবদি লাকখিদে হায়বা মদোম,
মুংশিবগী রাখলনা ফিজোল ওইহুনা মশকউদবা পোলাংদা হাপ্তুনা
পুরক্লখিবনি হায়বা ইরনাই ইরনাই,

লৈমুংদা লৈবা মক্লনা কুমগী নোংহৌদা পোকখায়হুনা ময়োল
লীংখৎলকপগুম

অচেংবা ভানজাদা লীংথোরকই মহাক্ল পোলাংগী অহোবদগী।
পিক্লদনা লৌবা, লৌক্লদনা পিরকপা,

নত্তে ভিক্ষা নিগদোবা, নিনাইদনা পিবা পোৎশক্লি,
অপিকপা ব্রাহ্মৈ অমনি শকউদনা তিনখং পানবা,
মহু পানবা উদবা মমুনি মাম্না লিনগী মরৈলোং
মতম নাইদ চিকপনি, মক্ম খংদ থিনবনি থম্মোইদা।

ফজ্রবা হেনগংলি পোং খুদোংমক লৈতেংলগা, অহুবু,
মহাক্তি, ফজ্রবা হেনগংলে লৈতেংবীদ্রগা,
শাগৎপা হেনগৎলে শীদোক শীদোক্লগা,
উররোই খল্ল হেন্ন উরে, নিংশিংলরোই খল্ল হেম নিংশিংলে,
মাংখিদ্রিংউ থিবা ফংদে, মাংপ্র মাংপ্রগা থোরকলে মীৎমাংদা।

করিগীনোনে নহাকপু লোৎপ্র লোৎপ্রগা,
চংপ্র চংপ্রগা অনস্বরক্ত অসুম অসুম
থোরকইবা নিংশিংবগী মাংদা ফোংনা ফোংনা,
করিগীনোনে নহাকপু শকউদবা মংৎহুনা
শকউবা পাঙ্গলবা কয়াদগী নপাঙ্গল হেল্লিবা।

করিগুম্বা নহাক অসিনা ওইরম্লবা
পায়হুনা ফাবা য়াবা অহিংবা মুর্ত্তি অম
থমলমগদবনি ঐনা নহাকপু কল্লবা শারং মমুংদা
য়াংবীমুঙলোনয়োৎকন য়ুম্বীনা খাজিল্লবা কা মমুংদা
থোক্লকপা শুমদনবা প্রেমী কনাগী থম্মোই চীকখায়বা।

অইংব উলেনগী, ভইংবা, ফাওদে নংনা,
অশাবা মৈগী, নৈশা, ফাওদে নংনা,

অথৌবা খুৎলাইগী, ময়া, নাচুংবীদে নংনা
অচুম্বা চীংমায়. করি খন্দে নহাক্না
নহাক্না কিরিবদি, থাদোক্ল লৈভবা মুংশিবগী মরি অহুখক্তনি।

হে তাইবঙ, করিগুম্বা নংনা ফংনিংঙ্গবদি
অশুম্বা চৈনা 'কায়নবা' কৌবা কৈনা চীকপগী
থদোক্ল—কায়নগমু মুংশিবা কনাগা,
থম্মু চেৎনা থম্মোইনুং পুক্লিংগী শো লোনশিন্দুনা
য়ানদবগী থোঙজাও লোনশিল্লু, পুক্লিং রাখল কাহুনা।

অহুবু, কাওবীগনু,
'চিংনবা' কৌবা হিংচাবা অম লৈবনি
প্রেমগী শুক্রবা বণ মমুংদা তমথীরবা,
মপাঙ্গল মথৌনা মহাক্কী মরিংক্কেল
কিবীদবা ভৌগনু, হিংচাবনি, হিংচাবনি, হিংচাবা
মুংশিজরবী তালোই মহাক্কী দেসডোমিনা—
চাথোকক্রে হিংচাবসিনা, মুরগী রাখল পুক্লিং
ঈহৌং নাহীং নৈখায়রমলগা কনা খঙহন্দ,
নিংঙমদবা কৌবা 'অনিশুবা ধর্ম্মরাজনা'—
কংহৌই মৈচাক তুপ্রবা মতমগী মমৈদা।

অমুকম্মু হিংচাবসিনা—,
লম্বী তেনশিলহল্লি মুংশিলম্বী শাংলবা,

মায়াগী উপালথক কান্নবা হেকলুই কামগী উহৈ
মপুক্কিং পেন্নবা,
নুংশিৎ-নুংশাগী মঙাল চংঙমক্রবা মফমদা,
চহি কয়া লোৎচন্নকপ 'মুক্তা,
চাংয়ে তৌবদা হিংচাবগী মমিদা—
শিন্নথোকক্লে পাম্মু পাম্মুজনা নুংশি মকাদা।
করম্বনো প্রেম মায়থিবগী লম্বীদা
চেংশিন্দুনত লৈরিবা নংগী ঈচেল,
'ডয় ওইরে' লাওদুনত লৈরিবা মায়থিবগা
নেমথরে। কৈদৌবগে, নেমথরো,
মহুনা ওইদে পম্মুং,
লম্বীদ থেংনবা 'লম্বীনি' মতম খরগী।
পুবীরোই, নহাকপু পম্মুংদু তমনা,
তাখিগনি নুমিৎ খংহৌদ পম্মুং য়েংহৌদ,
লম্বী লমঙাওন মফম খংদ কোইমা না,
থাহংতমক হংগনি, লৈরোই পাওখুম্বীনবা কন
কয়াদা মংল হোংহনগ্রবা লানবলম্মুংদা
মায়থিদনা কংলবা মায়থিবগী পম্বী।
পেন্ন-ঙমদে থম্মোইপুক্কিং করিনম্মু 'ঙাইহাক্কী মুংহাইবনা'
ঈহৌহুনত লৈ হোগ্রবা মীকুপ খরগী তুংদা,

হিংহ্নবা চংহল্লে মরমসিনা মীওইবা—
কাওগ্রে হৌজিক্ত চাখিবা এক্লাংগী মহাও,
পুক্নিংগী লৈত্তোন্দা মহাওগী মমি তাহৌবা অহৃখক্তবু,
নিংশিংহ্নবা চংলি পোথাবা লৈতনা—
লম্বীদগী ফমুং, ফমুংদগী লম্বী।

নিদ্রাদেবী মতম্পাক্ত লৈব্রে করি খেন্নবা,
অনৈম অব্রাং, অচৌ-মচা, লাইর-ইনাকখুনবা,
অহৃবু, মুংশাগী মঙাল চৈথেংদা,
খেন্নরে বিন্দু খুদীং,
তশেংনমক ওইরে 'উংনবগী তাইবঙ'!

কদোমদনো নহাক্তি,
খেন্নবা চা কয়া অসিগী মরক্ত,
চংতুনত লৈরবা লম্বী অহৃদা, চংশিল্লিবা নোংম নোংমগী—?
কদোমদনোনে নখোয়বু, কৃষ্ণগী বাঁশীখোঞ্জেল বর্ননা তৌদনা
মুপী ওইবী গোপী প্রজাতবু উহ্নবা থাইনগী কল্লক বর্ননা তৌরিবা?
অমরোমদা নখোয়না ঙমদে বর্ননা তৌবা,
মালং ফিজেংনরবী 'কালি' অশিবাঙকলৈপরেংথোনবী!

অহৃবু মসিনি তাইবঙ,
মীওইবনা চংলিবা মীওইবগী লম্বী,
অহোংবা লৈত্রবা লম্বী, হোংঙমত্রবশিংনা চংলিবা।

অমনা অমগীদমক থাজবা খুদীং,
ফুমহনা পুই 'কান্নবা' অম ইরনাইগী,
মহুমক্তা ওই মুকচাবী, থমোই পিবাংবু নপথোকলিব।

অকবা ফল পুরকনি থাজবা কয়া,
মাংগ্রে ফত্তবগী কোমমুংদা তাহনা—
শিন্নগ্রে প্রেমগী পিরাং কয়াম্নু অরেম্বদা,
মুংশি চাওবা কনাগী থমোইমুংদগী হৌরকপা,
পিবদি ঙমগ্রি কনানম্নু খুনগৎতুনা পিরাং,
থমোই শেংবা কনাগী মথুবাক্তা।

নত্তে মুংশিবা 'গালিলীগী' অঙকপা থৌদৌ খৃষ্টনা উৎখিবা
'শাব্বাদ' গী তোর্ব্বান্দ অশাগী মপান তাং ঙাইবগুম 'অনাবা'শিংনা
কুমজ্জা কয়া ঙাইহুনম্নু হৌরক্লে ঈথক, হানগ্রে মতম লোইখিবনা পুন্সিগী,
উৎপা য়াদবনা উৎঙমগ্রে করিম্নু, মুংশিবগী মুর্ত্তি,
শকথঙদবা কনাগা বস ঙাইফমদা ঙাইহাক লেপমিন্নরম্বগুম,
থোকগ্রে মুংশিবগী পুন্সি, ফম্মিন্নবমথৈ ফম্মিন্নরমলগা,
শকথঙনদনা অমুক হন্নবা ভাগ্রেদকো ইয়ুম ইয়ুমদা।

হে অহিংগী থাজও,
চনবীরগম্নু পাউখোং হন্না হন্না,
লুপা মচুগী মরক্ত মরোল থোক্তনা করিগুম্বা অম হাপ্নুনা,

হনঙমলরোই অর্থ নংগী পাউখোংগী,
শুনহৎপদমক শুনহৎপিয়ু ঐবু,
হংবীগনু হাহং খুমঙন্দবা ঐহাক্না।

তুফক-তু্ঙাইই চনগ্রবা ঐগী পাম্বোমসিনা,
নশক য়েংল 'ফজত্রা য়েংঙু' হায় থিল্লমলগা,
পোত্থাখরে পাম্বোমস্থু চোকথরক্তুনা,
'তুমগদবা পাম্মুই' শোন্না শোন্না ইচিনসিদা,
চংলে ইমুংদা সুমিং-থাগী মঙাল চংঙমগ্রবা!

ঙান্দুনা লৈহৌখোকো হে থাজও, নিংথিরবী,
এঙম্বা কনা লাক্তুনা য়েংলখিগনি নংবু,
হনবাদ ঙমলোই মখোয়নস্থু অর্থ নংগী মীৎয়েংগী,
'ফজত্র' শোল্লম্বনা অরোইবা অর্থ ওইহৌগনি,
মতমহূদা, নংনদি মোমোনতমক নোক্লক্কনি
লোল্লকলোই নরোলদি করিস্থু—।

অহিংদা,
পোত্থাগ্রবা প্রকৃতি মচাশিংগী মথক্ত,
লুপাগী অঙৌবা ফিজোল ইনবীহুনা—
'ঙমই' নতিক উৎহুনা শুমহৎপিবা,
ভুমদবা ঐহাকপু অহিং কয়াদা,
পাম্মুইদকো হে থাজ ও নঙাল অসে,

পায়হনা য়েংসি য়াদেদো,
উনাথক্ত পকপা মঙালবু—
খংথবগ্ন ঙ.দে,
থমোইদা মচু শংবীরম্বা নত্তনা,
পুক্লিং হুহনা পুবীখিবা নত্তনা,
পিবীরমদে করি খুদোল ঐঙোন্দ!

চহি কয়ানা শারকলবা ভেল্লবা অহিং অসিদা,
নংনা মোমোন্তমক নোকপবু, হায়রিবরনে
য়োরকদোরে হায়হনা কায়নবগী মতম;
কয়াদ লুপ্রবনো,
নংনদি করি'মতা রাবীরমদনা ঐগীদমক, অয়েংবা,
মুনা মুনা য়েংবীরমলগা নয়ুম মায়কৈ পাংপ্রগে
খল্লবোইদো!

সমর্থন তৌবদা লোইনাইশ্রবা নংগী নশক্তম অসিবু,
শেম্বীরকলিবা 'মহাক, অদো, কজরমগনি কয়াম?
অমরোমদা নহাকপু শেম্বীবা 'মহাকদি' মুংঙাইজরমগনি কয়াম,
অহুগা, নশক্তম য়েংজরিবা ঐঙোন্দদি,
মুংঙাইবগী ঈশিং পিথকপিরমগদ্রা হায়ববু
অরাবগী ঈরিক খিকথবীরমলে ইথক্তা।

অহুবু, মীনম্লবা চিনবালনদি
হায়রি মীকুপ কাংদ—
'কয়াদ মুংঙাইগ্রবা'।

নংনা হায় মিবুপ কাংদনা 'কায়নগনি'
অহুগা মায়থোংদদি নোকই মোমোন মোমোন—
নোক্না নোক্না, কায়নবগী ইঙ্গিৎ করিম্মু পিরমদনা
নোংচুপ চীংয়াদ চংগ্রে, কায়নবীরমলে ঐবু।

অঙকপনি,
নোংমগী পুন্সি অসিগী মন্নুংদা'
কয়াদ য়ামগ্রবা লমচৎ লৈরমলবা,
ঙাইহাক শাউনিংবা, ঙাইহাক নোকনিংবা,
ঙাইহাক কপনিংবা, ঙাইহাক মুংশিবা,
অঙকপনি নোংমগী পুন্সি!

হে মালংবা, হৃস্বীয়ু নহাক্না
থমোইসে কাওদৎতুনা, ত্তিনবীয়ু চরাংনরবা থমোই—
মীহনগী মরক, ইংথখিসন্নু পাখংলবা পুক্লিংসে
নহাকা শক্ত ওইবদা— নত্রবদি—,
বাকংলুগনি কনাগী মকমদা কায়নপিরাংগীদমক।

দং, দং চোংলিবা, থমোইগী শিংলি,
মরাং হোৎরবা পুক্লিংগী বাখল, মিপাইরে

লোইনাইদরে নংগী ঈশৈ শকপদা ;
শৈশক শৈরেংল হেমছুম ঈথক কারে ঈখেং,
কদায়দনো নিংবা থুংদবনা, কদোমদনো নিংবা কায়বনা
মায়খরে ইমান অমগা অমগা, খেমবা লৈত।

মরোল থোক্ত শিন্থরিবা পিরাং,
ৱাহৈ নাতৈ কাংলক্লবস্ন, কাপশিল্লকলে অৱাবগী তেন
কেমলবা থমোইসে ভম্না, তুমগ্রসম্নু মতাগুম,
থাম্বা গুমহৌদে কনাবুস্নু, গুমজদে ইশামকপুস্ন
কনাবুদি থামউনি, ৱারকচবা গুমদবা ইশানা ইশাবু—
ঐগুম্বা কনানা ঐগুম্বা কনাগী লম্বীথংতুনা।

চাম-থমোইনংগী সুংশি ঈখোলাং
পাইম পিবুকনুং থাম্বীমেহৌ পোথাবা লৈত—
নিংশিংখিগনি কয়াম কুইনা নংবু,
ৱাজরে নগুংলাং, নোকচরে নহাকথক
কদোমনো থিরি লমণ্ডাওনর বীদায়গী লম্বী,
ওইখিবা তারবরনে অন্দুম অন্দুম ?

কেন্দুনা তারকলে হে কুন্দো লৈরাং
চোইনা চোয়জায়না ইকোকথক,
লৈনমত ফংহনবনা গুমজন্ত্রে পেনভবা
হকথেংনবীরো প্রেমগী থুংশা,

পকত্রে শরুসিদা যৌবনগী শাদোং
মালংবা মাগী শাহমনা পিবীবতমণ্ডাইরে,
মিংথোলদো অহিংবগী।

বাখল পুক্লিংনা চাংদোল কয়া কা
হকচাং মানা নৈমায়থক থরো ওন,
উফুলগী লম্বী থিংলে পিরাং নৈখোমথোক,
কদায়দনো নংবু—
কিজ্রিদা নংগী মুংশি কিশি কিথিবা;
থোকলো কিশি, মসি অরোইবা মীকুপনি।

করিম্ন য়াওদে কিশিমুংদা পোংশকী মীংয়েংদা,
থমোইগী মীংয়েং পোকলমলে কিশিমুং
মুংশিবগী মচা কোটি, বৃন্দ,।

আশা, আশা, কদোমদনো আশা,
নংনা হিংহন্দুনত থম্বা নশক উং শুমহংতুনা,
ওসিদি লোইরে নংগী মিত্রংগী কুম্মে,
শক্তি, শক্তি, অহেনবা শক্তি,
নিহুনম্নু পিদে নংনা নওন, কনাদা,
মনা মনিল নাইদ তুমিন্না লাক—
ওসিদি লোইরে নংগী তোওম্বা ওনগী ওন,।

ভাস্রা নহাক, খোনজেল হৌনা কপ্পুনা লাওরিবসি,
উস্রা নহাক শমলাং চোইজায়ন, মায়খোং লংখৎ ইরং
য়েংলিবসি চিংনা চিংনা, লোইরে মুংশি মীৎয়েংগী অর্থ,
মায়াগী লানবননুং শায়নিংববু, মায়া লোইপ্রবদা
পামপদগে কনানা মায়া? লোইরে মায়া নংগী কুম্মে!

চহি কয়াদগী তারকলবা মীকপ মীয়াওখোল,
খংল-উরবা লাইওইরবা গুরুশিং,
শিম্বরো খুইরবা মীৎ চোৎনা শিরাং
লেমহৌরিবা জ্ঞান্দুনা ভমলরোই থিংবা,
কায়নবগী লম্বী থৎপা, ভমলরোই।

পিঙমদে থমোইনদি বীদায়
চিনসিনদি পিরি মীকুপ কাংদ - 'কায়নরসি'
থংস্রে মহুমদি—
অপিবনা কনানো অয়োবনা কনানো
পিয়ু নিদ, পিনৌ হায়দনা— পিগে শোল্লিবা।

খাংবা গুম্বা কনানো চাংয়েং কয়াদা মায়পাক্লবা,
খাংবা গুম্বী কনানো চাংয়েং কয়াদা ওক্তবী ওইরকলবী,
মীকুপ অহুদা পিক্লবা ঈরিক অমথক্তংনা—
পুন্সি চীংজাও নীংখায়হনথিবা,
কপলোই করম্মা থমোই খুহুম শুহনা!

হে তাইবঙ, থোংমেংমুংশিবগী
পিরিনে বীদায় য়ারী অসিনা— ঐগোন্দা হয়া হয়া,
পিথোক্তনা থমগ্রবা নখুবামমুংগী মণি
নিংগ্ররোইকো হয়া নকাদা অমুক, অহুগা,
পিরমলবনি ঐগী ওইবা নকাদা পুম্নমক।

বিচার অহুনা 'অমাং-অতোংগী' পুন্সিগী মমল
চংহনগনু ঐবু, থম্মোয়ু থোঙ্গাল মতাইদা
থৌরী কয়াগী য়াংমদা—
মরৈরেকো নোংমদি হনখিগদবা
চানজবা কয়াগী য়াংমদা, খংগ্রবা মফম অমদা।

থোঙ্গুল মুথংপা কয়ানা মুথংশিনখিগনি 'মমি'
শকউদবা মমি, হয়া তকুনা—
চহি কয়া উহুনত লাকলবহুবু 'অনৌবা' ওইনা উহুবা—
থাথবা ভাবনি চরনথম্বালদা থমোই লৈরাং খুবাম খুবাম,
অহুবু, থংউ নহাক্না—
লোংলিবনি মকমহুদমু 'বীদায়, বসন্ত বীদায়'।
লৈমন চল্লবা ঐগী বসন্ত লৈরাং নাচোম,
চেক্লে লৈনম করিমু 'বীদায়'গী লৈনম নত্তনা,
খুজোক থম্না শোকচবা প্রেম ঔরিক
নাম্বহুনা ভাহোরে খুরকী অহোবা মরক,

শ্রীবীরমঙ্গল

ইহাং হাংনা লাকখিবা খুবাং'নি
অমুক পুম্বনা চংখিবা ভারে ইহাং হাংনা !

কপকনু, কপকনু, মসিনি পুন্সি, মসিনি,
নোকপা লোইক্রিডৈ অয়াবগী নোংলৈনা হুমলকপা,
শাগৎপা লোইক্রিডৈ কিম্বনা হাল্লকপা,
লমথুংফমগী লংলা তংখিরম্বনা — খংহৌদ
খংনত্রবা লমথুংফম, কয়াম থাপ্পা লৈরিবা।

খুথাং লমজেল কয়া ভিনশিন্দুনা পাঙ্গল থেক্ক চেল্লবনু—
অয়োইবনি মত্থনা কংবা মীকুপ্ত 'কায়নবা'
পিয়োইনবা, পিয়াংগী কুম্মৈ, চংওমদবনি মুংঙাইবগী লৈকোন্দ,
অয়াবগী লৈকোন্দদি হোয়ে পিয়াংগী উপাল,
মহৈ য় লে, শিত্থরে ঈরি ঈরিক'মথক্ত—, অত্থপা,
পিরকলে 'বীদায়, বসন্ত বীদায়' শান্তিগী খুদোল
লোবীনবা লৈরবা কনাগী লৈকোন্দা !!

বসন্ত বীদায়





শ্রীবীরমঙ্গল, প্রোগ্রেসিভ আউটলুক লৈবা, সমাজবাদ চপ চানা থাজবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী মায পাক্লক্লিবা নহা ওইরিবা কবি অমনি।

ইনফাল

তাং ২৯/৫/১৯৮৮

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
মণিপুর ইউনিভার্সিটি
কানচিপুর।

PRINTED & PUBLISHED BY :
M. D. BROTHER'S PUBLISHING, PRINTING & STATIONERY CO. KAKCHING, MANIPUR.